মণিপুরী

# শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যম্

## সংক্ষিপ্ত ভাগবত পূজা সহিত





শ্রীফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্মা
ক্রিদম কাইটর

ম. ৮

# সংক্ষিপ্তা শ্রীমদ্ভাগবত পূজাগা

কোন্নবা

শ্রীফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্মা
ক্রিদম ফাইটর
মাইশ্নাম নোংথোম্বা লৈকাই,
ইম্ফাল

## থাগৎ রাহৈ

ডিপার্মেন্ট ওফ আর্ট এণ্ড কলচর, গোবর্মেন্ট ওফ মণিপুরনা লাইরিক ফোংনবগী শেলগী মতেং পিবিরকপনা পাংথোকপা ঙমখি, শেলগী মতেং ফংনবগীদমক শ্রীথিয়াম সুবল সিংহনা হোৎনবিরকপনা ওইখিবনি চিরকালগী ওইনা ঐগী থমোয়দা লৈহৌরগনি। ইতি

শ্রীবেদগর্ভ শর্ম্মা
স্বতন্ত্র সৈনিক।

তাং ১৬।৬।৯৭ ইং

ফোংবা
অইবা মশা
আগষ্ট, ১৯৯৭ ইং

মমল লুপা ৪০/-

ছাপা
ভাগ্যবতী কার্য্যালয়
চূড়াচান্দ প্রিন্টিং বার্ক্স
ইম্ফল

# বিজ্ঞাপণ

মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্য কৌবা লাইরিক অসি কোংজবদি কলি কৌবা তমথিরবা যুগ অসিগী ওইরক্লিবা অকিবা ফংলবা তাবদা তুচুংবা পোকপা মুপী, অঙাং ব্রাহ্মণ, নহা, অহল খাক্তনা মুমিৎ খুদিংগী ওইনা হাৎপগী পাউ তাবদা অমদি ঐখোয় মশেল মক্তা মরান থংজিন্নহনা হাত্তোক্লবা অমনা অহলশিংগী মফমদা থৌওইদবা নহা অমা অনীনা মপুবোকপু হুৎদাস্থ ঐখোয়না হায়বা য়াউ নত্রবদি হায়হনা কিহনবা মী অমনা রানা তাঙ্গ্রবা মরণবু পুথোবকউ নত্রবদি হায়হনা কিহনবা কিবদগী মাগী মুপী, অমদি মচা মক্তস্থ পিযু হায়বদা পিখিদ্রবা অহুবু শিনীংদবদগী পিবা অসিগুম্বদা মী পুম্নমক্না কৈদৌঙৈ শিগদগে খংনদ্রবা রানাম্রিবা অস অতৈ অমগী পাম্বৈনদি কোকপা রারগনি। শ্রীমদ্ভাগবতগী থৌজান্দনা কোকনি হায়না ঐগী রাখন্দ ফংজবদগী অনুবাদ অসি তৌজবনি। প্রজাগী শান্তি ফংদ্রবা অসি কনাগুম্বা অমতনা শান্তি পুরকপা ওয়োই — শ্রীমদ্ভাগবতগী জ্ঞান তনা বিশ্বশন্তি পুরকনি, লাইরক অসিনা তাক্লি। শ্রীনারায়ণনা লৈশেম্নবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহুম অসি মথৌ পাংবা ওমপ্রবাদা শ্রীনারায়ণনা ভাগবত তাহনখি অহুদগী মথৌ পাংথোকপা ওমখি। অতৈ অমনা বিশ্ব শান্তি পুরকপা ওয়োই অসি ঐগী রাখলনি। হায়ম্রিবা অসি লাইরিক অসিগী মনুংদা শেংনা য়াওরি পার্বিরগা থংবিগনি অরানবা কয়া য়াওরমগনি পণ্ডিতশিংনা খংজদবনি খনবিহনা ওাকপিগনি।

শ্রীফুরাইলাৎপম বেদগর্ভ শর্ম্মা
ক্ষিদম কাইটর
মাইশ্নাম নোংথোম্ব লৈকাই নিবাসী

# শ্রীগুরু বন্দনম্

বেদ গর্ভ: গুরুং বন্দে কৌশিকজং শাস্ত্রিণংযম,

কালীচরণ বর্ম্মাণং তং পদ্মশ্রীবিভূষিতম, [ কালাচন্দ শাস্ত্রীণং ]

ঐন। কৌশিক গোত্রদা পোকপা ৺ কালীচরণ বর্ম্মা কৌবা মীয়াম্না "কালাচান্দ শ'স্ত্রী" কৌনব পানিণীয ব্যাকরণগী শাস্ত্রী, ভারত সরকারনা "পদ্মশ্রী" পীগ্রবা ওঝা ওইবা গুরুব, খুরুমজে।

# প্রার্থণা

৺কবি কান্ত শর্ম্মানা লৈজসন্নু মাগী শ্রীচরন্দা
খল্লহুদা ঐনা তৌজবনি অনুবাদ
অপমৃত্যু ওইখিবা আত্মানা মাগী
থাংওমদবা মৈচাক্লগী নোংমৈগী
ঈংজসন্নু মাগী আত্মানা শান্তি
লৈজসন্নু মফম্লা বৃন্দাবণদা
অত্তুতবু পামজবা ঐনা
শ্রীগোপালগী নিংশিংবা ওইবা
অনুবাদ কচ্চরি চরণদা গোপালগী।
পামজৈ ঐনা বিশ্বগী শান্তিতবু
ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ।।

শ্রীবেদগর্ভ শর্ম্মা

# সংক্ষিপ্তা শ্রীমদ্ভাগবত পূজা

আদৌ মার্জ্জনাদি সংবিধায় ঘটং সংস্থাপয়েৎ।

ততঃ ঘটস্থজলে বা শালগ্রামে গণেশাদি পঞ্চদেবতাং সমপূজয়েৎ।

অর্থ—অহানবদা মার্জ্জননাচংবা তৌবগা ঘটস্থাপন তৌগনি। মথংদা ঘটগী ঈশিংদা নত্রগা শালগ্রামদা পূজা তৌগনি। ততঃ—ওঁ ব্রহ্মণে নমঃ ওঁ বিষ্ণবেনমঃ ওঁ শিবায নমঃ ওঁ সূর্য্যায নমঃ, ওঁ চন্দ্রায় নমঃ ওঁ মঙ্গলায় নমঃ ওঁ বুধায নমঃ, ওঁ বৃহস্পতয়ে নমঃ ওঁ শুক্রায নমঃ, ওঁশনিশ্চরায় নমঃ, ওঁ রাহবে নমঃ ওঁ কেতবে নমঃ ইত্যাদীনাং সমপূজয়েৎ আসনচিংবনা পূজা তৌগনি। ততঃ কৃতাঞ্জলিঃ। মথংদা খুৎ অনী লোম্নবগা—

ওঁ ব্রহ্মা মুবারিস্ত্রি পুবান্ত কাবিঃ<br>
ভানুঃ শশী ভূমি সুতো বধশ্চ।<br>
গুরুশ্চ শুক্রঃ শনি রাহু কেতু<br>
সর্ব্বেগ্রহাঃ শান্তি কবা ভবন্ত।<br>
ইতি পঠেৎ অসি হায়গনি—

ওঁ ষোড়শ মাতৃকেভ্যো নমঃ—ইতি মন্ত্রেণ সমপূজয়েৎ। মন্ত্র অসিনা ফজনা পূজা তৌগনি। ততঃ গোবী, পাদ্মা, শচী, মেধা, সাবিত্রী, বিজয়া, জযা, দেবসেনা, স্বধা, স্বাহা, মাতবঃ লোক মাতরঃ। ধৃতিস্তুষ্টি তুষ্টি তথাত্মা কুলদেবতা। ইত্যেতঃ মাতরঃ সর্ব্বা বৃদ্ধিঃ কুর্ব্বন্তু মে ইতি প্রার্থয়েৎ। অসুম্মা প্রার্থনা তৌগনি। মথংদা—ওঁ অশ্বথামাদি সপ্তচিরঞ্জীবেভ্যো নমঃ। ওঁ অশ্বাথামা বলিব্ব্যাসঃ হনুমানচ বিভীষণঃ। যজমান গৃহেনিত্যং সুখদা সিদ্ধিদা সদা। ইতি প্রার্থয়েৎ। অসুম্মা প্রার্থনা তৌগনি। ততঃ—চতুর্দ্দিক্ষু তত্রস্থিত ঘটেষু শালগ্রামে বা সামাদি বেদানাম, অর্চ্চয়েৎ। মথংদা নায়কৈ মখিমক্তা লৈবা ঘটশিংদা নত্রগা শালগ্রাম চক্রদা সামনচিংবা বেদ মরিবু পূজা তৌগনি। ততঃ—"বসোঃ পবিত্রমসি সহস্র ধারম্।

বসোঃ পাবত্রমসি সহস্র ধারম,
দেবস্তম্ম সাবত্তা পুণাতু বসোঃ
পবিত্রেণ শতধারেণ সুপ্ত্বাকমিধুক্ষঃ"

ইত্যনেণ বস্ত্রেণ আচ্ছাদয়েৎ মথক্কি মন্ত্র অসিনা ।কিনা ঘটক্সা কুপকনি। ততঃ "পূর্ন াদবি পরাবতস্থ পুণরাপতঃ বস্নেহাবক্রীনা বহ্বাষমূর্জ্জগু "শত-ক্রতোঃ ইত্যনেন কলসোপরি পূর্ণ পাত্রং ন্যসেৎ। মথক্কি মন্ত্র অসিনা ঘট মথক্কা পূর্ণ পাত্র থমগনি। মথংদা— ওঁ নরনারায়নায় নমঃ। ইতি সম্পূজ্য। অসুম্না পূজা তৌরগা মথাগী মন্ত্র অসি শোনগনি।

যো মায়য়া বিরাচিতং নিজ মাত্মনীদং
স্বেরূপ ভেদমিবতৎ প্রতি চক্ষণায়।
এতে ধর্ম্মসদনে ঋষি মূর্ত্তিনাদ্য
প্রাতুশ্চকাব পুরুষায় নমঃ পরস্মৈ
সোইয়ংস্থিতিব্যাতি করোপশমনায পৃষ্টান
সত্বেন নঃসুরগাণা মুমেয় তত্বঃ।
দশদভ্রকরুণেন বিলোকনেন
য়চ্ছ্রীনিকেত মমলং ক্ষিপভারবিন্দম,।।"

ইতি প্রার্থনা অসুম্না প্রার্থনা তৌরগা। ততঃ—ওঁ বায়বে সর্ব্ব কল্যাণ কর্ত্রে নমঃ। ওঁ গুরবে নমঃ। ওঃ সরস্বত্যৈ নমঃ। ওঁ শেষায় ওঁ সনৎ কুমারায় নমঃ। ওঁ সাংখ্যায় নমঃ। ওঁ পরাশরায় নমঃ। ওঁ বৃহস্পতয়ে নমঃ। ওঁ মৈত্রায় নমঃ॥ ওঁউদ্ধবায় নমঃ। ওঁ ব্যাসায় নমঃ। ইতি সমপূজ্য।। অসুম্না পূজা তৌরগা ওঁ নমস্তস্মৈ ভগবতে ব্যাসয়ামিত তেজসে পপূর্জ্জান ময়ং সৌম্যা যন্মুখাম্বুরু হাসবম,। ইতি প্রার্থয়েৎ অসুম্না প্রার্থনা তৌগনি। ততঃ নারদ পীঠক সমপূজ্য সুবস্ত্র বেষ্টিতং শ্রীমদ্ভাগবত মাদায়। মথংদা নারদ পীঠবু পূজা তৌরগা ফজনা কিনা য়োমশিম্নবা শ্রীমদ্ভাগবতবু লৌখংলগা—"ধ্রুবাদ্যৌ ধ্রুবো রাজাবিশামসি"

ইতি পীঠো পরিস্থা প:য়েৎ। অহ্ন্না পীঠগী মথক্তা শ্রীমদ্ভাগবতবু লেঙশিন-গনি। ততঃ শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্রেণ ষোড়শো পচারৈঃ শ্রীমদ্ভাগবতং পূজয়েৎ। মথংদা শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্র শোন্দুনা পোৎলম ১৬ তরাত্তরক্কা শ্রীমদ্ভাগবতবু পূজা তৌগনি॥

ততঃ নারদ হৎ পীঠে পূজয়েৎ। মথংদা পীঠদা দারদগী পূজা তৌগনি। ততঃ বক্তারং বরয়েৎ মথংদা বক্তাবু বারগনি। ততশ্চ শ্রীফলং ধৃত্বা নমস্কারং সমাচরেৎ। অহুগা শ্রীফলং হরিখাগোক নত্রগা য়্বী অমা পায়রগা খুরুমগনি। "স্তুতি" ( প্রসন্নচিত্তেণ কর্তব্যা কেবলং তদা ) পুক্লিং লুংতায়না শ্রীভাগবতবু খুরুমগনি।

ওঁ শ্রীমদ্ভাগবতাখাত্বংপ্রত্যাক্ষ্যঃ কৃষ্ণ এবহি স্বীকৃতোহসি ময়ানাথ

মুক্ত্যর্থংভব সাগরে॥

মনোরথোমদীয়োহয়ং সফলঃ সর্ব্বদা ত্বয়া।

নির্ব্বিঘ্নেনৈব কর্তব্যঃ দাসোহহংতবকেশবঃ॥

ইতি শ্রীমদ্ভাগবত সংক্ষেপ পূজা সমাপ্তম্॥

শ্রীবিষ্ণু বিষ্ণু বিষ্ণুঃ শ্রীমদ্ভাবতে মহাপুরুষস্য বিষ্ণোরাজ্ঞয়া প্রবর্ত্ত মাণস্য অস্য ব্রহ্মণঃ দ্বিতীয়ে পরার্দ্ধে শ্রীশ্বেত বারাহ কল্পে বৈবস্বমমন্বন্তরে অষ্টাবিংশতি তমে কলিপ্রথম চরণে ভারতবর্ষে ( ভারতখণ্ডে ) জম্বুদ্বীপে রাম ক্ষেত্রে পরশুরা মাশ্রমে দণ্ড কারন্যদেশে শ্রীগোদাবর্য্যাঃ পশ্চিমদিগ্‌ভাগে শ্রীমল্লবনাষ্কেরুস্তুয়েতীরে শ্রীশালি বাহণ শাকে বৌদ্ধাবতারে অস্মিন্‌ বর্ত্তমাণেঽমুক নাম সম্বৎসরে অমুকায়ণেহ মাসেঽমুক পক্ষেঽমুক বাসরেঽকতি থৌঽমুকনক্ষ এেঽমুক রাশিস্থে চন্দ্রেঽমুক রাশিস্থিতে শ্রীসূর্য্যোঽমুক রাশিস্থিতে দেবগুরৌ শেষেষু যথা-যথা রাশিস্থান স্থিতেষু সৎসু এবংগুণ বিশেষেণ বিশিষ্টায়াং শুভপুন্যতি থৌমমাত্মণঃ শ্রুতি স্মৃতি পুরাণোক্তফল প্রাপ্ত্যর্থং ( মম ঐশ্বর্য্যাভিবৃদ্ধ্যর্থং। অপ্রাপ্তলক্ষ্মী প্রাপ্ত্যর্থং। প্রাপ্তলক্ষ্ম্যা-শ্চিরকাল সংরক্ষণার্থং। সকল মণঈপ্সিত কামনা সংসিদ্ধ্যর্থং। লোকে

বা সভায়াং রাজদ্বারে বা সর্ব্বত্র যশোবিজয় লাভাদি প্রাপ্ত্যর্থংইহ জন্মনি জন্মান্তরেবা সকলদুরি তোপ শমনার্থং। তথা মম সভার্য্যায়াঃ সবান্ধবস্য অখিল কুটুম্ব সহিতস্য সপশোঃ সমস্তভয়-ব্যাধি-জরা-পীড়া মৃত্যু পরি হার-দ্বারা-আয়ুরারোগৈশ্বর্য্যাভি-বৃদ্ধ্যর্থং। তথা মমজন্ম রাশেরখিল কুটুম্বস্য বাজন্মরাশেঃ সকাশাদ্যে কেচিদ্বিরুদ্ধ চতুর্থাষ্টমদ্বাদশ স্থানস্থিতক্রূরগ্রহাস্তৈঃ সূচিতং সূচয়িষ্যমাণংচ যৎ সর্ব্বারিষ্টং তদ্বিনাশদ্বারা একাদশ স্থানস্থিতবৎ শুভ ফল প্রাপ্ত্যর্থং। পুত্র পৌত্রাদিসন্ততেবাবিচ্ছিন্ন বৃদ্ধ্যর্থং আদিত্যাদি নবগ্রহা নুকুলতা সিদ্ধ্যর্থং। তথা ইন্দ্রাদি দশদিক পালপ্রসন্নতা সিদ্ধ্যর্থং। আধি-দৈবিকাদিভৌতিকাধ্যাত্মিক ত্রিবিধ তাপোপশমনার্থং। ধর্ম্মার্থকাম মোক্ষ ফলাবাপ্ত্যা প্রেতস্য মুক্ত্যর্থং ব্রজ বধূগণনিসেবিত শ্রীমদ বৃন্দাবনৈক ধাম প্রাপ্ত্যর্থং চ ওঁ ভূর্ভুবঃ শ্রীমদ্ভাগবতাখ্য পুরাণ শিরোমনেঃ প্রীত্যর্থং যথা জ্ঞানেণ যথা মিলিতোপচারদ্রব্যৈঃ ধ্যানাবাহনাদি ষোড়শো পাচারৈঃ পূজনমহং করিষ্যামি ( করিষ্যেবা

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্যম্

## স্কন্দপুরাণোক্তং মণিপুরী সানুবাদং

## শাণ্ডিল্যাদিষ্ট ব্রজভূমি মহাত্ম্যবর্ণনম্ ।

শ্রীব্যাস উবাচ—
শ্রীসচ্চিদানন্দ-ঘনস্বরূপিনে ।
কৃষ্ণায়চানন্ত সুখাভি বর্ষিনে ॥
বিশ্বোদ্ভব স্থান নিবোধ হেতবে ।
নুমোবয়ং ভক্তিরসাপ্তয়েহনিশম্ ॥১॥

---

অন্বয়— শ্রীব্যাস উবাচ— শ্রীব্যাসনা হায়খি—) শ্রীসচ্চিৎ আনন্দঘনঃ (ফজবনা তিল্লবা, সং.চৎ আনন্দগী মশক ওইবা) কৃষ্ণায় (শ্রীকৃষ্ণবু) অনন্ত সুখাভিবর্ষিণে (লো'বনাইদ্রবা নুংঙাইবা ফং ব ) বিশ্বোদ্ভবস্থাননিবোধ-হেতবে (সংসার শেম্ব ঙাকপা লোইশিন্বা ওইবা) ভক্তিরসাপ্তয়ে (ভক্তিরসফংনবা) অনিশম্ (তত্তনা) বয়ম্ (ঐখোয়না) নুমঃ (খুরুমজরি) ॥১॥

অনুবাদ— শ্রীব্যাসনা হায়খি—ফজবা পুম্নমক্কি লন ওইবা পুক্নিং-হুরবা অমসু লেংদবা পুক্নিংগী নুংঙাইবগী মপৈনা মাগী মশক ওইবা, মানা অয়া ! থরাই পানবা পুম্নমক্তা ফজবা নুংশিবনা চিংশিনবা, লোইনাইদ্রবা নুংঙাইবা পুম্বু পুম্নমক্তা ফংহনবিবা, মানা মশাং থিঙমদ্রবা সংসার অসিগী শেম্বা, লৈহনবা, লোইশিনবগী মরম্ ওইবা অদুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তিরসগী মহাউ থংহনবগীদমক ঐখোয়না তত্তনা খুরুমজরি ॥১॥

**নৈমিষে সূতমাসীনমভিবাদ্য মহামতিঃ।**
**কথামৃতরসাস্বাদ কুশলাঋষয়োঽব্রুবন ॥২॥**

ঋষউচুঃ।

**ব্রজং শ্রীমাথুরেদেশে স্বপৌত্রং হস্তিনা পুরে।**
**অভিষিচ্যগতেরাজ্ঞি তৌকথং কিঞ্চ চক্রতুঃ ॥৩॥**

---

অন্বয়.— নৈমিষে (নৈমিষ কৌবা) অরণ্যে (উমংদা) মহামতিঃ (পুক্নিং লৃবা) আসীনম (ফমুবা) সূতম্ (সূতদা) অভিবাদ্য (খাগংলদুনা) কথামৃত (কথাগী মশক ও বা অমৃতবু) রস আস্বাদ (রসচুপ্পদা) কুশলাঃ (হৈরবা) ঋষয় (মুনিশিংনা) অব্রুবন্ (হায়খি) ২

শ্রীঋষয়উচুঃ (শ্রীশৌনকনচিংবা মুনিশিংনা হায়খি) হে মুনিশ্রেষ্ঠ। হেমুনি অথোইবা!) রাজ্ঞি (ধর্মরাজযুধিষ্ঠিরনা) মাথুর দেশে (মথুরা লৈবাক্তা) ব্রজং ব্রজবু হস্তিনা পুরে (হস্তিনাগী কোনুংদনা) পৌত্রং (মশুনিপ বুস্থ) তৌ (অনাবু) অভিষিচ্য (নিংথৌগী অভিষেক তৌরম্লগা স্বর্গগী লম্বীদা) গতে (চৎপ্রবদা ব্রজ অমসু পরীক্ষিৎনা) কথং (করম্বা) কিং (করিবু) চক্রতুঃ (তৌখিবগে?) ৩॥

---

**অনুবাদ** বৈষ্ণবশিংগী সক্ষম ওইরবা নিমিষ কৌবা উমংদা লৈরবা লৌশিং শিংলবা সূতমুনিবু থাগংলদুনা ভাগবতগী কথামৃতবু মচাউ ফংজনাদুনা তাবদা হৈরবা শৌনকনচিংবা মুনিশিংনা বাহং কযা হংখি ॥২॥

শ্রীশৌনকনচিংবা মুনিশিংনা হায়খি— হে মনি অথোইবা। ধর্মগী মচা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা মথুরা লৈবাক্তা শ্রীকৃষ্ণগী মচুনিপা শ্রীব্রজনাভদা, অমসুং হস্তিনা লৈবাক্তনা মাগী মচুনিপা পরীক্ষিৎতা লৈবাক শিন্নদুনা অনীমক্তা নিংথৌ ওইবগী অভিষেক লোইরম্লগা স্বর্গলোক্তা। মথংদা নিংথৌ ব্রজনাভ অমসুং পরীক্ষিৎনা করম্বা মওংদা করি থবক তৌখিবগে? ॥৩॥

সূত উবাচ।

নারায়ণং নমস্কৃত্যনরং চৈবনরোত্তমম্।
দেবাং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥৪॥
মহা পথং গতে রাজ্ঞিপরীক্ষিৎ পৃথিবীপতিঃ।
জগাম মথুরাং বিপ্রা ব্রজনাভদিদৃক্ষয়া ॥৫॥
পিতৃব্যমাগতং জ্ঞাত্বাব্রজঃ প্রেম পরিপ্লুতঃ।
অভিগম্যাভিবাদ্যাথানিনায় নিজমন্দিরম্ ॥৬॥

অন্বয়— সূত উবাচ (শ্রীসূতনা হায়খি)—নারায়ণং (শ্রীনারায়ণবু) নরংচৈব (নরকোৎবা ঋষিবু) নমস্কৃত্য (খুরমজগা) নরোত্তমম্ (শ্রীকৃষ্ণবু) সরস্বতীং (সরস্বতী বাংবগী মবেম্পু) ব্যাসং (ব্যাসদেববু) খুরুমজরগা মথংদা—জয়ং উদীরয়েৎ (ভগবানগী মশক ওইবা শাস্ত্রবু হায়জরগে) ॥৪॥

রাজ্ঞি (যুধিষ্ঠিরনা) মহাপথং গতে স্বর্গদা চৎখ্রবদা) পৃথিবী পতিঃ পরীক্ষিৎ (লৈবাক্কি মপু পরীক্ষিৎনা) ব্রজনাভদিদৃক্ষয়া (ব্রজনাভব, উনিংদুনা) মথুরাং জগাম (মথুরাদা চংখি) বিপ্রাঃ (ব্রাহ্মণশা!)। ৫॥

অথ (মথংদা পিতৃব্য খুড়া থোকপাবু আগতম্ (লাক্রে হায়রবা) জ্ঞাত্বা (খংদুনা) ব্রজঃ (ব্রজনাভন) প্রেম পরিপ্লুতঃ (যাম্না নুংশিন)

---

অনুবাদ—শ্রীসূতনা হায়খি—ভগবান শ্রীনারায়নবু অমসুং নর কৌবা ঋষিবু খুরুমজরগা অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু অমাদি বাঙাংবগী মকোক ওইরবী সরস্বতী দেবীবু অমসুং কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদ ব্যাসবু খুরুমজরগা ভগবানগী মশক ওইবা শাস্ত্র পায়রগে ৪।

হে শৌনকনচিংবা ঋষিশা! মহারাজ যুধিষ্ঠিনা স্বর্গদা চৎখ্রবদা লোম মপিতুং ওইব পরীক্ষিৎনা ব্রজনাভ কৌবা নিংথৌবু উনিংদুনা চংখি। ৫।

অথদা মথুড়া মহারাজ পরীক্ষিৎনা মাবু উননিংদুনা মথুরাদা লাক্রে হায়রবা অসি খংলদুনা ব্রজনাভগা পুক্নিংদা নুংশিবগী ইহৌ অমা লাকখি।

**পরিস্বজ্যসন্ধং বীরঃ কৃষ্ণৈকগতমানসঃ।**
**রোহিণ্যাদ্যাঃ হরেঃ পত্নীর্বন্দায়তনাগতঃ ॥৭॥**
**তাভিঃ সম্মানিতেঽত্যর্থং পরীক্ষিৎপৃথিবীপতিম্**
**বিশ্রস্তঃসুখমাসীনোব্রজনাভমুবাচ হ ॥৮।**

---

অন্বয়—অভিগম্য (মলক্লচুনা) অভিবন্দ্য (থাক্লা খক্লচুনা) মন্দিরম্ (মাগীকোন্নুংদা) নিনায় পুশিল্লকখি ৬।।

কৃষ্ণৈকগতমানসঃ (শ্রীকৃষ্ণবু পুক্লংদ. অনালোংদনা নীংলবা) সঃ বীরঃ (কল্লবা পরীক্ষিৎনা) পরিস্বজ্য (পুংথাশনা কোন্দুনা) আয়তনাগতঃ (কোন্নুং মন্নুংদা চংলগা) রোহিণ্যাদ্যাঃ (রোহিনানাশিংবী) হরেঃ (শ্রীকৃষ্ণগী) পত্নীঃ (ইবেম্মাশিংবু খুরুমখি) ॥৭॥

তাভিঃ (মখোয় পুন্নমক্লাহ্নু) অত্যর্থং (থোইদোক্লা) সম্মানিতঃ (লুনা ওকপ্রে) পৃথিবী পতিম্, পরিক্ষিৎ (লৈবাক্কী মপু ওইবা পরীক্ষিৎনা) সুখম্, (নুংঙাইনা) বিশ্রান্তঃ (পোথাদুনা) আসীন ফম্না) ব্রজনাভ (ব্রজনাভদা) হ (খংহন্না) উবাচ (হায়রখি) ৮।

---

অনুবাদ— অদুদা মখা কোন মন্নুংদগী থারক্লনা মখুডা থোকপা পরীক্ষিৎকি মখোং শোক্লা খুরুমজুনা মাগী কোন্নুং অন্না পুশিল্লকখি।৬।

শ্রীকৃষ্ণদা পুক্লীংলোংদনা নীংথ্রবা কল্লবা পরীক্ষিৎ নিংথৌনা মনাওনা পোকপা শ্রীব্রজনাভবু চেৎনা কোল্লগা কোন্নুং মন্নুংদ লাক্লুনা শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মা চামনিপাল (১০৮) গী অথোইবী রোহিণীনচিংবী মহারাণীশিংবু খুরুমখি ॥৭।

ইবেম্মাশিংনা হৌনবী মতুংইন্না লুনা ওকপ্রে, মহারাজ পরীক্ষিৎনা কমকমদা ফমহুনা পোথারবা মতুংদা ব্রজনাভবু য়েংলগা হায়রকই।৮।

পরীক্ষিৎউবাচা—

তাত ! ত্বয়া ভূভিন্মু নমস্মৎপিতৃপিতামহাঃ।
উদ্ধৃতাভূরিদঃ খৌঘাৎঅহংচ পরিরক্ষিতঃ। ৯।
ন পারয়াম্যহং তাত সাধু ত্বত্তোপকারতঃ।
ত্বামহং প্রার্থযাম্যঙ্গসুখং রাজ্যেহনুযুজ্যতাম॥১০॥

---

অন্বয়— পরীক্ষিৎ উবাচ—( শ্রীপরীক্ষিৎনা হায়খি ) তাত ! (হে ইবুংগো !) ত্বং (নংগী) পিতৃভিঃ নপুবোক্তা) অস্মৎ (এগী পিতৃপিতামহা. ইপা ইপুমিংনা ভুরি (অয়াম্বা) দুঃখৌঘাৎ (অৱাবা মপৈদগী) উদ্ধৃত (কনাব ।) অহং চ (এমু শ্রীকৃষ্ণনা পুকংশংদগী ফাওবা কনাবরকখি ।৯।।

(নংনা) ত্বত্তো উপকারতঃ (কানবা থবক তৌখিবা অদুগী) পারয়ামি থবক অমতা চপ চাবা অমত তৌ তাত ! (ইবুংগো !) সাধ (ফবা) অতঃ অৱ. ... সদগী) ত্বাং (নংনা) সুখ দুঃখাইনা) অঙ্গ ! (ইবুংগো) রাজ্যো (লৈবাক সিদা) অনুযুজতাম (থবক তৌবা) প্রার্থযামি (তৌহনানিংঙি সাশনগী মতীক চাব মী হাপচিল্ল। ১০।

---

অনুবাদ— শ্রীপরীক্ষিৎনা হায়খি—ইবুংগো উদ্ধবনা ! নংনা পাকপা নপুবোকনা ঐগী ইপাইপুশিংবু তনখিবা অৱাবগী মপৈ পুম্মনংগী কনবিরকখি, ঐবু শ্রীকৃষ্ণনা ইমাগী পুকংশংদা লৈরিঙৈদগী হৌনা শ্রীকৃষ্ণনা কনবিরম্ববনি ।৯।।

ঐনা নখোয়না তৌখিবা থবকশিং অদুগী চপ চাবা করিগুম্বা অকবা থবক অমত তৌজি, মরম অসিনা ইবুংগো। নংনা নঙোন্দা ঐনা হায়রি নংগী থবক্তা শুগায়নবা খুৎ চাবা মীশিং হাপচিল্ল ॥১০॥

কোষসৈন্যাদিজাচিন্তা তথা-দমনাদিজা।
মনাগপি ন কার্য্যা তে সুসেব্যাঃ কিন্তুমাতরঃ ।।১১।।
নিবেদ্যমযি কর্ত্তব্যং সর্ব্বাধি পরিবর্জ্জনম,।
শ্রুত্বৈ তৎ পরমপ্রীতোব্রজস্তং প্রত্যুবাচহ ।।১২।।

ব্রজনাভ উবাচ—
রাজন,সূচিতমেতত্তেষদস্মাসু প্রভাষসে।
ত্বংপিত্রো পকৃতশ্চাহং মন্ত্রবিদ্যাপ্রদানতঃ ।।১৩।।

অন্বয়—তে (নংগী) কোসঃ (লনগী, সৈন্যা দজা (লাম্মিগী ওইবা) তথা (শত্রুদি) শারদমনাদিজা (য়ক্কবা নৈহৎপনচিংবা) কার্য্যা (থবক্তা) মনাগপি (রাখলদসু) ন (তৌফদ) কিন্তু (অদুদা) মাতরঃ (ইমাশিংগী) সুসেব্যাঃ (নিংথিনা সেবা তৌবা ওইসু) ।১১।

সর্ব্বাধি (রাখল পুমমক) পরিবর্জ্জনম (থাদোকপা) কর্ত্তব্যং (তৌগদবত্ত মযি ঐহোক্না নিবেদ্য (হায়সু) এতৎ (ব্রজনাভনা এতৎ শ্রুত্বা বা অদু তাবদা পরমপ্রীতঃ (নুংঙাইরবনা) তং (পরীক্ষিৎ নিংথৌদা) হ (ফাওনা) প্রত্যুবাচ (হায়খি) ।১২

ব্রজনাভ উবাচ (শ্রী ব্রজনাভনা, উবাচ (হায়খি)—রাজন্ (হে নিংথৌ!) তৎ (অদু) তে (নংনা) অস্মাসু (ঐঙোন্দা) যৎ (অদু) প্রভাষসে

---

অনুবাদ- ইবুংঙো ব্রজনাভ! নংগী লনগী ঙাকপা, লাম্মি চ উ থংপা, য়েক্কবা নৈহৎপানচিংবা করিগুম্বা মরমদা পুক্নিং চংফদে, নংনা তশেংনা নমাশিংগী সেবাবু নিংথিজনা তৌবদা পুক্নিং চংঙু। ।১১।

অসিদা নংগী পুক্নিদা নুংঙাইতবগী মরম অমত্তা ঐঙোন্দা হায়সু চিংনগনু। নিংথৌ পরীক্ষিৎকি বা অদু তাবদা ব্রজনাভনা ঙমখৈ নৈতনা নুংঙাইরবনা হায়খি ।১২।

শ্রীব্রজনাভনা পরীক্ষিৎ নিংথৌদা হায়খি—হে নিংথৌ! মহাত্মা

**তস্মান্নাম্নাপি মেচিন্তা ক্ষাত্রং দৃঢ়মুপেয়ুষঃ।**
**কিন্তে,কাপরমাচিতত্র কিঞ্চিদ্বিচার্য্যতাম্ ॥১৪।**
**মাথুরেহভিষিক্তোহপি স্থিতোহহং নির্জনেবনে**
**গতাবৈপ্রজাত্রন্যাযত্ররাজ্যং প্ররোচ্যতে ॥১৫**

---

অন্বয়— (হাধরে) ত্বংপিত্রোপকৃতঃ (নংবু পোকপনা তৌখিবা) ধনুর্বিদ্যা (লৌরুংপায়বা প্রদানতঃ (তম্বীখিবনা) অহং (ঐবু) উপকৃতঃ (কান্নবা তৌবিখি) ॥১৩

তস্মাৎ (মরম অতুদগী) অস্মাৎ (মরিক অমা ফাউবা) অপি (সু) নচিন্তা (থল্ল্‌দে) ক্ষাত্রং (ক্ষাত্রিয়গী ওৈবা) দৃঢ়ং (অচেৎপা) উপেয়ুষঃ (ফংখি) কিংতু (অতুদা) একা (অমতং) তত্র (অতুদা) পরমা (অথোইবা) কিঞ্চিৎ (খরদং) বিচার্য্যতাম্, (বাখল তৌবিয়ু) ১৪॥

তাত! (হে খুড়া ইবুংঙো) অহং (ঐনা) মথুরে (মথুরা অসিদা) অভিষিক্তো অপি (নিংথৌ ওইববসু) নির্জনে (চীকবা) বনে (উমংদা) স্থিতোবৈ (লেপ্পনক নৈবনা) যত্র (মতুদা) প্রজা অত্র্যা (লৈরিবা

---

অনুবাদ- তাকপিখিবা মতু অশোংবনা নহাকপু পোকপা অভিমন্যু নসু ঐঙোন্দা লৌরুংতেনগী বিদ্যা যাম্না তম্বীতুনা যান্না কান্নথবা তৌবিখি। ১৩॥

মরম অতুদা ঐনা মরিক অমত্তা ফাউবা খল্লবা লৈতে, মহাক্কী থোজান্দগী ঐনা ক্ষত্রিয়গী মতিক চারবা লান্ শোকনবগী বিদ্যাসু থম, থেংনা হৈখি, অদুদা ঐনা তশেংনা বাখল মমা খল্লি নহাকনা অতুগী বাখলদু অমুক্তা তৌবিয় ॥১৪॥

হে খুড়া ইবুংঙো! ঐনা মথুরাদা নিংথৌগী সিংহাসনদা ফমতুনা নিংথৌ ওইরি, অদুম ওইনক ঐনা মঅচীকপা উমংদা লৈনিংঙি

ইত্যুক্তোবিষ্ণুরাতস্তুনন্দাদীনাং পুরোহিতম
শাণ্ডিল্যমাজুহাবাশু ব্রজসন্দেহনুত্তয়ে ।।১৬।।
অথোটজং বিহায়াশু শাণ্ডিল্যঃ সমুপাগতঃ
পূজিতো ব্রজনাভেননিষসাদা সনোত্তমে ।।১৭

---

অন্বয়— প্রজাশিংনা) জগতা (কদাবদা চংপা) যত্র (মতুদা) রাজা (লৈবক্না) প্রয়োচ্যতে ( পামগনি ) ।১৫

ইত্যুক্তঃ ( অস্মা হায়খিবা তারগা ) বিষ্ণুরাতস্য (পরীক্ষিৎনা অতুদা) সন্দেহ ( চিংনবতু ) অনুত্তয়ে ( কোক্কবগীদমক ) নন্দাদীনং (নন্দনচিংবগী অমদি গোপশিংগী) পুরোহিতম, পুরোহিত ওইবা শাণ্ডিল্যং (শাণ্ডিল্য মুনিবু) আশু (থুনা ব্রজনাভায় ব্রজনাভগীদমক) আজুহাব (কৌখি) ।১৬।

অথ মথংদা) শাণ্ডিল্যঃ (শাণ্ডিল্যমুনিনা) উটজং উনাগী থাংপোক্পু) বিহায় (থাদোক্লগা) আশু (থুনা) সমুপাগতঃ লাক্লখ) ব্রজনাভেন (ব্রজনাভনা) আসনোত্তমে (নীংথিবা আসন্দা) নিষসাদ (ফমখি) ১৭।

---

অনুবাদ — মঙ অদু ওইরবদা প্রজাগী লৈবাক্কি মুংভাযবা প্রজাশিংনা মকম অসিদগী কদাযদা চংপা ।১৭।

ব্রজনাভনা হাযবা বা অদু তারবদা পরীক্ষিৎ নাংথোনা মাগী চিংনবা অদু কোকনবগীদমক নন্দনাচিংবা গোপশিংগী পুরোহিত ওইবা ঋষি পুন্নমস্নগী অথোইবা "শাণ্ডিল্য" কৌবা মুনিবু মথুরাদ কৌখি ১৬।।

মথংদা ঋষি অথোইবা শাণ্ডিল্যবু পরীক্ষিৎনা কৌবা অদু তারবুনা মাগী উনাগী থাংপোক অদু থাদোকলম্লগা যাম্না থুনা মকম অদুদা লাক্লুনা থুংলখি। অদুদা ব্রজনাভ নিংথোনা ঋষিবু অথোইবা আসন্দা ফমহল্লগা পাদ্য—অর্ঘ্যনচিংবনা পূজা তৌখি ।।১৭।

উপোদঘাতং বিষ্ণুরাতশ্চকারাশু ততস্তমো।
উবাচ পরমপ্রীতস্তাবুভৌ পরিসান্ত্বয়ন্ ।।১৮।।

শাণ্ডিল্য উবাচ।

শৃণু তং দত্তাচিত্তৌমেরহস্যং ব্রজভূমিজম্।
ব্রজনং ব্যাপ্তিরিত্যুক্ত্যা ব্যাপনাদব্রজউচ্যতে ।।১৯।।

---

অন্বয় — তত (অদুদা) অসৌ (অদুগুম্বা) বিষ্ণুরাতঃ (পরীক্ষিৎনা) উপোদ্ঘাতং (ওকপা, আশু (থুনা) চকার (তৌখি) তৌউভৌ (অনী অদুবু) পরমপ্রীতঃ (থোইনা পেল্লদুনা) সান্ত্বয়ন্ (থেম্ন থেম্নদুনা) উবচা (হায়খি।১৮।

শ্রীশাণ্ডিল্য উবাচ (শাণ্ডিল্য মুনিনা হায়খি) তৌ (নিংথৌ অনী)!) ব্রজভূমিজং (ব্রজবৃন্দাবনগী) রহস্যং (অথুপ্পবু) দত্তাচিৎ (পুক্নিংচংনা শৃণুতং তারো) মে (ঐঙোন্দগী) ব্রজনং (ব্রজন্—হায়ব শব্দ অসিগী অর্থদি শান্দোক্লা লৈবা হায়বনি) ব্যাপনাৎ (শন্দোক্নুনা লৈবদগী) ব্রজ উচ্যতে (ব্রজকৌরিবনি) ।।১৯।

---

অনুবাদ— মতম অদুদা পরীক্ষিৎ মহারাজ য়াম্না থুনা বাহৌদোক্নুনা থংহল্লবদা শাণ্ডিল্যনা পেম্বগা লোইননা নিংথৌ অনীমক্তা পুক্নিং ফাবা বাহৈনা হায়দুনা থংহল্লকই ।।১৮।।

শ্রীশাণ্ডিল্য মুনিনা হায়খি—হে নিংথৌ অনী! ব্রজবৃন্দা-বনগী অথুপ্পবু হায়রগে তারো। "ব্রজন্" হায়বা শব্দ অসিগী অর্থদি—শন্দোক্লা লৈ হায়বনি, অদুনা শন্দোক্লা লৈবদগী ব্রজ হায়না কৌনরিবনি ।।১৯।।

গুণাতীতং পরং ব্রহ্ম ব্যাপকং ব্রজউচ্যতে।

সদানন্দং পরংজ্যোতির্মুক্তানাং পদমব্যয়ম্ ।।২০।।

অস্মিন্নজনন্দাত্মনঃ কৃষ্ণঃ সদানন্দাঙ্গবিগ্রহঃ।

আত্মারামশ্চাপ্তকামঃ প্রেমাক্তৈরনুভূয়তে ।।২১।।

---

অন্বয়— গুণাতীতং ( সত্ত্বনচিংবা গুণগী য়াংমদা লৈগ্রবা ) পরংব্রহ্ম (অথোইবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা) ব্যাপকং (শব্দোক্তা লৈবব্) ব্রজ উচ্যতে (ব্রজ হায়না কৌই) সদানন্দং (মতম, পুম্বদা নুংঙায়বা) পরংজ্যোতিঃ (অথোইবা ওইনা ভাম্বা) পদমব্যয়ম, (অমাং অতা লৈতবা) মুক্তানাং (অয়ান, খুবম, ফংগ্রবশিংগী লৈফমনি) ।।২০।।

অজ (হে) অস্মিন্ (বৃন্দাবন অসিদা) আত্মা রামঃ (মশা মতোমদা নুংঙায়বা) আপ্তকামঃ (অপাম্ব ফংগ্রবা) সদানন্দাঙ্গবিগ্রহঃ (মতম পুন্নমক্তা নুংঙাইবগী মশক ওইবা ) কৃষ্ণঃ ( শ্রীকৃষ্ণদা ) প্রেমাক্তৈঃ ( প্রেমরসদা লুপ্লবা ভক্তশিংনা ) অনুভূয়তে (লেংদবা ওইনা লৌই) ।।২১।।

---

অনুবাদ—ব্রজবৃন্দাবন অসিদি সত্ত্ব, রজ, তম,নচিংবা গুণ অহুমগী য়াংমদা লৈ, অথোইবা ব্রহ্মগী মশকনি, পুন্নমক্তা শিন্থ্রনা লৈবনা মরম ওইদুনা বেদনচিংবা শাস্ত্রনা ব্রজ হায়না কৌই, মফম অসিদি মতম পুম্বদা নুংঙায়বগী মশক ওই, ভাল্লিবা পুন্নমক্তগী অথোইবনি, অমাং অতা লৈতনা অয়ান খুবম ফংগ্রবশিংগী লৈফমনি ।।২০।।

ইবুংঙো। ব্রজভূমি অসিদা মশা মতোমদা নুংঙায়বা অপাম্বা ফংবা, মতম পুন্নমক্তা নুংঙায়বগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা প্রেমরসদা লুপ্লবা ভক্তশিংনা লেংদবা ওইনা লৌই ।।২১।।

আত্মাতুরাধিকা তস্যতয়ৈব রমনাদসৌ।
আত্মারামতয়াপ্রাজ্ঞৈঃ পোচ্যতে গূঢ়বেদিভিঃ।।২২।।
কামাস্তু বাঞ্ছিতাস্তস্য গাবো গোপাশ্চ গোপিকা।
নিত্যাঃ সর্ব্বেবিহারাড্যাঃ আপ্তকামস্ততস্ত্বয়ম্।।২৩।।

---

অন্বয়— নন্দাত্মজ (নন্দগী মুংঙায়নবা পোক্লবা শ্রীকৃষ্ণনা) তস্য (মাগী) আত্মাতু (থবাইদি) রাধিকা (বৃষভানুগী মচানুপী রাধিকানি) তস্য (মহাক্কি) তয়ৈব (অনী অসিগা লোইননা) অসৌ (কৃষ্ণনা) রমনাৎ (শান্নমিন্নবদগী) প্রাজ্ঞৈঃ (খংলবশিংনা) গূঢ়বেদিভি (অথুপ্পা খংবশিংনা) শ্রীকৃষ্ণঃ (শ্রীকৃষ্ণবু) আত্মারামঃ (মতোমদা মুংঙায়বা কৌই)।।২২।।

কামাস্তু (অপাম্বশিংদি) বাঞ্ছিতাঃ (অপাম্বা অচু ফংপ্রাবা) গাবঃ (মণবীশিং) গোপাঃ (গোপশিংনা) গোপীকাঃ (গোপীশিংনা) সর্ব্বে (পুম্নমক্না) নিত্যাঃ (মতমপুম্নমক্তা) বিহারাড্যাঃ (শোম্নখি) ততঃ (অদুদগী) অয়ম, (অসিবু) আপ্তকামঃ (নীংবথুংখি হায়বা অসি খংবখি)।।২৩।।

---

অনুবাদ -- নন্দ মহারাজগী মুংঙায়নবা পোক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী থবাইদি শ্রীরাধিকা কৌবী বৃষভানুগী মচা মুপী রাধিকানী অনী অসি মতম পুম্নমক্তা থাদোক্নদনা শান্নদুনা লৈ, অথুপ্পা খংলবা প্রেম রস খংলবা ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মশা মত্তোমদা মুংঙায়বা আত্মারাম কৌই।।২২।।

কাম হায়বা "শব্দ" অসিগী অর্থদি—অপাম্বা হায়বনি। অমদি— নিংবথুংবনি, মাবু নিংজবতনা মণশিং গোপ, গোপীশিংনা নীংজবা অদু ফংখি। শ্রীকৃষ্ণনা ঐথোয়গা লোইনদুনা লেংদনা নীংব থুংনা মুংঙায়বা ফংদুনা লৈখি। ইবুংঙো মাবু আপ্তকাম হায়নখি।।২৩।।

রহস্যন্থিদমেতস্যপ্রকৃতেঃ পরমুচ্যতে।
প্রকৃত্যাখেলতস্তস্য লীলান্যৈরণুভূয়তে ॥২৪॥
সর্গস্থিত্যপ্যয়াযত্ররজঃ সত্ত্বতমোগুণৈঃ।
লীলৈবং দ্বিবিধাতস্যবাস্তবী—ব্যবহারিকী ॥২৫॥
বাস্তবীতৎ স্বসংবেদ্যাজীবানাংব্যবহারিকাঃ।
আদ্যাংবিনা দ্বিতীয়ানদ্বিতীয়ানাদ্যগাক্বচিৎ ॥২৬॥

---

অন্বয় – এতস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) প্রকৃতেঃ (প্রকৃতিদগী) পরমং (অথোইবা) ইদং (অসিগুম্বা) রহস্যং (অথুপ্পা) তস্য ( মহাক্কি ) লীলা ( লীলাবু ) খেলতঃ (শান্নথি) প্রকৃত্যা (প্রকৃতিনা) অন্যৈঃ ( অতোপ্পা ) অণুভূয়তে (লৌই) ।২৪।

রজঃ সত্ত্বতমোগুণৈঃ ( রজগুণ, সত্ত্বগুণ, তমগুণ্নচিংবশিংনা ) যত্র (অদুদা) সর্গ স্থিতি অপ্যয়া (ব্রহ্মাণ্ড আসিবু শেম্বা, ভাকপা, লোইশিন্বগী মতমদা ) এবং (অসিগুম্বা লীলা অসি) দ্বিবধা (মথল অনীথোকই) তস্য (মতুদগীদি ) বাস্তবী, ব্যবহারিকী অসিনি ।২৫॥

তৎবাস্তবী (অদুম্বা পোৎশক ওইনা উংপা লীলা) স্বসংবেদ্যা

---

অনুবাদ— শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অসি প্রকৃতিগী বাংমদনি অমসু শান্নবনি হায়বদি অপ্রাকৃতনি, শ্রীভগবান্না মতম অমদা প্রাকৃত ওইবা থুপ্পবা থামদা লোইনবশিংগা লোইননা অফোংবা লীলা শান্নে। মতম অদুদা অতোপ্পা মীচমশিংনাসু লীলা অদুবু লৌখৎলি।২৪।

রজ, সত্ত্ব, তমনচিংবাগুণশিং অসিনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মাণ্ড অসিগী সেম্বা ভাকপা, লোইশিনবা মতমদা শ্রীগোবিন্দগী বাস্তবী, হায়বা অমা ব্যবহারিক কৌবা লীলা অনী অসিদা শান্নে ॥২৫॥

বাস্তবী লীলাবু মশানা থংলবা হায়বদি রসিক শেখর ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী

যুবয়োঃ চ রেয়ংতু তল্লীলা ব্যবহারিকী।
যত্রভূয়াদয়ো লোকাভুবি মথুরা মণ্ডলম্. ।২৭॥

---

অন্বয়— ( মশানা নীংথিজনা খংলবনা ) ব্যবহারিকী ( পৃথিবীগী অরুম্বা লোথোকুবগী লীলানা) জীবানাং (জীবশিংগী অকবা ওইবা অসিবু ফোংদোকই। ) বাস্তবী (মশক উৎপা নত্তনা ব্যবহারিকী। লীলা অদু ওইবা য়াদে ) দ্বিতীয়া (অনীশুবনা আছা (অহাম্বগী বাস্তবী লীলা অদু) নকচিং (করিশুম্বদা ওইদে)। ২৬॥

যুবয়োঃ ( মখোয় অনীগী ) চর ইয়ং ( উরিবা অসি ) তৎ লীলা ( অদুম্বা লীলা অদু ব্যবহারিকী লীলানি )। যত্র (অদুদ) ভূয়াদয়ং

---

অনুবাদ— মশাগী ওইবা রসবু চুপ্পদা মতীক চারবা অদু তশেংনমক ব্রজভূমিদা ওাম্বোইরী অমনা ব্যবহারিক লীলা হায়বদি জীবগী মঙ্গল পিনবীবা, পৃথিবীগী অরুম্বা লোথোকপা লীলাবু ব্রজভূমিদা, মথুরাদা দ্বারিকাদা ফোংদোকখি। অহানবদা হায়খিবা বাস্তবী লীলা অসি নত্তনা অনীশুবা ব্যবহারিকী লীলানা বাস্তবী লীলাদা চংবা য়াদে। অদুদিঃ— শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতে—(চৈতনা চরিতামৃতদা হায়রে—রায়কহে কৃষ্ণ হয় ধীরললিত।

নিরন্তর কাম ক্রীড়া যাহার চরিত।

স্বয়ং ভগবানের কর্ম্ম নহেতোর হরন।

স্থিতি কর্ত্তা বিষ্ণু করে জগৎ পালন। অসি রায়না হায়খি— শ্রীকৃষ্ণদি "ধীরললিত"নি। অতৎপা লৈতনা অপাম্বা শান্নবা মহাক্কী লমচৎনি জগৎ অসিবু ওাক্লবা বিষ্ণুনা সৃষ্টি তৌই।।২৬॥

মখোয় অনীগী উরিবা লীলা অসি ব্যবহারিকী লীলা ওাক্লনি, পৃথিবী, স্বর্গনচিংবা লোক পুম্নমক্তা শান্নরিবা অসি ব্যব হারিকী

অত্রৈবব্রজঃ ভূমিঃ সাযত্র তত্ত্বং সুগোপিতম্।
ভাসতেপ্রেমপুর্ণানাংকদাচিদপি সর্ব্বতঃ ॥২৮॥
কদাচিৎদ্বাপরস্যান্তেরহোলীলাধিকারিনঃ।
সমবেতাযদাসূর্যথেদ্দানীংতদা হরিঃ ॥২৯॥

---

অন্বয়—লোকা: (পৃথিবী অমসু স্বর্গনচিংবা লোক পুন্নমক ব্যবহারিকী লীলাগী মন্নংচল্লি) ভুবি (পৃথিবী অসিদদি) মাথুরা মণ্ডলম্ (মাথুরাদা লৈ) ॥২৭॥

অত্র (মফম অসিদা) ব্রজভূমিঃ (ব্রজবৃন্দবননা তক্সবা) তত্ত্বং (মরু ওইবাসু) সুগোপিতম্ (থুপ্পা থমখ্রে য়াম্না) কদাচিৎ (করিগুম্বদা) অপি (অমসু) সর্ব্বতঃ (পুন্নমক্তা) প্রেমপূর্ণানাং (প্রেমনা মপুং ফারবশিংগী মফমদা) ভাসতে (ভাল্লি) ॥২৮॥

অষ্টবিংশতি (কুননিপালগুবা) দ্বাপরান্তে (দ্বাপর কৌবা যুগগী অরোইতদা) লীলা ধিকারিনং (লীলা য়াওবা য়াবা) অত্র (অহুদা)

---

অনুবাদ—লীলা ভাক্তনি অমনা পৃথিবী অসি মক্তদদি মথুরাদা লৈখরে ॥২৭॥

করিগুম্বা মফম অসিমক্তদা অসিগুম্বা শেংলবা মরু ওইবা, তত্ত্ব পুন্নমক থুপ্পা ভাক্তনা লৈরি। প্রেম লৈবা ভক্তশিংগী মফমদা করিগুম্বদসু তত্ত্ব পুন্নমক অসি মপুং ফানা ভান্দুনা লৈ ॥২৮॥

কলি কুন্নিপান শুবা দ্বাপরগী অরোইবদা শ্রীভগবানগী লংলবা রসগী মহাও লৌবা য়াবা লোইনবা পুন্নমক পুদুনা তিন্নখি, মতম অহুদা ভগবান মশামক্তা মমুংচনবা লোরনবশিংগা লোইননা অবতার তৌখি। প্রমানদি—

স্বৈঃ সহাবতরেৎস্বেষু সমাবেশার্থমীপ্সিতাঃ।
তদাদে বাদয়োঽপ্যন্যেঽবতরন্তি সমন্ততঃ ॥৩০॥
সর্ব্বেষাং বাঞ্ছিতং কৃত্বা হরিরন্তর্হিতোঽভবৎ।
তেনাত্রত্রিধালোকাঃ স্থিতাঃ পূর্ব্বং নসংশয়ঃ ॥৩১॥

---

অন্বয়— সমবেতা (অমত ওইবা পুন্দুনা) যদা হরিঃ (হরিনা অতুদা) ইদানীং (হৌজিক) তে (নখোয়না) স্যুঃ (ওইরি ॥২৯॥

ততঃ (অতুদা) সমাবেশার্থং (পুন্দুনা শান্নবগীদমক) ঈপ্সিতাঃ (পামতুনা) স্বেষু (লোইনবশিংগা লোইননা) স্বৈঃ (মশামক্তা) অবতরেৎ (অবতা তৌগনি) তদা (অতুদা) দেবাদয়ঃ (লাইশিংনা) অন্যে-অপি (অতোপ্পস্থু) সম (মতম অমতদা) অবতরন্তি। অবতার তৌখি ॥৩০॥

হরিঃ (শ্রীহরিনা অবতার তৌরগা) সর্ব্বেষাং (ভক্তশিংগী) বাঞ্ছিতং (অপাম্বতু) অন্তর্হিতঃ (মনুং চনবা) অভবৎ (ওইখি) তেন (শ্রীহরিনা) অত্র (মফম অসিদা) ত্রিবিধা (মখল অহুম শুবা) লোকাঃ স্থিতাঃ (লোকতা লৈরিবা ভক্তশিংনা) পূর্ব্বং (হান্নবা লৈখ্রে) ন সংশয়ঃ (চিংনগদু) ॥৩১॥

---

অনুবাদ— মতম অতু মক্তদা থাদোক্লবা লৈত্রবা লোইনবশিংগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা লীলা শান্নখি ॥২৯॥

অসিগুম্বা শ্রীভগবান্না মতম অতুদা মাগী অপাম্বা লীলা শান্নবগীদমক মনুং চনবা মনাইশিং লোইনতুনা অবতার তৌখি। মতম অতুদা মাইকৈ মরি মক্তগী লাক্তুনা লাইশিংনা অমসু অতোপ্পা পুম্নমক মাগা লোইননা অবতার তৌখি ॥৩০॥

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌরগা ভক্তশিংগী অপাম্বা মপুংফাবা ওইখি। মরম অসিদগী মফম অসিদা হান্নদগী মমাংদা মখল অহুমগী ভক্তশিংনা হান্নবা থুংহুনা লৈপ্রবনি। অসিগী মরমদা করিসু চিংনবীভার লৈতে ॥৩১॥

নিত্যাস্তল্লিপ্সবশ্চৈবদেবাস্থশ্চেতিভেদতঃ।
দেবাস্থাস্তেষুকৃষ্ণেণদ্বারিকাংপ্রাপিতাপুরা ।।৩২।।
পুনর্মৌসলমার্গেণস্বাধিকারেষুচাপিতাঃ।
তল্লিপ্সশ্চসদাকৃষ্ণঃ প্রেমানন্দৈকরূপিনঃ ।।৩৩।।

---

অন্বয়— তৎ ( অদুবু ) লিপ্সবঃ ( পামজবশিংনা ) নিত্যাঃ (মতম পুম্নমক্তা) দেবাস্থশ্চ (লাইনচিংতসু) ইতি (অসুম্না) ভেদতঃ ( খন্নবদগী ) তেষু (মখোয়শিং অসিদসু) দেবাস্থাঃ (লাইনচিংবশিংবু) দ্বারকাং (দ্বারকাদা) পুরা (মমাংঙৈদা) কৃষ্ণেণ (শ্রীকৃষ্ণনা) প্রাপিতা (পোকহনব্রে ।।৩২।।

তৎলিপ্সুশ্চ (অদুবু পামজবনা) আপিতাঃ ( লাকপ্রবা লাইশিংনা ) স্বাধিকারেষু ( মাগী মাগী তৌবা য়াবদসু ) সদা ( মতম পুমনমক্তা) প্রেমানন্দৈক রূপিনঃ ( প্রেমানন্দগী মশক ওইবা ) কৃষ্ণঃ(শ্রীকৃষ্ণনসু ) আসিতা ( ফংহনখি) ।।৩৩।।

---

অনুবাদ— অদুম শুবা ভক্তশিংগী মনুংদা লেংদনা লৈবা অমা অনি শুবদা লেংদনা লোইবনা পাম্বা ভক্তশিং অদুম শুবদনা লাইশিং অদুম অসিগী মনুংদা লাইশিংদি শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌব্রিঙৈগী মমাংদা দ্বারিকাদা হান্না পোক্তুনা লৈব্রে ।।৩২।।

অনুবাদ— অমুক হন্না শ্রীভগবাননা ব্রাহ্মণগী শাপতা মৌসল লীলানা মরম ওইদুনা হায়বদি মুসলবুনা লংজাগী মশক ওইহন্দুনা যদুবংশদা। চংপ্রবা লাইশিং অদু মাগী মাগী তৌবা য়াবা অদু তৌখি। অমনা মতম পুম্বদা লোইনজনীংবা হোৎনজবদগী ফংজবা মশক অদু পিবিখি ।৩৩।।

বিধায়স্বীয়নিত্যেষ্,সমাবেশিতবাংস্তদা।
নিত্যাঃ সর্ব্বেঽপ্যযোগ্যেষ্,দর্শনাভাবতাংগতাঃ ॥৩৪॥
ব্যাবহারিকলীলা স্থাস্তত্রযন্নাধিকারিনঃ।
পশ্যন্ত্যত্রাগতাস্তস্মান্নির্জনত্বং সমস্ততঃ ॥৩৫॥
তস্মাচিন্তানতেকার্য্যাব্রজনাভমদাজ্ঞয়া।
বাসয়াত্রবহ্,ন,গ্রামান,সংসিদ্ধিস্তেভবিষ্যতি ॥৩৬॥

অন্বয়—

তদা ( অতুদা ) স্বীয়নিত্যেষ্ ( মাগী মনুং চৎশিংগা ) সমাবেশিতবান্ ( তিন্নতুনা ) সর্ব্বেঅপি ( পুন্নমকস্থ ) নিত্যাঃ ( লোইনবশিংগা ) যোগেষ্ ( মতীকচারবশিংদা বাস্তবীলীলাবু ) বিধায ( তৌরগা) দর্শন অভাবগতাং (উহন্দে ) ॥৩৪।

তস্মাৎ (মরম অসিদগী ) তত্র ব্যাবহারিকঃ (ব্যবহারিকগী ওইবা) লীলাস্থাঃ (লীলাদা লৈবশিংনা) পশ্যন্তি (উবা ফংঙি) অত্র (মফম অসিদা ) আগতাঃ (লাক্লবশিংনা) নাধিকারিনঃ (উবয়াদবশিংনা, বাস্তবীলীলাদা লৈশ্রব-শিংনা) নপশ্যন্তি ( উবা ফংদে ) তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) সমস্ততঃ (মাযকৈ পুন্নমক্তা) নির্জনত্বং (অহাংবাগুম্বা) অস্তি (লৈ) ।৩৫॥

তস্মা (মরম অসিদগী) ব্রজনাভ। (হে ইবুংঙো ব্রজনাভ নিংথৌ।) তে (নংগী) নচিন্তা কার্য্যা (খনফদে) মৎ অজ্ঞয়া (ঐনা হায়বা অসিনা

অনুবাদ—

অতুদা মাগী মনুং চনবশিংগা তিন্নতুনা পুন্নমকস্থ লোইনবশিংগা মতীক চাবশিংদা বাস্তবী লীলাবুদি উহন্দে ॥৩৪॥

মরম অসিদগী ব্যবহারিকগী ওইবা লীলাদা লৈবশিংনা উবা ফংঙ। মফম অসিদা লাক্লবশিংনা উবয়াদবশিংনা বাস্তবী লীলাদা লৈশ্রবশিংনা উবা ফংদে মরম অসিদগী মায়কৈ পুন্নমক্তা অহাংবগুম্বা লৈ।।৩৫॥

মরম অসিনা হেব্রজনাভ কোবা নিংথৌ। নখোয়না মরম অসিদা

কৃষ্ণলীলানুসারেণ কৃত্বানামানিসর্ব্বতঃ।
ত্বয়াবাসয়তাগ্রামান্‌সংসেব্যাভূরিয়ংপরা ।।৩৭।।
গোবর্দ্ধনেদীর্ঘপুরেমথুরায়াংমহাবনে।
নন্দিগ্রামেবৃহৎসানোকার্য্যারাজ্যস্থিতিত্বয়া ।।৩৮।।

---

অন্বয়—

মরম ওইহুনা) অত্র (মফম অসিদা) বহূন্ (অয়াম্বা) গ্রামান্ (খুনশিংবু) বাসয় (লৈহল্ল, তাহল্ল) তে (লংগী) সংসিদ্ধিং (চংখোম্না নীংবা থুংবা) ভবিষ্যতি (ওইরগনি) ।।৩৬।।

কৃষ্ণলীলা (ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শাম্নখিবা) সর্ব্বতঃ (মফম পুম্নমক্তা) লীলানুসারেণ (লীলা অতুগী মতুংইন্না) নামানি (মিং পুম্নমক) কৃত্বা (কৌহুনা) গ্রামান্ (খুঙ্গং পুম্নককপু) বাসয়তা (লৈহল্লু) পরা (অখোইবা) ভূরিয়ং (ব্রজবৃন্দাবনবু) সংসেব্যা (চংখোম্না সেবা তৌ) ।।৩৭।।

গোবর্দ্ধনে (গোবর্দ্ধন কৌবা চীংদা) দীর্ঘপুরে (ডিগতা) মথুরায়াং (মথুরাদা) গোকুলে (গোকুলদা) মহাবনে (বনজাউদা) নন্দিগ্রামে (নন্দগ্রামদা) বৃহৎসানু (বর্ষান্দা) ত্বয়া (নংনা) রাজ্যস্থিতি (কোন্নুং সমহুনা—শাহুনা থম্মু) ৩৮

---

অনুবাদ—

খল্লুরগন্নু—ঐনা হায়রিবা মফম অসিদা কোন্নুং কয়া, খুঙ্গং কয়া শারগা মীয়াম লৈহল্ল, অদুতদা নংগী নীংবা পুম্নমক থুংগনি ।।৩৬।।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মফম-মফম খুদিংদা শাম্নখিবা লীলা, অতুগী মতুংইন্না খুঙ্গং অতুগী মমিং কৌহুনা খুন মরামদা তাহল্লু—মী লৈহল্লু, তরু-তরুবা ব্রজভূমি অমা ওইহল্লু ।।৩৭।।

গোবর্দ্ধন্দা, ডিগতা, মথুরাদা, গোকুলদা, বনজাউদা, নন্দগ্রামদা, বর্ষান্দা, নংনা কোন্নুং সেমহুনা—শাহুনা থম্মু ।।৩৮।।

নদ্যাদ্রিদ্রোণিকুণ্ডাদিকুঞ্জান সংসেবতস্তব।
রাজ্যেপ্রজাঃ সুসম্পন্নাস্ত্বংচপ্রীতোভবিষ্যতি ॥৩৯॥
সচ্চিদানন্দ ভূরেষা ত্বয়া সেব্যাপ্রযত্নতঃ।
তবকৃষ্ণ স্থলান্যত্র স্ফুরন্তমদনুগ্রহাৎ ॥৪০॥

---

অন্বয়—

নদী (তুরেন) অদ্রি (চীং) দ্রোণি (চীং খাংহাযবদি চীংশাং) কুণ্ড (কুণ্ড) কুঞ্জান্ (কুঞ্জশিংবু) সংসেবতঃ (নী থিজনা সেম্নবদা) রাজ্যে (লৈবাক্তা) প্রজাঃ (মীপুম্নমক্না) সুসম্পন্নাঃ (চংখোন্না চাউখৎপা) ত্বংচ (নংসু) প্রীতো পেম্বা ভবিষ্যতি (ওইরকনি) ॥৩৯।

সচ্চিদানন্দ (সৎ-লোংদবা, আনন্দগী মশক ওইবা এষা ভূ (ব্রজভূমি অসিবু) ত্বয়া (নংনা) প্রযত্নতঃ (য়াম্না চেকশিন্না) সেব্যা (সেম্নশানদোবনি) কৃষ্ণস্থলানি (শ্রীকৃষ্ণগী শান্নফম পুম্নমকপু) মদনুগ্রহাৎ (ঐনা ত'কপা অসিদগী) তবস্ফুরন্তু (নংগী নফমদা ঙাম্বা ওইরসনু ।৪০॥

---

অনুবাদ—

নিংথৌ নংনা মফম খুদিংদা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নফম ওইখিব। তুরেন, চীং, চীংশাং, থাঙ্গপাৎ, কুণ্ড, কুঞ্জবননচি বাবু। শমগত্তুনা থম্নবদি অতুনা মরম ওইতুনা নরৈবাক্তা লৈরিবা প্রজাশিনা মীপুম্নমক। চাউখৎপা ওইগনি অমনা নংসু মুংঙায়গনি। ৩৯॥

ব্রজভূমি অসি সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশকনি, মরম অসিন। য়াম্না চেকশিন্নগা লোইননা শেম শাবদা মতীক চাই অমদি শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী লীলা কয়া শান্নফম—মফম লৈ, ঐনা হায়বা অসিদগী নংঙোন্দা ঙাম্নসনু, থংবা ওইজরো ॥৪০॥

ব্রজসংসেবনাদস্য উদ্ধবস্ত্বাং মিলিষ্যতি।
ততোরহস্যমেতস্মাৎপ্রাপ্স্যাতিত্বংসমাতৃকঃ।।৪১।
এবমুক্ত্বাতুশাণ্ডিল্যোগতঃ কৃষ্ণমনুস্মরণ.।
বিষ্ণুরাতোঽথব্রজশ্চপরাংপ্রীতিমবাপতুঃ। ৪২।।

ইতি শ্রীস্কন্দ মহাপুরাণে একাশীতি সহস্রাং সংহিতায়াংদ্বিতীয়ে-বৈষ্ণবখণ্ডে শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্যেশাণ্ডিল্য ঋষি কর্তৃক উপদিষ্ট ব্রজভূমে মাহাত্ম্য বর্ণনং নামক প্রথম অধ্যায়ঃ।১।।

---

অন্বয়—

ব্রজ। (হেব্রজনাভ।) ত্বাং (নংনা) অস্য (ব্রজভূমিগী) সংসেবনাৎ (সেমগৎপদগী) উদ্ধবঃ (উদ্ধবপু) মিলিষ্যতি (উনগনি) ততঃ (অদুদগীদি) ত্বং (নংনা) সমাতৃকং (নমাশিংগা লোইননা) এতৎরহস্যং (ব্রজগী অথুপ্পা অদু) প্রাপ্স্যাসি (ফংগনি) ।।৪১।

শাণ্ডিল্যঃ (শাণ্ডিল্য মুনিনা) অথ (মথংদা) বিষ্ণুরাতঃ ব্রজঃ চ (ব্রজনাভ অমসু পরীক্ষিৎ অনীদা) এবং উক্ত্বা (অসি হায়রম্লগা) কৃষ্ণং (শ্রীকৃষ্ণবু অনু স্মরণ. নীংশংলদুনা) গতঃ মাগী আশ্রমদা চৎখ্রে) অথ (ঋষিগী পাউতাক তাবদা) পরাং (থোইদোকনা পরীক্ষিৎ অমসু ব্রজনাভ অনীনা) প্রীতিম্ (অপেম্বা) অবাপতু (ফংখি—ওইখি) ॥৪২॥

---

অনুবাদ —

ঋষি অথোইবা শাণ্ডিল্যনা ব্রজনাভ নিংথৌ পরীক্ষিৎ অনীদা অসিগুম্বা পাউতাক অসি হায়রম্লগা শ্রীকৃষ্ণবু নীংশিংদুনা মাগী আশ্রমদা চৎখ্রে= হনখ্রে, পরীক্ষিৎ অমসু ব্রজনাভ অনীনা ঋষি শাণ্ডিল্যগী পাউতাক্তা ভমথৈ নৈতনা মুংঙায়খি ।।৪২।।

মতাং অসিদা স্কন্দ মহাপুরাণ্দা লিশিং মরিফুমাথোইগুবা সংহিতাদা শাণ্ডিল্য ঋষিনা পাউতাকপিখিবা ব্রজভূমিগী মতীক মগুণ হায়না কৌবা অহানবা তাংকক লোইরে ।।১।।

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্যম্

## অথদ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।

শ্রীপরীক্ষিৎপ্রভৃতীনাং কৃষ্ণ পত্নীনাঞ্চ সংকীর্ত্তনোৎসবে শ্রীউদ্ধবদর্শনম্ ।।

শ্রীপরিক্ষৎনা শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মাশিংগা লোইনন। সংকীর্ত্তন তৌবদা উদ্ধবগা উনবা অড় অনীশুবা অধ্যায় অসিদা হায়রি ।

ঋষয় উচুঃ :—

শণ্ডিল্যেতৌ সমাদিশ্য পরাবৃত্তে স্বমাশ্রমম ।

কিং কথং চক্রতু স্তৌতুরাজানৌ সূততদ্বদ ।।১।।

---

অন্বয়-

শ্রীঋষয়উচুঃ (ঋষিশিংনা হংখি) সূত ! হে সূত । ) শাণ্ডিল্যঃ (শণ্ডিলা মুনিনা) তৌতু 'নিংথৌ ব্রজনাভ অমদি নিংথৌ পরিক্ষৎতা) সমাদিশ্য (পাউতাক পিরম্নগা) স্ব (মাগী) আশ্রমম, (আশ্রমদা লৈফমদা) পরাবৃত্তে (হনগ্রবদা) তৌ (নিংথৌ অনীনা) কিংচক্রতুঃ ( করি তৌগ্রবগে ? ) কথং (করম্না) তৎ (অদু) বদ হায়বিয়ু । ১।।

---

অনুবাদ—

ঋষিশিংনা হংখি—হে সূত । ঋষি অথোইবা শাণ্ডিল্যনা নিংথৌ ব্রজনাভ অমদি পরীক্ষৎ অনীমক্তা পাউতাক পীরম্নগ। মাগী লৈফমদা হনখ্রে, মথংদা নিংথৌ অনীনা করিগুম্বা করম্না থবক তৌখিবগে ? মদু ঐখোয়দা হায়বিয়ু ।।১।।

**শ্রীসূত উবাচ।**

**ততস্তু বিষ্ণুরাজ্ঞেন শ্রেণ্যো মুখ্যা সহস্রশঃ।**
**ইন্দ্রপ্রস্থাৎ সমানায্য মথুরা স্থানমাপিতাঃ।।২।।**
**মাথুরান, ব্রাহ্মণাং স্তত্র বানরাংশ্চ পুরাতনান.।**
**বিজ্ঞায় মাননীয় ত্বং তেষু স্থাপিতবান.স্বরাট.।।৩।।**
**ব্রজস্তু তৎ সহায়েন শাণ্ডিল্যস্থাপ্যনুগ্রহাৎ।**
**গোবিন্দ গোপ-গোপীনাং লীলা স্থানান্যনুক্রমাৎ।।৪।।**

অন্বয় —

শ্রীসূত উবাচ— শ্রীসূতনা হায়খি— ) ততস্তু (মতুং অতুদা) বিষ্ণুরাজ্ঞেন (পরীক্ষৎ নিংথৌনা) ইন্দ্রপ্রস্থাৎ (ইন্দ্রপ্রস্থ কোবা লৈবান্দগী) শ্রেনী মুখ্যা (ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবা মরুওইবা) সহস্রশঃ (লিশিং-লিশিং) সমানয্য (পুবক্লুনা) অস্থানং 'মীতাদ্রবা' মথুরায়াং (মথুরাদা) আপিতাং (লৈহনখি) ।।২।।

তত্র (মফম অদুদা) স্বরাট. (নিংথৌরেন পরীক্ষিৎনা) মাথুরান. (মথুরাদা) ব্রাহ্মনান. (ব্রাহ্মনশিং) বানরান.চ (য়োংশিংসু) পুরাতনান. (মতম কুইনা লৈরকপনি) বিজ্ঞায় (খংলতুনা) তেষু (মখোয়দা) মাননীয়ত্বং (লুনা তৌত্তুনাথমখি) ।৩।

ব্রজস্তু (ব্রজ নাভসু ) তৎ সহায়েন (পরিক্ষিৎকি মতেংনা) শাণ্ডিল্যস্য

---

অনুবাদ—

শ্রীসূতনা হায়খি— মথংদা নিংথৌ পারীক্ষিৎনা ইন্দ্রপ্রস্থদগী ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়নচিংবা মরু ওইবা মীশিং লিশিং-লিশিং পুরক্লুনা মী তাদ্রবা মথুরাদা কোন্নুং অমা শেমত্তুনা লৈহনখি।।২।।

মথংদা নিংথৌরেন পরীক্ষৎনা মথুরাদা ব্রাহ্মনশিংনা অমসু য়োংশিংনা মতম কুইনা লৈরকপনি খংলদুনা মখোয়বু য়াম্না লুনা চান্না থমখি ।।৩।

ব্রজনাভসু পরিক্ষিৎ নিংথৌগী মতেংনা, শাণ্ডিল্যগী থৌজাল্দগী

**বিজ্ঞায়াভিধয়া স্থাপ্যগ্রামান, বাসয়দ্বহুন,।**
**কুণ্ড-কূপাদি পূর্ত্তেণ শিবাদি স্থাপনেনচ ॥৫॥**
**গোবিন্দ হরিদেবাদি স্বরূপারোপনেনচ।**
**কৃষ্ণৈক ভক্তিং স্বেরাজ্যেতত্তানচমুমোদচ ॥৬॥**

---

অন্বয়—

(শাণ্ডিল্যগী) অনুগ্রহাৎ (থৌজান্দগী) গোবিন্দ (শ্রীগোবিন্দ গোপ-গোপী-নাং (গোপ-গোপীশিংগী) লীলা স্থানানি (লীলা শান্নফমশিংবু) অনুক্রমাৎ (মথং-মথং ওইনা শেমগৎখি) ।৪॥

বিজ্ঞায়াভিধয়া (খংহন্নদগী খংলহুনা) স্থাপ্য (মমিং থোল্লহুনা) গামান্ (খুঙ্গংশিং) বহূন্ (অয়াম্ববু) বাসয়ৎ (লৈহনখি) কুণ্ড-কূপ্যাদি (কুণ্ড গুহানচিংবা) পূর্ত্তেন (পুকশ্রী) শিবাদি (গোপেশ্বর মহাদেবনচিংবা) স্বরূপেনচ (মশক ওইনস্যু লিংখৎখি) ॥৫॥

গোবিন্দ (শ্রীগোবিন্দজিউ, গোবর্দ্ধন,) গোবর্দ্ধন হরি দেবাদি (গোবর্দ্ধন, শ্রীহরি দেবনচিংবা) স্বরূপ (মশক) আরোপনেনচ (লিংখৎপনস্যু) স্বেরাজ্যো (মশাগী লৈবাক্তা) কৃষ্ণেকভক্তিং (অমত ভায়রবা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিবু)

---

অনুবাদ—

শ্রীগোবিন্দজিউগী, গোপ, গোপীশিংগী লীলা শান্নফমশিংবু মথং-মথং ওইনা শেমগৎখি ॥৪॥

মথং মনাও নাইনা মথং-মথং মমিং অমমম থোন্দুনা খুঙ্গং কয়া, কোমুং কয়া শেমগৎখি, মফম অমদা কুণ্ড অমদনা গুহা, পুকশ্রীনচিংবা তৌখি, মফম অমদা শ্রীগোপেশ্বর মহাদেবনচিংবগী শিব লিঙ্গ লিংখৎখি ॥৫॥

শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীগোবিন্দজিউগী শ্রীগোবর্দ্ধন্দা, শ্রীহরি দেবগী, শ্রীমথুরাদা শ্রীকেশব জিউনচিংবা মিংথোনহুনা শ্রীভগবানগী শ্রীমূর্ত্তি

**প্রজাস্তমুদিতা স্তস্য কৃষ্ণ কীর্ত্তনতৎ পরাঃ।**
**পরমানন্দ সম্পন্না রাজ্যে তস্যৈব তুষ্টুবুঃ ॥৭॥**
**একদা কৃষ্ণপাত্ন্যস্ত শ্রীকৃষ্ণবিরহাতুরাঃ।**
**কালিন্দীং মুদিতাং বীক্ষ্য পপ্রচ্ছুর্গতমৎসরাঃ ॥৮॥**

---

অন্বয় –

হ্ (নীংথিজনা) ততান (শন্দোকখি) মুমোদচ (নুংঙায়বসু ওইখ— হরাউনখি) ॥৬॥

প্রজাস্ত (প্রজা পুন্নমক্কা) কৃষ্ণকীর্ত্তন তৎপরা (শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্নদসু পুক্নিং চংবশিংনা) পরমানন্দ সম্পন্না (ওমখৈ লৈতনা হরাউরবা) তস্যরাজ্যে (মাগী লৈবাক অতুদা) এব (অতুগুম্না) তুষ্টুবুঃ (থাগৎনখি) ॥৭॥

একদা (নোংমা) শ্রীকৃষ্ণ বিরহাতুরাঃ (শ্রীকৃষ্ণবু কায়নবদা বারবীশিং) কৃষ্ণ পত্ন্যস্ত শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইরবীশিংনা) কালিন্দীং (কোলিন্দীবু) মুদিতাং (নুংঙায়না লৈবা) বীক্ষ্য (উরগা) মৎসরাঃ (নুংনাংলবী শিংনা) পপ্রচ্ছুঃ (হংখি) ॥৮॥

---

অনুবাদ—

লিংখৎপনা মরৈবাক্তনা অমতা ঙায়রবা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিবু শন্দোকপদা ওমখৈ লৈতনা নুংঙায়বা ওইনখি ॥৬॥

অসিগুম্না প্রজাশিংনসু মতম পুন্নমক্কা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্নদা পুক্নিং চংবনা থোইনা নুংঙাযবগী সমুদ্রদা লুপ্পখি, মখোয় পুন্নমক্কা য়াম্না হরাউনা লৈবাক অতুগী মী পুন্নমক্কা থাগৎনখি ॥৭॥

নোংমা শ্রীকৃষ্ণবু কায়নবদা বারবী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইরবী শিংনা লোন্নবী ওইবী শ্রীকালিন্দীনা নুংঙায়না লৈবা উরগা নুংনাংলবীশিংনা অমদি পুক্নিং শেংনা হংখি ॥৮॥

**শ্রীকৃষ্ণ পত্ন্যূবাচঃ**

**যথা বয়ং কৃষ্ণ পত্ন্যস্তথাত্বমপি শোভণে।**
**বয়ং বিরহজুঃ খার্ত্তাস্ত্বং ণ কালিন্দি তদ্বদ॥৯॥**
**তচ্ছুত্বা স্ময়মানা সা কালিন্দী বাক্যমব্রবীৎ।**
**সা পাত্ন্যং বীক্ষ্য তত্তাসাং করুণাপরমানসা॥১০॥**

অন্বয় -

শ্রীকৃষ্ণ পত্ন্যউচুঃ (শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা হায়খি — শোভনে! (হে নীংথিজরবী!) বয়ম, (ঐখোয়না) কৃষ্ণপত্ন্যঃ (শ্রীকৃষ্ণগী লোইনবী ওাকনি) তথা (অদুগুম্না ত্বমপি (নংসু শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী অমনি) বয়ম, (ঐখোয়না) বিরহদুঃ খার্তাঃ (শ্রীকৃষ্ণবু কায়নবদা বারি) ত্বং (নংনা) ন (বাদে) তৎ (অদু) বদ হায়যু॥৯॥

কালিন্দী (কালিন্দীনা) সাপত্ন্যং (লোন্নবীগী) তৎ (অদুগুম্বা অদুবু) শ্রুত্বা (তারগা) করুনা (থৌজান্দুনা) পারমানসা (নুংশিরদুনা) স্ময়মানা (মোংমোন্না নোক্রবী) সা (অদুগুম্বী কালিন্দীনা) বীক্ষ্য (য়েংলদুনা) বাক্যং (বা অদুবু) অব্রবীৎ হায়খি॥১০॥

---

অনুবাদ—

শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা কালিন্দীদা হায়খি — হে নীংথিজরবী! ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মহারাণীনি, অদুগুম্না নংসু ইবুংঙো মাগী মহারাণীনি অদুদা ঐখোয়না ইবুংঙো মাবু কায়নবদা অহিং নুংথিলদা চাক্তনা লৈরি, অদুগা নংগী থমোয়দা ঐখোয়গুম্না অৱাবগী খুদম অমতা উবা ফংদে, মরম অদু ঐখোয়দা হায়বু॥৯॥

কালিন্দীনা মাগী লোন্নবীশিংগী অৱাবা অদুদা অৱাবা অদু য়ারদুনা মখোয়গী মফমদা থোইনা নুংশিরদুনা হায়ফেৎ নোক্তনা মথাগী ৱাহৈশিং অসিবু হায়খি॥১০॥

**স এব সা সসৈবাস্তি বংশীতৎ প্রেম রূপিকা।**
**শ্রীকৃষ্ণ নখচন্দ্রিকা সঙ্গাচ্চন্দ্রাবলী স্মৃতা।।১৩।।**
**রূপান্তরমগৃহ্নানা তয়োঃ সেবাতিলালসা।**
**রুক্মিন্যাদিসমা বেশো ময়াত্রৈব বিলোকিতাঃ।।১৪।।**

---

অন্বয় —

স ( শ্রীকৃষ্ণনা ) সা এব ( অতগী রাধিকা অসনি ) সা এব ( শ্রীরাধিকা অসিনা ) সএব ( শ্রীকৃষ্ণ ওইনা ) [illegible] তৎপ্রেম রূপিকা ( প্রেমগী মশক ওইবী ) বংশী ( বাংশী অসিনি ) শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রসা ( শ্রীকৃষ্ণ কোবা অমুবা থাজগী ) নখচান্দ্রকা ( খুজিলগী মশক ওইবা থাজনা) সঙ্গাৎ ( [illegible] ) চন্দ্রাবলী (চন্দ্রাবলী কোবী সখিনা মশক ওই স্মৃতা (অরেম্না খংনবি ।।১৩।।

তয়োঃ (রাধা কৃষ্ণ অনীগী) সেবাতিলালসা (সেবাবু য়াম্না পামজত্না) চন্দ্রাবলী (চন্দ্রাবলীন) রূপান্তরম, (অতোপ্পা মশক অমা ওইনা) অগৃহ্নানা (লৌখিদনে) ময়া (ঐনা শ্রীরাধিকাদা) রুক্মিন্যাদ (রুক্মিনীনচিংবী সখীসিংনা) সমাবেশঃ (চংখিবা) অত্রৈব (মসিদা) বিলোকিতাঃ (উমখরে) ॥১৪॥

---

অনুবাদ—

শ্রীকৃষ্ণ অসিমক শ্রীরাধিকানি, শ্রীরাধিকা অসিমক শ্রীকৃষ্ণনি হায়বদি অনীগী প্রেমদি বংশীনি হায়না ফোংদোক্লি। শ্রীকৃষ্ণগী খুজিলগী মশক ওইবা থাজনা পুন্না লৈমিন্নবদগী শ্রীচন্দ্রাবলী সাখগী মশক ওইখি ।।১৩

শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনীগী সেবাতবু য়াম্না পামজবদগী চন্দ্রাবলী সখিনা অতোপ্পা মশক অমা লৌখিদরে, ঐনা শ্রীরাধিকাদা রুক্মিনীনচিংবী সখিশিংনা চংখিবদু উরে ।।১৪।।

যুষ্মাকমপি কৃষ্ণেণ বিরহোনৈব সর্ব্বতঃ।
কিন্তু এবং নজানীথ তস্মাদ্ব্যাকুলতামিতঃ ॥১৫।
এবমেবাত্র গোপীনাম, ক্রুরাবসরে পুরা।
বিরহভাস এবা সৌদ্ধবেন সমাহিতা। ১৬।
তেনৈব ভবতীনাং চেদ বেদ ত্রসমাগমঃ।
তর্হিনিত্যং স্বকান্তেন বিহার মপি প্স্যথ। ১৭।

---

অন্বয়—

যুষ্মাকং অপি (নখোয়স্থ)কৃষ্ণেন (শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা) সর্ব্বতঃ (মতম পুম্নম—া) নৈববিরাহঃ (কায়নরোই) এবং অসিবু নজানীথ (খংদ্রে) তস্মাৎ (মরম অসিদগী) ইতঃ (অস্থম্না) ব্যাকুলিতাম (বারিবান ।১৫।

পুরা (মমাংঙৈদা) অক্রুরাবসরে (অক্রুরনা বৃন্দাবনদা লাকপা মতমদা) গোপীনাং (গোপীশিংগী) এবং (অসিগুম্না বিরহ ভাস কায়নবগী মঙাল অদু) আসীৎ (ওইখি) উদ্ধবেণ (উদ্ধবনা) সমাহিতা (থেমদুন অবাবা কোকহনখি)। ১৬॥

ভবতীনাং (নখোয়না) অত্র (মফম অসিদ) তেন এব (অদুগুম্না) সমাগমঃ চেৎ (উদ্ধবনা লাক্কুনা উনবর দি) অবেদ (খংহল্লবা তর্হি (অদুদা)

---

অনুবাদ—

অস্থম্না নখোয়স্থ শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা করিগুম্নদা কায়নবা, ওইরোই, নখোয়না মন্নুংগী অথুপ্পা অদু খংদ্রে, মরম অসিদগী অস্থক যাম্না বারিবনি ॥১৫॥

মমাংঙৈদা অক্রুরনা লাকপা মতমদা গোপীশিংগীস্থ অসিগুম্না কায়নবগী মঙাল অদু উংখি, অদুদা উদ্ধবনা লাক্কুনা থেম্নগা নখোয়না কৃষ্ণ কায়নবগী অবাব অদু কোকহনখি। ১৬॥

শ্রীউদ্ধব বৈষ্ণবনা মফম আসদা লাক্কুনা উনরবাদ অদুদা নখো য়স্থ

শ্রীসূত উবচ।

এবমুক্তাস্ততাঃ পত্ন্যঃ প্রসন্নাঃ পুনরব্রুবন্।
উদ্ধবালোকনে নাত্মপ্রেষ্ঠ সঙ্গমলালসাঃ ॥১৮॥

শ্রীকৃষ্ণ পত্ন্য উবাচঃ।

ধন্যাসি সখিকান্তেন যস্যানৈবাস্তি বিচ্যুতি।
যতস্তে স্বার্থ সংসিদ্ধিস্তস্যাদাস্যো বভুবম ॥১৯

---

অন্বয় –

নিত্যং (নুমিৎ খুদিংগী) স্বকান্তেন (নবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা বহারম (শান্নবা) অপি (সু) লপ্স্যথ (ফংগনি ॥১৭।

শ্রীসূত উবাচ ( শ্রীসূতনা হায়খি—হে ঋষি পুন্নমক ! ) এবংউক্তাস্তু ( কালিন্দীনা অসুম্না হায়রবদা উদ্ধব আলোকনেন ( উদ্ধববু উনবনা ) আত্মপ্রেষ্ঠ (মথবায়গী নুংশিজরবা শ্রীকৃষ্ণবু সঙ্গমলালস ( [illegible]জবা পান্নবী) তাঃ পত্নঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা ) পুনঃ ( অমুক হন্না) অব্রুবন্ ( হায়খি ) ॥১৮।

শ্রীকৃষ্ণ পাত্না উচ্— ( শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা হায়খি সখি ( হে সখি ! ) ধন্যাসি ( থাগৎনীংগাযা ওইরে ) কান্তেন ( চান্নথোইবগা লোইননা ) তে ( নখোয়না ) বিচ্যুতিঃ (কায়নবা) এব ন অস্তি ( লৈদ্রোই )

অনুবাদ—

চান্নথোইরবা নবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা নুমিৎ খুদিংগী শান্নমিন্নবা ফংগনি ॥১৭।

শ্রীসূতনা হায়খি— হে ঋষি পুন্নমক ! কলিন্দীনা অসুম্না হায়রবদা উদ্ধববু উনবনা মথবাইগী নুংশিজরবা শ্রীকৃষ্ণবু তিন্নজবা পান্নবী শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা অমুক হন্না হায়খি ॥১৮॥

শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা হায়খি— হে সখি ! নং অসে য়াম্না থাগৎনীংঙায়না, করিগী থাগৎলোইদগে, করিনা হায়রবু চান্নথোইরবা শ্রীকৃষ্ণগা

**পরন্তুদ্ধব লাভেস্যাদস্মা সর্ব্বার্থ সাধনম্।**
**তথা বদস্ব কালিন্দি তল্লাভোহপি যথাভবেৎ ॥২০॥**

**শ্রীসুত উবাচঃ।**

**এবমুক্তাতু কালিন্দী প্রত্যুবাচাথ তান্তথা।**
**স্মরন্তী কৃষ্ণচন্দ্রস্য কলাষোড়শরূপিনঃ ॥২১॥**

---

অন্বয়—

খও (মরমদি) স্বার্গসিদ্ধ (অপাঙ্গা মপু ফাবা ওইরগনি) যস্যাঃ (মাংতান্দগী নখোয়সু) তস্যাঃ (ভানু নন্দীনিগী) দাস্যঃ (মনাই) বভূবিম (ওইজরগে) ১৯।

কালিন্দী (হে কালিন্দি!) পরন্তু উদ্ধব লাভে (উদ্ধববু উনবা ফংলবদি, অতুদা) অস্মাৎ (ঐখোয়গী) সর্ব্বার্থ সাধনম. (পুম্নমক পাংথোকপা) স্যাৎ (ওইগনি) তৎলাভো অপি (মাবু উনবা ফংনবসু) যথা ভবেৎ (অতুম্না ফংগদৌবা) তৎ (অত্ত) বদস্ব (হায়বিয়ো) ॥২০॥

শ্রীসূত উবাচ—(শ্রীসূতনা মুনিশিংদা হায়খি)—এবং উক্তাতু (শ্রীকৃষ্ণগী মহারানীশিংনা অসুম্না হায়রবদা ষোড়শকলারূপিনীং (কলা তরাতরুক্ত মশক ওইবী) কালিন্দী (কালিন্দীনা) কৃষ্ণস্য স্মরন্তী (শ্রীকৃষ্ণগী চরনবু

---

অনুবাদ—

লোইননা নংদি কারিগুম্বদা কায়নবা লৈতে অতুদগী নংনা নীংবা পুম্নমক মপুং ফাবা ওইরি, ঐখোয়সু অতুগুম্না বৃষভানুগী মচানুপী অতুগী মনাই ওইজরগে ॥১৯

হে কালিন্দি! উদ্ধববু উনরবদি ঐখোয়গী নীংবা থুংলগনি। মরম অসিদগী ঐখোয়না মাবু উনবা ফংনবা উপায় মাগা তশেংনা উনবা ফংগদৌবা অতুমক ঐখোয়দা হায়বিয়ো ॥২০॥

শ্রীসূতনা মুনিশিংদা হায়খি—শ্রীকৃষ্ণগী মহারানীশিংনা অসুম্না হায়রবদা

**সাধণ ভূমির্বদরীব্রজন্তা কৃষ্ণেণ মন্ত্রিণেপ্রোক্তা।**
**তত্রাস্তেসতু সাক্ষাত্তদ্বয়ূণং গ্রাহয়ল্লোকান. ।২২।।**
**ফলভূমি ব্রজ ভূমির্দত্তা তস্মৈ পুরৈব সরহস্যম্।**
**ফলমিহতিরোহিতং সত্তদি হেদানীং সউদ্ধবোহ লক্ষ্যঃ ।।২৩।।**

---

অন্বয়—

নীংশিং-নীংশিংনা ) তান, ( মখোয় পুম্নমক্পা ) অথ ( মথংদা ) প্রত্যুবাচ ( পাউথুম পিখি ) ২১।

কৃষ্ণেন ( শ্রীকৃষ্ণনা ) ব্রজতা ( স্বর্গারোহণ ওইরমদায়দা মন্ত্রিণে ( মনাই উদ্ধবদা ) প্রোক্তা ( হায়খিবা ) সাধন ভূমিঃ (লাইনীংফম ওইবা) বদরী ( বদরীকাশ্রমদা ) তত্র ( মফম অদুদ ), সতু উদ্ধবনা ) আস্তে ( লৈখি ) সাক্ষাৎ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) তৎ বয়ুনং ( তাকপিখিবা পুম্নমক অদু ) লোকান, ( মীপুম্নমক্তা ) গ্রাহয়ৎ ( লোইহনাখ ) । ২২।।

পুরাএব ( মমাংঙৈদা ) তস্মৈ ( উদ্ধবদা ) ফল ভূমিঃ ( মহৈ ফংফম ওইব ) ব্রজ ভূমিঃ ( ব্রজ বৃন্দাবনগী ) রহস্যাং ( অথুপ্পগা লোইনবদ ) দত্তা ( পিখি-থংহনখি ) ফল ( মহৈ ) তিরোহিতং ( শ্রীকৃষ্ণনা স্বর্গারোহণ

---

অনুবাদ—

দা কলা তরা তরুক্তি মশক ওইরিবী কালিন্দীনা শ্রীকৃষ্ণগা চরণবু নীংশিং— নীংশিংলত্তুনা মখোয়গী মফমদা পাউথুম পিখি। ২১।

শ্রীকৃষ্ণনা স্বর্গাবোহনগী মতমদা মাগী মন্ত্রি মনাই উদ্ধবদা হায়াখ— লাইনিংফমদি বদরীকাশ্রম নি হায়খিবা অদুগী মতুং ইন্না উদ্ধব অদুনা বদরীকাশ্রমদা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিবা তংশেংবা জ্ঞান অদু মী পুম্নমক্তা লৌহনখি ।।২২।

মমাংঙৈদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই উদ্ধবদা মহৈ ফংফম ওইবা ব্রজভূমিগী অথুপ্পা খংহনপ্রে অদুদা মহৈগী মশক ওইবা শ্রীগোবিন্দ মফম অসিদগী স্বর্গারোহণ ওইপ্রবদা অমনা উদ্ধবসু মফম অসিদা উবা ফংখিদরে ।।২৩।।

**গোবর্দ্ধন গিরিনিকটে সখী স্থলে তজ্জতং কামঃ।**
**তত্রত্যাঙ্কুরবল্লী রূপেনাস্তে সউদ্ধবান্নু নম্ ॥২৪॥**
**আস্মোৎ সবরূপত্বং হরিনা তস্মৈ সমর্পিতং নিয়তম্**
**তস্মাত্তত্রাস্থিত্বা কুসুমসরঃ পরিসরে সব্রজাভি ॥২৫॥**

---

অন্বয় -

ওইশ্রবদা ) ইহ ( মফম অসিদা ) ইদানীং ( হৌজিক্তি ) স্বং ( অশেংবা ) তং ( অত্তু ) স ( উদ্ধবত্নু ' মত্র ' অসিদা অলক্ষ্যং ( উথিদরে ) ॥২৩।

গোবর্দ্ধণ ( গোবর্দ্ধণ কৌবা ) গিরি ( চীংগী ) নিকটে ( মনাক্তা ) সখীস্থলে ' সখিশিংগী লৈফমদা ) তং রজঃ ( ব্রজ ভুমিগী উফুলবু ) কামঃ ( পামজত্তুনা ) তত্রত্যা ( মফম অতুমক্তদা ) অঙ্কুরবল্লীরূপেণ ( উনা-উরিগী মশক ওইনা ) নুনম, ( লেপ্পমক ) স ( উদ্ধব অতুনা ) আস্তে ( লৈপ্রে) ।২৪।

হরিনা ( শ্রীকৃষ্ণনা)' তস্মৈ (মাঙোন্দা) নিয়তং (চুমনা) স্বরূপত্বং ( মশক ফজবা ওইবা) আত্মোৎসব (মঙোন্দা নুঙায়বা পিশ্রবনি) তস্মাৎ (মরম অসিদগী) সব্রজাভিঃ (ব্রজ নাভগা) পরি সরে ( ল্যোইননা ) তত্র ( মফম অতুদা ) কুসুমসরং (কুসুমসর কৌবা পুকশ্রীগী মপান্দা) স্থিত্বা ( লৈতুনা ) ॥২৫'।

---

অনুবাদ—

গোবর্দ্ধন কৌবা চীংগী মনাক্তা সখিশিংগী শান্নফম ওইবা মফম অতুদা উনা-উরি অনৌবশিংগী মশক লৌতুনা উদ্ধবনা লেপ্পমক লৈপ্রে ॥২৪'।

শ্রীকৃষ্ণনা মাঙোন্দা তশেংনা মাগী মশক ফজরবা, নুংশিবা পুন্নমকতা নুংঙায়বা অতু পিশ্রবনি। মরম অসিনা শ্রীব্রজনাভগা লোইননা চৎলো কুসুমসরঃ কৌবা পুকশ্রী মপান্দা লৈব্রো ॥২৫॥

**বীণা বেণু মৃদঙ্গৈঃ কীর্ত্তন কার্য্যাদি সরস সঙ্গীতৈঃ।**
**উৎসব আরব্ধব্যো হরিরত লোকান, সমানার্য্যঃ ॥২৬॥**
**তত্রোদ্ধবাবলোকো ভবিতা নিয়তঃ মহোৎসবে বিততে।**
**যোষম,াকী নামভিমত সিদ্ধিং সবিতা সএব সবিতা নাম্ ॥২৭॥**

---

**অন্বয়—**

বানা.বেণু, মৃদঙ্গৈ. (বীনা, বেণু, পুংনচিংবনা) কীর্ত্তন কার্যাদি নাম শোম্বা. কাব্যনচিংবা ) সরস সঙ্গীতৈঃ ( রসগা কোম্নবা, কাব্যনচিংবনা ) হরিরতঃ (শ্রীকৃষ্ণদা অনী লোংদনা নীংবা) লোকান, (ভক্তশিংবু) সমানার্য্যঃ (লোইননা) উৎসব আরব্ধব্যঃ (উসব অহু হৌগদোবনি) ॥২৬॥

মহোৎসবেবিততে (মহোৎসব অহু তৌরবদা) তত্র (মফম অহুমক্তদা) উদ্ধবং ( উদ্ধববু ) অবলোকঃ ( উনবা ) নিয়তঃ ( শোয়দনা ) ভবিতা (ওইরগনি) সত্রবউদ্ধঃ (উদ্ধব মশামক্না) সবিতানাং (নুমিৎ নিংথৌ) সবিতা (নুমিৎ ওইরতুনা যোযম,া কীনাং (নখোয় পুম্নমক্কি) অভিমত (অপাম্বা অহু) সিদ্ধিং (পাংথোকনি ॥২৭॥

---

অনুবাদ —

মরম অসিদগী বীণা, বেণু, পুংনচিংবনা কীর্ত্তন তৌবা, রসগা কাব্যগনচিংবগা লোহনবা ঈশৈনা শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নীং অনী লোংদনা নীংশ্ববা ভক্তশিংবু কৌরগা পুন্না মখোয় অহুগা লোইননা থবক অসি কুসুম সরোর কৌবা পুথ্রীগী মপান্দা উৎসব অহু হৌরো ॥২৬॥

মতম অহুদা অসিগুম্না উৎসব অহু পাক-শন্না তৌরবদি মতম অহুদা মফম অহুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই উদ্ধব অহু শোয়দনা উবা কাগনি। মানা নুমিৎশিংগী নুমিৎ ওইদুনা মাগী থৌজান্দগী নখোয়গী নীংবা পুম্নমক থুংগনি ॥২৭॥

**শ্রীসূত উবাচ—**

**ইতি শ্রুত্বা প্রসন্নাস্তাঃ কালিন্দী মভিবন্দ্য তং।**
**কথয়ামা সুরাগত্য ব্রজং প্রতি পরীক্ষিতম ॥২৮।**
**বিষ্ণুরাতস্তু তচ্ছ্রুত্বা প্রসন্নস্তস্য তস্তদা।**
**তত্রৈবাগত্য তৎ সর্ব্বং কারয়মাস সত্বরম্ ॥২৯॥**
**গোবর্দ্ধনাদ দূরেণ বৃন্দারণ্যে সখা স্থলে।**
**প্রবৃত্তঃ সুকুমাস্তোথো কৃষ্ণ সংকীর্ত্তন নাং স্ববঃ ॥৩০॥**

**অন্বয়—**

**শ্রীসূত উবাচ**—(শ্রীসূতনা হায়খি—তাঃ (মবেম্মশিংনা) ইতিশ্রুত্বা (বা অসি তাবদা) প্রসন্নাঃ (পেল্লবী ইবেম্মাশংনা) কালিন্দীং (কালিন্দীবু) অভিবাদ্য (থাগৎলগা) তং (অদুদা) আগত্য চংশিল্লক্কুনা) ব্রজংপ্রতি পরীক্ষিতম. (ব্রজনাভ, পরীক্ষিৎ অনীম গা) কথয়ামাসুঃ (হায়খ্রু) ২৮।

বিষ্ণুরাতস্তু (পরীক্ষিৎ নিংথৌসু) তৎশ্রুত্বা (বা অদু তারদুনা) তস্যতঃ (অদুদগী) তদা (অদুদা) আগত্য (মফম অদুদা লাকুনা) সত্বরম. (থুনা) তৎ সর্ব্বং (পুম্নমক) কারয়ামাস (তৌখি ॥২৯॥

গোবর্দ্ধনাদ্য (শ্রীগোবর্দ্ধনদগী) অদূরেণ (ইরাপ,-লাপ্তনা লৈবা বৃন্দারণ্যে

---

অনুবাদ—

শ্রীসূতনা মুনিশিংগী মফমদা হায়খি—(হে ঋষি মুনিশা!) শ্রীকৃষ্ণগী মহারানী লোন্নবী কালিন্দীগী মফমদগী বা পুম্নমক তারবদা ঙমথৈ লৈতনা নুংঙায়খরে। কালিন্দীবু থাগৎলগা ব্রজনাভ, পরীক্ষিৎ অনীগী নাক্তা চংশিল্লক্কুনা মরম পুন্নমক হায়খি ॥২৮॥

মহারাজ পরীক্ষিৎনা বা পুম্নমক তারদুনা য়াম্না পুক্নিং নুংঙায়না মখোয় পুমনমক্কা লোইননা মফম অদুদা লাকমিন্নদুনা থুংলয়গা থবক পুম্নমক তৌখি ॥২৯॥

গোবর্দ্ধন কৌবা চীংদগী ইরাপ,-লাপ্তনা বৃন্দাগী বন্দা সখিশিংগী

বৃষভানু সুতা কান্তবিহারে কীর্ত্তনশ্রিয়া।
সাক্ষাদিব সমাবৃত্তে সর্ব্বেহনন্য দৃশোহভবন, ॥৩১॥
ততঃ পশ্যৎসু সর্ব্বেষু তৃণ-গুল্ম লতা চয়াৎ।
আজগামোদ্ধবঃ স্রগ্বী শ্যামঃ পাতম্বারা বৃতঃ ॥৩২॥

---

অন্বয় —

(বৃন্দাগী বন্দা) সখী স্থলে সখিশিংগী শান্নফম ওইবা মফমদা) কুসুমাব্ধৌ (কুসুম সরোবর কৌবা মফমদা) প্রবৃত্তঃ (তিন্নতুনা) কৃষ্ণস্য (শ্রীকৃষ্ণগী) সংকীর্ত্তন উৎসবং (সংকীর্ত্তনবু) শ্রয়া (নীংথিজনা তৌবা) তৌখি ।৩০।।

বৃষভানু সুতা (বৃষভানুগী মচানুপীগী) কান্ত (চান্নথোইবগা) বিহারে (শানবদা) কীর্ত্তন শ্রয়া (কীর্ত্তন অতুনা ফজবা অমা ওইগ্রে) সর্ব্বে পুন্নমক্না সমাবৃত্তে 'পুন্নবদা') সাক্ষাৎ ইব (তশেংনা) অন্য-অন্যাদৃশো (মহৈ-মতৈ যেংনবা) অভবন, 'ওইখি ।৩১।।

ততঃ (মথংদা) সর্ব্বেষু (পুন্নমক্না) পশ্যৎসু (উহন উহন্না) তৃণ গুল্ম-লতাচয়াৎ (নাপী-পান্দোং উর মরক্তগী, পীতাম্বরা বৃতঃ (নাপু মচুগী ফি শেৎপা) স্রগ্বী (লৈ পরেং শিবা) শ্যাম (কুলৈ কুচুনা ফজবা) উদ্ধবঃ 'উদ্ধবনা) আজগাম (লাকখ-থোবকখি ।৩২।।

---

অনুবাদ—

শান্নফম ওইবা মফমদা কুসুম সরোবর কৌবা মফমদা ময়াম তিন্নমুনা শ্রীকৃষ্ণগী সংকীর্ত্তন উৎসবপু নিংথিজনা তৌবা হৌখ ।।৩০।।

বৃষাভানুগী মচানুপী শ্রীরাধিকাগী চান্নথোইরবা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা শান্নফম ওইবা মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী সংকীর্ত্তন তৌরবদা মমাংদৌদা অমুক্তা ওইখিদবা ফজবা অমা ওইগ্রে, অতুগুম্না কুসুম সরোবর কৌবা মফম অতুদা মী পুন্নমক্না উদ্ধবব উবদা হায়রবদি শ্রীকৃষ্ণগী সংকীর্ত্তন তৌবদা পুক্নিং চংবা ওইগ্রে ।৩১।।

মথংদা মী পুন্নমক্কী মমাংদা নাপী-পান্দোং উর মরক্তগী ফি নাপু

**গুঞ্জা মালা ধরো গয়ন, বল্লবী বল্লভং মুহুঃ।**
**তদাগমনতো রেজে ভৃশং সঙ্কীর্ত্তনোৎ সবঃ ।।৩৩।**
**চন্দ্রিকাগমতো যদ্বৎ স্ফাটি কাট্টালভু মনিঃ।**
**অথসর্ব্বে সুখান্তো ধৌমগ্নাঃ সর্ব্বং বিসস্মরুঃ ।।৩৪।।**

---

**অন্বয়—**

গুঞ্জা মালা ধরঃ (গুঞ্জা মালা পবেং শিবা) মুহু (হন্ন হন্না) বল্লবী বল্লবী কল্লভং (গোপীশিংগী চান্না থোইরবা শ্রীকৃষ্ণগী নামবু) গায়ন্ (শোল্লহুনা) আগতঃ সংকীর্ত্তন্না) ভৃশং (য়াম্না) রেজে (নীংথিজখবে ।।৩৩।।

স্ফাটিকাভুমনিঃ (লীক্লী ওইবা যুমগী মথোন্দা) চন্দ্রিকাগমতঃ (থাগী মঙাম্না তাবদা) যদ্বৎ (অদুগুম্না ফজখিবা) তদ্বৎ (অদুগুম্না) সুখান্তৌ (মুংঙায়বগী সমুদ্রদা) মগ্নাং (লুপগ্রবা) সর্ব্বে (পুম্নমক্না) অথ (মথংদা) সর্ব্বং (পুম্নমক্না বিসস্মরুং ঙক্লখবে ।।৩৪।।

---

অনুবাদ—

মচুগী ফি শেৎপ, লৈ পরেং শিবা, কুলৈ কুচুনা ফজবা ওইবা উদ্ধনা লাকখি-থোরকখি ।।৩২।।

উদ্ধবনা গুঞ্জামালা শিহুনা হন্ন-হন্না গোপীশিংগী চান্নথোইরবা শ্রীকৃষ্ণগী গুনবু শোল্ল শোল্লহুনা লাক্লবদা সংকীর্ত্তন অদুগী য়াম্না ফজবা অমা ওইখ্রে ।।৩৩।।

লীক্লী ওইবা যুমগী মথোন্দা মণিদা থাগী মঙাম্না তাবদা অদুগুম্না ফজরে। অদুগুম্না উদ্ধবনা লাক্লবদা পুম্নমক্না মুংঙায়বগী সমুদ্রা লুপখিহুনা মানা মানা তৌগদবা থবক অদু কাউথোকখরে ।।৩৪।।

**ক্ষণেনা গত বিজ্ঞানা দৃষ্ট্বা শ্রীকৃষ্ণ রুপিণম্ ।**
**উদ্ধবং পূজয়াঞ্চক্রুঃ প্রতি লব্ধ মনোরথাঃ । ৩৫।।**

ইতি শ্রীস্কান্দে পরীক্ষিদাদী নামুদ্ধব দর্শন বর্ণন নাম দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।।২।

---

**অন্বয়—**

ক্ষনেন (মিংকুপ খরগী মতুংদা) আগত বিজ্ঞানা (পুন্নমক্কী মপানগী বাখল লাক্লচুনা) শ্রীকৃষ্ণ রূপনিম, (শ্রীকৃষ্ণগা চপ মান্নবা) উদ্ধং (উদ্ধববু দৃষ্টা (উরগা) পূজাং (পূজাবু) চক্রু (তৌখি) মনোরথাং (পুক্নিংগী অপাম্বা, প্রতিলব্ধ (মপুং ফানা ফংখ্রে ।।৩৫।।

ইতি শ্রীস্কান্দে পরীক্ষিতাদি শ্রীকৃষ্ণ পত্নীনাং সংকীর্ত্তনোৎ সবে উদ্ধব দর্শন নামক দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।।২।।

মতাং অসিদা শ্রীস্কন্দ পুরান্দা পরীক্ষৎনচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী ইবেন্মশিংনা সংকীর্ত্তনগী উৎসবদা উদ্ধবগা উনবা অনীশুবা তাংকক লোইরে ।২।।

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যম্

## অথতৃতীয়োঽধ্যায়ঃ।

**শ্রীসূত উবাচ।**

**অথোদ্ধবস্তুতান দৃষ্ট্বা কৃষ্ণ কীর্ত্তন তৎপরান।**
**সংকৃত্যাথ পরিষ্বজ্য পরীক্ষিত মুবাচ হ ॥১॥**

---

মথংদা অঙমশুবা তাংকক্ শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যস্য ভাগবত সম্প্রদায়দায় স্য তৎ পরায়ণানাং ভগবদ্ধাম প্রাপ্তেশ্চবর্ণন।) অসিগী মথ দা স্কন্দ পুবান্দা শ্রীমদ্ভাগবতগী মতীক মগুন চায়বা ভাগবতগী সম্প্রদায়দা পুক্নিং চংবশিংগী শ্রীভগবানগী ধাম ফংবগী তায়রি।

---

অন্বয়—

শ্রীসূত উবাচ—(শ্রীসূতনা হায়খি—) অথ (মথংদা) উদ্ধবস্তু (উদ্ধবনসু) তান্ (পুম্নমকপু) দৃষ্ট্বা (উরগা) কৃষ্ণকীর্ত্তন (শ্রীকৃষ্ণগী কীর্ত্তনবু) তৎ (মখুদা) পরানন্ (পুক্নিং চংলিবশিংবু) সংকৃত্য (মতিক চাবা উৎলগা) হ (নিংথিজনা) পরীক্ষিতম্ (নিংথৌ পরীক্ষিত্তা উবাচ (হায়খি ॥১॥

---

অনুবাদ—

শ্রীসূতনা হায়খি—হে ঋষি পুম্নমক! মথংদা শ্রীউদ্ধবনসু মখোয় পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী নাম সংকীর্ত্তন তৌবদা পুক্নিং চংবা উরগা পুম্নমক্তা মতীক চাবা উৎখ্রে অমসু কোম্ন পায়নরগা নিংথৌ পরীক্ষিত্তসু নিংথিজনা বা হায়খি ॥১॥

উদ্ধব উবাচ।

ধন্যোইসি রাজন, কৃষ্ণৈক ভক্ত্যা পূর্ণোঽসি নিত্যদা
যত্ত্বং নিমগ্নোচিত্তোঽসি কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনোৎসবে ।২।।
কৃষ্ণ পত্নীষু ব্রজেচদিষ্ট্যা প্রীতিপ্রবর্ত্তিতা।
তবোচিতমিদং তাত কৃষ্ণদত্তাঙ্গবৈভব ।।৩।

---

অন্বয়—

উদ্ধব উবাচ—( উদ্ধবনা হায়খি— ) রাজন ( হে নিংথৌ ! ) ধন্যোসি ( নাহাকপু অতাংবানি হায়না থাগৎলি ) কৃষ্ণৈক ভক্ত্যা ( শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নিং অনী লোংদনা নীংবনা ) ত্বং ( নংনা ) নিত্যদা ( মতম পুম্নমক্তা ) পূর্ণো অসি ( মপুং ফাবা ওইরে ) যঃ ( মানা ) কৃষ্ণসংকীর্ত্তণ উৎসবে ( শ্রীকৃষ্ণগী সংকীর্ত্তণ অসিদা ) নিকগ্নঃ চিত্তো অসি ( পুক্নিং লপ্পা ওইখ্রে ) । ২।।

কৃষ্ণ পত্নীষু ( শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংদা । চ ( সু ) ব্রজে ( ব্রজনাভদা ) প্রবর্ত্তিতা ( পেনখ্রে ) অঙ্গ ! ( হে ইবুংঙো ! ) তব ( নংগী ) উচিতং (মতীক চাখ্রবা ) ইদং ( অসি ) কৃষ্ণঃ ( কৃষ্ণমক্না ) বৈ লেপ্পমক ) বৈভব ( মতীক চাব অসি ) দত্তা ( পিখ্রবনি ) ।।৩।

---

অনুবাদ—

শ্রীউদ্ধবনা হায়খি— হে নিংথৌ। নহাকপু অতাংবানি হায়না ঐনা থাগৎলি। শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নিং অনী লোংদনা নীংবনা নংনা মতম পুম্নমক্তা মপুংফাবা অমা ওইরে মানা কৃষ্ণগী সংকীর্ত্তণ অসিদা পুক্নিং লুপ্পা অমা ওইখ্রে ।।২।

শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংদা অমনা ব্রজনাভ নিংথৌদা শ্রীকৃষ্ণগা সংকীর্ত্তনদা পুক্নিং চংনা লৈবদু উবদা চাংদমনীংঙায লৈতনা পেনখ্রে, অসিসু যাম্না লাইবক ফবা অমনি। ইবুংঙো ! অসিমক্না নখোয়গী মাযকৈদা মতীক চাবা মক্নি, করিগী চারোই শ্রীকৃষ্ণনা নখোযদা অতুগুম্বা হকচাংগী ফজবা মতীক মগুণ অদু পিখ্রবনি ।।৩

দ্বারকাস্থেষু সর্ব্বেষু ( ধন্যাএতেনসং শয়ঃ ।
যেষাং ব্রজ নিবাসায় পার্থমাদিষ্টবান, প্রভুঃ ॥৪॥
শ্রীকৃষ্ণস্যমনশ্চন্দ্রো রাধাস্যপ্রভয়ান্বিতাঃ ।
তদ্বিহার-বনংগোভির্ম'ণ্ডয়ন, রোচতেসদা ॥৫॥

---

অন্বয় –

দ্বারকা স্থেষু ( দ্বারকাদা লৈরিবা ) সর্ব্বেষু (পুম্নমকস্নু) এতে ( মখোয়-শিং অসে ) ধন্যা ( থাগৎনীংঙায়নি ) ন সংশয়ঃ ( চিংনগন্নু ) যেষাং (মখোয়-শিংগী ) নিবাসায় ( ব্রজ বৃন্দাবনদা লৈননবগী ) প্রভুঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) পার্থং ( অর্জ্জুন্দা ) আদিষ্টবান্ ( তাকথবনি ॥৪॥

শ্রীকৃষ্ণস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) মনঃ চন্দ্রঃ ( পুক্নিংগী মশক ওইরবা থানা ) রাধা + আস্যঃ ( শ্রীরাধিকাগী ) প্রভয়াম্বিতাঃ ( মঙান্গা লোইননা ) তৎ ( অদুদা ) বিহার-বণং ( শ্রীরাধাগা শান্নফম ওইবা শ্রীবৃন্দাবন্দা ) সদা ( মতম পুম্নমক্তা ) রোচতে ( ঙান্দুনা লৈ ) ॥৫॥

---

অনুবাদ—

দ্বারিকাদা লৈরিবশিং অসি পুম্নমক্তগী অতাংবনি৹ অসিদা মারক অমা ফাওবা চিংননীংঙায় লৈতে, শ্রীকৃষ্ণনা মখোয় পুম্নমক অসিবু ব্রজ বৃন্দাবন্দা লৈহন্নবগীদমক অর্জ্জুণগী মফমদা তাকথবনি ॥৪॥

শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিংগী মশক ওইরবা থানা শ্রীরাধিকাগী মায়থোংগী মঙান্দা ঙাল্লি অসিগুম্বী রাধীকাগা লোইনা শান্নফম ওইবা শ্রীবৃন্দাবনবু মহুগী মতীক মগুণতনা নখোয় পুম্নমক না —নংগী নশাবু কাউথোক্তুনা মতম পুম্নমক্তা মশামক্কি মঙান্না লৈতেংহনা ইতৎ তত্তনা মণবীশিংগা লোইননা ইওঙান ঙান্দুনা লৈরি ॥৫॥

কৃষ্ণচন্দ্রং সদা পূর্ণস্তস্য ষোড়শ: যা: কলা:।
চিৎসহস্রপ্রভাভিন্না অত্রাস্তে তৎস্বরূপতা ॥৬॥
এবং ব্রজ স্তরাজেন্দ্রপ্রপন্নভয় ভঞ্জক:।
শ্রীকৃষ্ণ দক্ষিণে পাদেস্থাণ মেক তস্যবর্ত্ততে ॥৭॥
অবতারেহত্র কৃষ্ণেণ যোগ মায়াতি ভাবিতা।
তদ্বলেনাত্মবিস্মৃত্যা সীদন্ত্যেতেণ সং শয়: ॥৮॥

অন্বয় —

কৃষ্ণচন্দ্র: ( শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না ) পূর্ণস্তস্য ( মপুং ফাবা, ) তে ( মাগী ) ষোড়শং: ( তরাতক্রুকগুবা ) কলা: ( শরুকশিং ) যা: ( মশেকশিং অদুনা ) সহস্রপ্রভা ( লিশিং ওইবা ) চিৎ ( পুক্রিংনা ) অত্র ( মফম অদুদা ) তৎ স্বরূপতা ( মশক ওইনা ) ব্রজভূমিদা লেংদনা ভানশ্রে ॥৬॥

রাজেন্দ্র ! ( হে নিংথৌ অথোইবা ! ) এবং ( অসিগুম্না ) প্রপন্নভয় ভঞ্জকট: ( চংজরকপা অকীববু কিহন্দবা াপব। ) ব্রজস্ত ( ব্রজনাভগী মফমদা ) শ্রীকৃষ্ণস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) দক্ষিপাদে ( য়েৎথংবা পাদদা ) স্থানং ( মফম্ ) তস্য ( মহাক্কী ) বর্ত্তে ( লৈ ) ॥৭॥

অত্র ( মফম অসিদা ) কৃষ্ণেণ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) অবতারে ( অবতার তৌদুনা পোকরবদা) যোগ মায়াতি (যোগ মায়ানা) ভবিতা (ওইরক্লদোবা)

অনুবাদ —

শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনং মশাগী মপূং ফাররা কলা তরা তরুক্কা মশেক ওইবা মঙাল লিশিং ওইবা পুক্রিংনা ব্রজভূমিদা মপুং ফাবা অম। ওইনা লেংদনা ভান্দুনা লৈরি ॥৬॥

হে নিংথৌ অথোইব ! অসিগুম্না চংজরকপা অকীববু কীহন্দবা ব্রজ-নাভদা শ্রীকৃষ্ণগী য়েৎথংবা চরণগী খুদম মহাক্কিদা লৈ ॥৭॥

শ্রীকৃষ্ণনা মফম অসিদা পোক্লরবদা মী পুম্নমকপু মাগী যোগ মায়ানা

ঋতে কৃষ্ণ প্রকাশস্তস্বাত্ম বোধোণকস্যচিৎ।
তৎপ্রকাশস্তু জাবানাং মায়য়া পিহিতঃ সদা ॥৯॥
অষ্টাবিংশেদ্বাপরান্তে স্বয়মেব যদা হরিঃ।
উৎসারয়েন্নিজাং মায়াং তৎপ্রকাশো ভবেত্তদা ॥১০॥

---

অন্বয়—

তৎ ( অদু ) বলেণ ( পাঙ্গন্না আত্মবিস্মৃত্যা ) মশাবু কাউঁথবনা ) সীদন্তি ( য়ারি ) এতে ( নখোয়শিং অসিনা ) ন সংশয়ঃ ( চিংনগন্নু ) ॥৮॥

কৃষ্ণপ্রকাশস্ত ঋতে ( থমোয়দা শ্রীকৃষ্ণনা ভাস্বপ্রবদা ) কস্যচিৎ ( করি-গুম্বদা ) স্বাত্মবোধোণ ( মশানা থংবা ঙমদে ) তৎ ( অদু ) প্রকাশস্তু ( মঙাল অদুদা ) সদা ( মতম পুম্নমক্তা ) মায়য়া ( মায়াতনা ) পিহিতঃ ( কুপশিনখি ) ॥৯॥

অষ্টাবিংশে ( কলি কুন্নিপাল শুবদা যুগ মবিগী অবোইবদা ) দ্বাপরান্তে ( দ্বাপুর কোৌবা যুগগী অরোইবদা ) স্বযং এব হরিঃ ( হরি মশামক্তা যদা ( অদুদা অবতার তৌরগা ) নিজাং মায়াং ( মাগী মযাবু ) উৎসারয়েৎ

---

অনুবাদ—

চংহনা লৈখি, মহুগী মতীক মগুণতনা নখোয় পুম্নমক নং-নংগী নশাবু কাউ-থোক্লনা মতম পুম্নমক্তা অন্নাবা ওইদুনা লৈরিবনি অসিবু বরি অমত্তা চিংনগন্নু ॥৮॥

থমোয়দা শ্রীকৃষ্ণনা ভাথরিবানত্তনা কনানস্ত মাগী মশকপু লৌশিন্বা ঙমদে। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মঙান অদুদি মতম পুক্লমক্তা মায়ানা কুপশিন্দুনা থমখি ॥৯॥

কলি কুন্নিপালগুবা যুগ মরিগী অকোনবা কলি কৌবা যুগগী হৌরকপা

সতু কালব্যতি ক্রান্তস্তেনেদ মপরং শৃনু।
অন্যদা তৎ প্রকাশস্তু শ্রীমদ্ভাগবত্তা ভবেৎ।।১১।।
শ্রীমদ্ভাগবতং শাস্ত্রং যত্রভাগবতৈর্যদা।
কীর্ত্ত্যতে শ্রূয়তে চাপি শ্রীকৃষ্ণস্তু ত্রনিশ্চিতম্ ।।১২।।

---

অন্বয়—

( শান্দোকরকান ) তদা ( অতুদা ) তৎ ( অদু ) প্রকাশঃ ( মঙান্না ) ভবেৎ ( ওইগনি ) ।।১০।

রাজন, ! ( নিংথৌ পরীক্ষৎ ! ) সতুকাল ( মতম অদু ) ব্যতিক্রান্তঃ ( হৌথ্রে ফোংদোকখিদ্রে ) তেন ( শ্রীকৃষ্ণনা ) ইদং ( অসিবু ) অপরং ( অতোপ্পা মতমদা ) তৎপ্রকাশস্তু (ফোংদোকপদি) শ্রীমদ্ভাগবতাৎ (শ্রীমদ্ভাগবতদগী ) ভবেৎ ( ওইগনি ) ।১১।।

শ্রীমদ্ভাগবতং শাস্ত্রং ( শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা লাইরিক অসিবু ) যত্র ( মফম অতুদা ) ভাগবতৈঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংনা ) যদা ( অতুদা ) কীর্ত্ত্যতে ( পোল্লিবা শ্রূয়তে ( তারিবা ) চাপি ( অতুদসু ) তত্র ( মফম অতুদা ) শ্রীকৃষ্ণ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) নিশ্চিতম্ ( লেংননা লৈ ) ।।১২।।

---

অনুবাদ—

দ্বাপুরগী অরোইবা যুগতা শ্রীহরি মশামক্না অবতার তৌরগা মাগী মায়াদু শান্দোক্নিং মতম অতুদা মহাক্না তালবিরগনি ।।১০।।

হে নিংথৌ শরীক্ষৎ। মতম অদু হৌথ্রে ফোংদোকখিদ্রে, শ্রীকৃষ্ণনা অসিবু অতোপ্পা মতম অমদা ফোংদোকপদি শ্রীমদ্ভাগবতদগী ওইরগনি ।।১১।।

শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা লাইবিক অসিবু তারিবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংনা শোল্লিবা মফম অতুদা শ্রীকৃষ্ণনা লেংদনা লৈ ।১২।।

শ্রীমদ্ভাগবতং যত্র শ্লোকং শ্লোকার্দ্ধমেবচ।
তত্রাপি ভগবান্ কৃষ্ণো বল্লবীভির্বিরাজতে॥১৩॥
ভারতে মানবং জন্ম প্রাপ্য ভাগবতং ন যৈঃ।
শ্রুতং পাপ-পরাধীনৈ আত্মঘাতস্তৈস্তৈ কৃতঃ॥১৪॥
শ্রীভাগবতং শাস্ত্রং নিত্যং যৈঃ পারসেবিতম্।
পিতুর্মাতুশ্চ ভার্য্যায়াঃ কুলপঙক্তিস্ম তারিতা॥১৫॥

---

অন্বয়—

যত্র (মফম অদুদা) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতগী) শ্লোকং (শ্লোক অমত্ত) শ্লোকার্দ্ধং (শ্লোকী তংখায় অমা) তত্রাপি (মফম অদুদস্ত) ভগবান শ্রীকৃষ্ণঃ (ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা) বল্লবীভিঃ (চান্নথোইরবী গোপীশিংগা লোইননা) বিরাজতে (ভাম্বোইদুনা লৈ)॥১৩

ভারতে (ফাবক কৌবা লম অসিদা) মানবংজন্ম (মীওইনা পোকপা) প্রাপ্য (ফংলবগা পোকপা) যৈঃ (মখোয়না) পাপ পরাধীনৈ (পাপকি মখা পোল্লদুনা) ভাগবত (ভাগবতবু) শাস্ত্রং (ভাগবতবু) যৈঃ (মখোয় অদুনা) তৈঃ (মখোয় অদুনা তৌখবা) আত্মঘাতস্তু (মশাগী মখুৎমক্তা মশাবু হাৎতাক চরবনি॥১৪।

যৈঃ (মীশিং অদুনা) নিত্যং (লেংদনা মতম পুম্নমক্তা) পরিসেবিতং (শোক-তাজাবরা) পিতুঃ মাতুঃ চ ভার্য্যায়াঃ (মপা মমা-মাগী মপীগী)

---

অনুবাদ—

মফম অদুদা শ্রীমদ্ভাগবতকী শোক অমত্তং পাঠ তৌবিবা অমসু তারিবা মতম অদুদা মফম অদুদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তশে না মাগী মুংশি থোইরবী গোপীশিংগা লোইননা ভাম্বোইদুনা লৈ।১৩॥

ভারত কৌবা লম অসিদা মীওইনা পোক্লরগা খোয অদুনা তৌখিবা অদু মশাগী মখুৎমক্তা মশাবু হাৎতাকচরবনি॥১৪

মীশিং অদুনা মুমিৎ খুদংগী ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতবু পূজা তৌজবা পামজনা

বিদ্যাপ্রকাশো বিপ্রাণাং রাজ্ঞাং শত্রু জয়োবিশাম্।
ধনংস্বাস্থ্যঞ্চ শূদ্রাণাং শ্রীমদ্ভাগবতাদ্ভবেৎ ।১৬।।
যোষিতাম, পরেষাঞ্চ সর্ব্ব বাঞ্ছিত পুরণম্।
অতো ভাগবতং নিত্যং কোন সেবেত ভাগ্যবান, ॥১৭॥

অন্বয়—

কল্পবৃক্ষ (শাগৈ পুন্নমকপূ) সুভারিতা (মপুং ফানা অরান খুবম ফংহল্লি ।।১৫।।

শ্রীমদ্ভাগবতাৎ (শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌদগী) বিপ্রাণাং (ব্রাহ্মণশিংগী) বিদ্যা প্রকাশঃ (মহৈ-হৈবা) রাজ্ঞাং (নিংথৌশিংগীনা) শত্রুজয়ঃ (য়েক্লবা ঙম্বা) বিশাম (বৈশ্যশিংগীনা) ধনং (লন ফংবা) শূদ্রাণাং শূদ্রশিংগী মশক নাইবা পেম্বা) ভবেৎ (ওইগনি) ।১৬।

যোষিতাম, (নুপীশিংগীনা) অপারষাঞ্চ (অতোপ্পা মপোক্কা পোকপা-শিংগীনা) শ্রীমদ্ভাগবতাৎ শ্রীমদ্ভাগবতদগী) সর্ব্ব কাঙ্খিত পূরনম, (অপাম্বা পুম্বা মপূংফাবা ফংগনি। অতঃ (মরম অসিদগী) ভাগ্যবান (মবাইবক ফবা) কঃ (কনানা) নসেবেত (সেবা তৌরোইদগে ? ।।১৭।।

অনুবাদ—

তাজবা, ওইরবদি—মাগী মপা-মমা• নুপীগী শাগৈশিংবু মপুং ফানা অন্নান খুবম ফংহল্লি ।।১৫।।

শ্রীমদ্ভাগবতবু পাম্না তমদি ব্রজবা ব্রাহ্মণশিংনা মহৈ-হৈবা• ক্ষত্রিয়-শিংনা য়েক্লবা ঙম্বা, বৈশ্যশিংগীনা লন ফংবা, শূদ্রশিংগীনা অনা অয়েক কোক্কনি। ।।১৬।।

নুপীশিংগীনা• অতোনবা মপোক্কা পোকপা মীশিংগীস শ্রীমদ্ভাগবতদগী অপাম্ব পুন্নমক মপূং ফাবা ফংগনি। মরম অসিনা মবাইবক ফরবা কনাগুম্বা মীওইবনা শ্রীমদ্ভাগবত তাসি নুমিৎ খুদিংগী সেবা তৌরোইদগে ? ।।১৭।।

অনেক জন্ম সংসিদ্ধিঃ শ্রীমদ্ভাগবতং লভেৎ।
প্রকাশো ভবদ্ভক্তে কৃষ্ণস্তত্র জায়তে ॥১৮॥
সাঙখ্যায়ণ প্রসাদাপ্তং শ্রীমদ্ভাগবতং পুরা।
বৃহস্পতির্দত্তবান মে তেনাহং কৃষ্ণ বল্লভং ॥১৯॥
আখ্যায়িকা ঞ্চতেনোক্তং বিষ্ণু রাতনিবোধতাম্।
জ্ঞায়তে সম্প্রদা য়োহপিযত্র ভাগবত শ্রুতেঃ ॥২০॥

অন্বয়—

অনেক জন্ম মপোক কয়াদা) সংসিদ্ধিঃ হোৎনজবগী মহৈনা চংখোম্না পা থোক্নবা (শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু) লভেৎ (ফংগনি) শ্রীমদ্ভাগবতাৎ (শ্রীমদ্ভাগবতদগী) শ্রীভগবৎ ভক্তেঃ (শ্রীভগবানগী ভক্তিদগী) উৎসব (পাক্লকপা) তত্র (অদুদা) জায়তে (পোকই) ॥১৮।

পর। মমাংঙৈদা।) সাঙ্খ্যায়ণ প্রসাদাৎ (সাঙ্খ্যায়ণ ঋষিগী থৌজান্দগী) শ্রীমদ্ভাগবং (শ্রীমদ্ভাগবতবু) আপ্তং (ফংখি) বৃহস্পতিঃ (শগোলশেন গুরুনা মে (ঐ ঙন্দা।) দত্তবান, (পিখি) তেন (অদুনা।) অহং (ঐনা) শ্রীকৃষ্ণবল্লভং (শ্রীকৃষ্ণন নুংশিবিবা ওইখি ॥১৯।

বিষ্ণুরাত। (হে নিংথৌ পারীক্ষিৎ) তেন উক্তং (মানা হায়খিবা)

অনুবাদ —

মপোক কযাদা হোৎনবজবকপগী মাগী মহৈনা আশংবা মীওইনা পোক্লববা মী অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাবা ফংজবনি, শ্রীমদ্ভাগবতদগী শ্রীভগবৎ ভক্তি পোক্লকই শ্রীকৃষ্ণনস্য মাঙোন্দা ঙানবীরে ॥১৮॥

মমাংঙৈদা সাঙ্খ্যযণ ঋষিগী থৌজান্দগী লাইগী গুরু ওইবা শগোলশেনগী কথি। শগোলশেন গুরুনা উদ্ধব ঐঙোন্দা শ্রীমদ্ভাগবত অসি পিবিখি, মতুদগী ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবিবা অমা ওইখি ॥১৯॥

হে পরীক্ষিৎ। শগোলশেন গুরুনা হায়বা অদু মহাক তারে। মারী

**শ্রীবৃহস্পতি রুবাচ।**

**ইক্ষাঞ্চক্রে যদা কৃষ্ণো মায়া পুরুষ রূপ ধৃক,।**
**ব্রহ্মা বিষ্ণুঃ শিবশ্চাপি রজঃ সত্ব তমো গুণৈঃ ।।২১।।**
**পুরুষাত্রয় উও স্থুরধি কারাংস্তদাদিশৎ।**
**উৎপত্তৌ পালণে চৈব সংহারে প্রক্রমেন তান, ।২২**

**অন্বয়—**

আখ্যায়ি কাঞ্চ (বারি অতুবস্থ হায়খি) নিবোঘ তাম, (তাক্লো) যত্র (অতুদা) শ্রীমদ্ভাগবত শ্রুতেঃ (ভাগবত তাবগী সম্প্রদা য়োহাপ (কাংলুপস্থ) জায়তে (খংলগনি) ।।২০।।

শ্রীবৃহস্পতি উবাচ—(শ্রীশগোলশেন গুরুনা হায়খি—হে উদ্ধব! কৃষ্ণঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) যদা (অতুদা) মায়াপুরুষ রূপ ধৃক ( মায়াগী মশক লৌরগা ) রজঃ সত্ব তমোগুণৈঃ ( রজগুণ ) সত্বগুণ, তমগুণন চংবগা (লোইননা) ব্রহ্মা, বিষ্ণুঃ শিবশ্চাপি (ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিবনচিংবা পুথোক্লগা। ইক্ষং চক্রে য়েংশিনখি) —হায়খি ।।২১।।

পুরুষাঃ ত্রয়ঃ (নিপা অহুল, আসবু) উৎপত্তৌ (পুথোক্লবদা) তদা (অতুদা প্রক্রমেণ তান ( মথং নমাও নাইনা মখোয় অহুম অসিবু) অধি-কারনং (মথৌ পুথোকাখ) উৎতস্থ (পুথোক্লবদা) পালনেচ (ভাকপদস্থ) সং

---

অনুবাদ—

অসিদগী শ্রীভগবতং তাবগী সম্প্রদায়ি—রাংলুপ অতু খংগনি ।।২০।

শ্রীবৃহস্পতিনা হায়খি—হে উদ্ধব! শ্রীকৃষ্ণনা মংম অমদা মায়াগী মশক লৌরগা সংসার অসিবু শেম্নবগীদমক্ত খনখি, মতম অতুদা রজগুণ সত্বগুণ তমগুণ কৌবা গুণগা লোয়ননা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব অহুম অসিবু অসিস্থ পুথোকখি—অতুগা খংহনখি ।।২১।।

শ্রীকৃষ্ণনা নিপা অহুম অসবু পুথোক্লগা অহুম অসিদা য়াথং পিখ

ব্রহ্মাতু নাভি কমলাদ্ভূং পন্নস্তং ব্যঞ্জিজ্ঞপৎ ।
নারায়ণাদি পরুষ পরমাত্মন্নমোহ স্তুতে ।।২৩ ।
ত্বয়া সর্গনিযুক্তোহস্মিপা পীযাম্মাং রজোগুণঃ ।
ত্বৎস্মৃতৌনৈব বাধেত তথৈব রুপয়া প্রভো ।।২৪।।

অন্বয়—

হায়রে লোইশিনবদা পালনেচ অমদি শেপদা তদা অতুনা আদিশৎ (য়াথং পিখি ।।২২।

ব্রহ্মা (ব্রহ্মানা) নাভি কমলাৎ (খোইদৌ থগান্দগী উৎপন্নঃ (পাক্লগা) তং (অতুবু) নারায়নতু (শ্রীনারায়নদা) ব্যজিজ্ঞপৎ (খংহনখি) পরমাত্মন, ! পরমাত্মা ওইবা আদি পুরুষ ইবুঙো ! নারায়ণ ! (হে নারায়ণ !) উবাচ (হায়রিখিবা অদুদা) ব্রহ্মা (ব্রহ্মা কৌবা ঐনা) খুরুমজরি ।। ৩ ।

প্রভো ? (হে ইবুংঙো !) ত্বয়া নংনা রজোগুণঃ 'রজগুণ ওইবা পা পীযান্ (পাপ্পা থল্লবা) সর্গে (লৈশেম্বদা) নিযুক্তঃ (শিন্থা পিবিরি) তথা এব (অদুগুম্না) ত্বৎস্মৃতৌ (ইবুঙো নংবু নীংজবদা নৈব কাধতে (অপাম্বা লৈতবা' কৃপয়া অশ্মি (খৌজানবিয়ু ।২৪।

অনুবাদ —

শেম্বগী থবক্তা ব্রহ্মা, ডাকপগী থবক্তা বিষ্ণু লোইশিন্বগী শিব—নখোয় অহুমগী থবক্তি অসিনী হায়না যাথং পিখি ।।২২।।

ব্রহ্মানা শ্রীনারায়নগী মাগী খোইদৌদগী পোক্লগা শ্রীনারায়নদা খংহনখি—হে পরমাত্মন, ! হে নারায়ন্ ! হে আদি পুরুষ ! নংবু ঐনা খুরুমজরি ।। ২৩।।

হে ইবুংঙা ! ইবুংঙোনা ঐঙোন্দা রজ গুন্নতিম্বা পাপ্পা থল্লবা, লৈশেম্বদগী থবক্তা তৌ হায়না শিন্থা পিরি অদুদা হে ইবুঙো ! —ঐনা শেম্বগী থবক্তা পুক্লিং চংনা লৈরবসু ঐগী পুক্লিংদদি ইবুঙোগী নখোং খগ্নালবু কাউজদবা খৌজান অহুতদি তৌবিয়ু ২৪।।

শ্রীবৃহস্পতি রুবাচ।

যদাতু ভগবান্ তস্মৈ শ্রীমদ্ভাগবতং পুরা
উপদিশ্য ব্রবীদ্, ব্রহ্মণ্ সেবা স্বনৈঃ স্বসিদ্ধয়ে ॥২৫
ব্রহ্মাতু পরম প্রীতস্তেনস কৃষ্ণপ্রয়েহর্নিশম্।
সপ্তাবরণ ভঙ্গায় সপ্তাহ সমবর্ত্তয়ৎ ততঃ ॥২৬।

---

অন্বয়

শ্রীবৃহস্পতি উবাচ—(শ্রীশগোলশেন গুরুনা হায়খি—) পুরা (মমাংঙৈদা) ভগবান, (শ্রীনবাযণনা) তস্মৈ (ব্রহ্মাদা) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু উপদিশ্যৎ (তাকতুনা) অব্রবীৎ হায়খি, ব্রহ্মণ! (হে ব্রহ্মা!) স্বসিদ্ধিয়ে (নংগী নীংবা থুংনবগীদমক) সএব স্বনৈঃ (শ্রীভগবত অসি নশামক্না) সেবা (সেব তৌ ॥২৫।

ব্রহ্মাতু (ব্রহ্মাতুনা) পরমপ্রীত: (খোইনা পেনখ্রে) তেন (অতুনা) (কৃষ্ণবু ফংনবদা লৈবে) সপ্তাবরণ (প্রকৃতিগী মরোম তরেৎ ভঙ্গায় (কায়নবগীদমক) সপ্তাহং (মুমিৎ তরেৎান) অহর্নিশম, (অহিং মুংথিল চুপনা) সমবর্ত্তয়ৎ শ্রীমদ্ভাগবত তাখি ॥২৬।

---

অনুবাদ—

শ্রীবৃহস্পতিনা হায়খি—মমাংঙৈদা আদিদেব ওইবা শ্রীনারায়ননা ব্রহ্মাগী বাখল ময়ু উবতুনা মাঙোন্দা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাকখি, অতুগা হায়খি—হে ব্রহ্মা! নংনী নীংবা থুংনবগীদমক্ত নশামক্না অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবত অসিগী সেবা তৌবো ॥২৫।

ব্রহ্মা যাম্না পেনখ্রে অমনা শ্রীকৃষ্ণবু লেংদনা ফংগনি হায়বগী বাখল্দা অমনা মহোশাগী ওইবা কুয়োম তরেৎ কায়নবগীদমক মুমিৎ তরেৎনি অহিং-মুংথিল চুপনা শ্রীমদ্ভাগবতবু পুক্নিং চংনা তাখি ॥২৬।

শ্রীভগবত সপ্তাহ সেবনাপ্ত মনোরথ।
সৃষ্টিং বিতনুতে নিত্যং সসপ্তাহং পুনঃ পুনঃ ॥২৭॥
বিষ্ণু রপ্যর্থয়া মাস পুংসাং সং স্বার্থসিদ্ধয়ে।
প্রজানাং পালনে পুংসাযদনে নাপি কল্পিতঃ ॥২৮॥

---

**অন্বয়—**

শ্রীমদ্ভাগবত সপ্তাহঃ ( শ্রীমদ্ভাগবতবু মুমিৎ তরেৎনি তাবনা ( সেবণ ( সেব তৌজবনা ) মণোরথ, ( নীংবা পুন্নমক ) আপ্ত ( যংখি ) নিত্যং ( অরেপ্পা ওইনা ) সৃষ্টিং ( সংসার শেমবু ) বিতনুতে ( পাকশন্না তৌখি ) পুণঃ পুণঃ ( হন্ন-হন্না ) স ( ব্রহ্মানা ) সপ্তাহঃ ( নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা তাবাদু) অকরোৎ (তৌখি ॥২৭॥

বিষ্ণুঃ অপি ( শ্রীবিষ্ণুসু ) প্রজানাং ( প্রজাশিংগী ) পালণে (ঙাকপদা) সংস্বার্থসিদ্ধয়ে ( মশানা পাংথোকনীংবদগী ) প্রার্থযামাস হায়জখি) পুং সাং ( জীববু ) যৎ (অশুম্বা) অনেণ অপি( অদুনা মরম ওইদুনা ) পুংসা ( জীববু ) কল্পিতঃ ( শেমখি—ঙাকখি ) ॥২৮।

---

**অনুবাদ—**

শ্রীমদ্ভাগবতগী সপ্তাহ খঙ্গ আসগী হৌনবী চুপ্পা তাখিবনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মা কৌবা দেবতানা নীংজবা পুন্নমক থুংখি। অদুদগী ব্রহ্মানা মতম পুন্নমক্তা সৃষ্টিগী থবক শন্দোক্লা তৌখি। হন্ন-হন্না সপ্তাহ তাখি ॥২৭।

ব্রহ্মাগুম্না শ্রীবিষ্ণুনসু প্রজাবু ঙাকপদা অপাম্বা অদু পাংথোক্লবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা হায়জখি, অদুনা প্রজা ঙাকপগী থবক অদুবু পরম পুরুষ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা প্রজাবু ঙাকউ হায়না শিন্থা পিবিরি ॥২৮।

**শ্রীবিষ্ণুরুবাচ।**

**প্রজানাং পালনং দেব করিষ্যামি যথোচিতম্।**
**প্রবৃত্ত্যাচ নিবৃত্ত্যাচ কর্ম্মজ্ঞান প্রযোজনাৎ ॥২৯॥**
**যদা যদৈব কালেন ধর্ম্মগ্লানি র্ভবিষ্যতি।**
**ধর্ম্মং সংস্থাপয়িষ্যাম হ্যবতারৈস্তদা তদা ॥৩০॥**

---

অন্বয়—

শ্রীবিষ্ণুঃ উবাচ—( শ্রীবিষ্ণুনা হায়খি ) দেব ( হে দেব ! মফম খুদিংদা শান্নবা ! ) কর্ম্মজ্ঞাণ ( থবক অমসু লৌশিংনা ) প্রযোজনা ( কান্নবদগী ) প্রবৃত্ত্য ( চংশিন্না ) নিবৃত্ত্যাচ ( হন্দোকপসু ) যথোচিতং ( মতীক চাবদু ) করিষ্যামি ( তৌজগনি ) ২৯।

কালেণ ( মতমগী মতুংইন্না ) যদাযদা এব ( মতম-মতম অদুদা ) ধর্ম্মং গ্লানি ( ধর্ম্মনা মযোং ত্তাবা ) ভবিষ্যতি ( ওইরক্কনি ) তদা তদা ( মতম মতম অদুদা ) তি ( লেপ্পমক ) অবতারৈঃ ( ইবুংঙোগী অবতারনা ) ধর্ম্মং ( ধর্ম্মবু ) সংস্থাপয়িষ্যামি ( যোকখৎপিরক্কনি ) ॥৩০॥

---

অনুবাদ -

শ্রীবিষ্ণুনা হায়খি—হে মফম পুন্নমক্তা শান্নবা ইবুংঙো ! থবক অমসু লৌশিং অনী আসিমক কান্নবা ভাক্তনি। চংশিন্না হন্দোকপা মতীক চাবা লমী অনী আসদা চংলগা ঐনা নংগী য়াথংগী মতুং ইন্না মতীক চাবা থবক অদু তৌরগনি ॥২৯॥

মতমগী মতুং ইন্না মতম-মতম অদুদা ধর্ম্মনা মরাই চাইথরক্লবদা অদুবু উরগা মতম মতম অদুদা ঐনা মথল-মথা অয়াম্বা অবতার তৌরগা অমুক ধর্ম্মবু য়োকখৎপা তৌরক্কনি ॥৩০।

ভোগার্থিভ্যোস্তু যজ্ঞাদি ফলংদাস্যামিনিশ্চতম্।
মোক্ষার্থিভ্যস্তুবিরক্তে ভ্যোমুক্তিং পঞ্চবিধাং তথা ॥৩১॥
যেহপিমোক্ষং নবাঞ্ছন্তি তান, কথং পালয়াম্যহং।
আত্মানঞ্চশ্রিয়ং চাপিপালয়ামি কথংবদ ॥৩২।

---

অন্বয়—

ভোগার্থিভ্যোস্তু ( চাব থকপদা রাজবা পাম্বশিংদা ) নিশ্চিতং (অরেপ্পা) যজ্ঞাদিফলং ( যজ্ঞগচিংবগী মহৈ ) দাস্যামি ( পিরক্কনি ) তথা ( অদুম্না) মোক্ষার্থিভ্যঃ ( অরান খুবম পাম্বশিংদা ) বিরক্তেভ্যঃ ( অপাম্ব নৈতব-শিংদনা ) পঞ্চবিধাং ( সালোক্যনচিংবা মখল মঙা শুবা ) মুক্তিং ( অরান খুবমু ) দদাতি ( পি )। ৩১

যে অপি ( মখোয় অদুসু ) মোক্ষং ( মখল মঙা শুবা অরান খুবম্ন ) নবাঞ্ছন্তি ( পামদ্রবা ) তান্ ( মখোয় অদুবুসু ) কথং ( করম্না ) অহম. ( ঐনা ) পালগামি ( ঙাক্কনি ) বদ ( নংনা তাকপিয়ু আত্মণঞ্চ ( ইশাবুসু ) শ্রিয়ং ( লক্ষ্মীবু ) অপিচ ( অদুসু ) কথং ( করম্না পালগামি ( ঙাক্কনি হায়বিয়ু ॥৩২॥

---

অনুবাদ—

মথল্লা চাব থকপা রাজব পাম্বা মীওইবশিংদনা অরেপ্পা যজ্ঞগী মহৈ পীগনি, অমনা সংসারদগী রাংমদা নৈবা পাম্বা করীগুম্বা অপাম্বা অমতা নৈত্রবশিংদা সালোক্যনচিংবা মখল মঙা শুবা অরাণ খুবম অদুমক পিগনি ॥৩১॥

মথংদা মখোয় অদুনা মখল মঙা শুবা অরান খুবমু পামদ্রবা, মখোয়দুবু করম ঐনা ঙাক্কদগে ? অমনা ইশামকপুসু লক্ষ্মীবু করম্না মঙংদা ঙাক্কদগে ? থৌজালবিদুনা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥৩২॥

তস্মা অপি পুমানাদ্যঃ শ্রীভাগবত মাদিশৎ।
উবাচ চ পাঠ স্বেণ তব সর্ব্বার্থসিদ্ধয়ে। ৩৩।
ততো বিষ্ণুঃ প্রসন্নাত্মা পরমার্থক পালণে।
সমর্থোহ ভুাচ্ছয়া মাসি-মাসি ভাগবতং স্মরণ, ॥৩৪।

---

অন্বয়—

তস্মা অপি ( বিষ্ণুগী বা তারগা ) আদ্যং ( অহান্বা ) পুমান্ ( শ্রীনারা-য়ণনা ) শ্রীভাবতং ( শ্রীভাগবতবু ) াদিশং ( তাকখি ) তব ( নংগী ) সর্ব্বার্থ সিদ্ধয়ে ( নীংলিবা পুন্নমক থুংননবা ) স্বেণ নশামক্কা ) ভাগবত পাঠস্বচ ( অসুম্না ভাগবত পাঠ তৌ ) উবাচ ( হায়খি ) ॥৩৩।

ততঃ ( শ্রীনারায়ণগী য়াথং ফংলবদা ) বিষ্ণুঃ ( শ্রীবিষ্ণুনা ) প্রসন্নাত্মা ( পুক্লিংদা পেল্লতুনা ) শ্রিয়া ( লক্ষ্মীগ লোইননা মাসি মাসি ( থা-থা খুদিংদা) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) স্মরণ নীংশিং-নীংশিংনা ) পরমার্থ ( অথোইবা কান্নরবা ) পালণে ( ঙাকপগা থবক্তা তৌবা ) সমর্থঃ ( ঙমখি ) ॥৩৪॥

---

অনুবাদ—

শ্রীবিষ্ণুনা হায়জবা অদু তারগা আদিপুরুষ ওইবা নারায়ণনা শ্রীবিষ্ণুদা হায়খি—নংগী নীংলিবা পুন্নমক থুংননবগী দমক শ্রীমদ্ভাগবত অসিবু নশামক্কা পাঠ তৌ হায়খি।৩৩।

শ্রীনারাযণ অদিপুরুষগী য়াথং ফংবদা শ্রীবিষ্ণুগী পুক্লিং অদু তরু-তরু-খরে অমনা শ্রীলক্ষ্মীগা লোইননা থা খুদিংগী ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতবু নীংশিংদুনা লৈখিবগা থোইনা কান্নরবা সংসার অসিবু ঙাকপগী থবক তৌবা ঙমখি।৩৪॥

যদাবিষ্ণু. স্বয়ংবক্তা লক্ষ্মীশ্চশ্রবণে রতা।
তদাভাগবত শ্রাবোমা সেনৈব পুনঃ পুনঃ ॥৩৫॥
যদা লক্ষ্মীঃ স্বয়ং বক্ত্রী বিষ্ণুশ্চ শ্রবণে রতঃ।
মাসদ্বয়ং রসা স্বাদস্তদাতীব সু শোভেতে ॥৩৬॥

---

অন্বয়—

যদা ( অতুদা ) বিষ্ণুঃ ( শ্রীবিষ্ণুনা ) স্বয়ং ( মশামক্লা ) বক্তা ( শ্রীভাগবত তৌখি ) শ্রীলক্ষ্মীশ্চ ( শ্রীলক্ষ্মীসু ) শ্রবণে ( তাবদা ) রতা ( পুক্লিং চংখি ) তদা ( অতুদা ) মাসেন এব ( থাগী ওইনা ) পুণঃ-পুণঃ ( হন্ন হন্না ) ভাগবত শ্রাবো ( ভাগব তাবা ওইখি । থা অমদা ভাগবত সমপূর্ণ ওইখি ॥৩৫॥

যদা ( মতম অতুদা ) স্বয়ং লক্ষ্মীঃ ( লক্ষ্মী মশামক্লা ) বক্ত্রী ( ভাগবত তৌরগা ) বিষ্ণুশ্চ ( শ্রীবিষ্ণুনসু ) শ্রবণে রতঃ ( পুক্লিং চংনা তাখি ) তদা ( অতুদা ) মাসদ্বয়ং ( থা অনী ' রস আস্বাদঃ রস চুপ্পনা ) অতীব (থোইনা) সুশোভতে ( নীংথিবা ওইখি ) ॥৩৬॥

---

অনুবাদ—

মতম অতুদা শ্রীবিষ্ণু মশামক্লা ভাগবত তৌখি, অতুদা শ্রীলক্ষ্মীনা পুক্লিং চংনা তাখি, মতম অতুদা হন্ন হন্না তৌবনা থা অমদা ভাগবত সমপূর্ণ ওইখি ॥৩৫॥

অমুক্লা মতম অমদা শ্রীলক্ষ্মী মশামক্লা ভাগবত তৌরগা শ্রীবিষ্ণুনা তাখি, মতম অতুদা শ্রীভাগবতগী রস চুপ্পা থা অনীদা লোইখি। অমনা মতম অতুদা কথা তাবদা য়াম্না পুক্লিং চংবা ওইখি ॥৩৬॥

**অন্ধকারে স্থিতো বিষ্ণু লক্ষ্মী নিশ্চিন্তমান সা।**
**তেন ভাগবতা স্বাদস্তস্যা ভুবি প্রকাশতে।।৩৭।।**
**অথরুদ্রোহপিতং দেবংসং হারাধিকৃতঃ পুরা।**
**পুমাং সংপ্রার্থয়ামাস স্বসামর্থ্য বিবৃদ্ধয়ে।।৩৮।।**

**শ্রীরুদ্র উবাচ।**

---

অন্বয়—

রাজন্‌! ( নিংথৌ পরীক্ষিৎ! ) বিষ্ণুঃ ( শ্রীবিষ্ণুনা ) অধিকারে ( ভাকপা ভম্বা ওইনা ) স্থিতঃ ( লৈখি ) লক্ষ্মীঃ ( লক্ষ্মীদা ) নিশ্চিন্তমা ন সা ( পুক্লিং চংবা ওইখি ) তেণ ( অদুনা ) তস্যাং ( মহাক্কি ) ভাগবত আস্বাদঃ ( ভাগবতগী রস চুপ্পদা ) ভুবি ( য়াম্না ) প্রকাশতে ( ভানখি ) ।।৩৭।

পুরা ( মমাংঙৈদা ) অথ ( মথংদা ) রুদ্রঃ অপি ( মহাদেবসু ) তংদেবং ( মহাদেববু ) সংহারাধিকৃতঃ সংহার তৌরো হায়রবদা ) স্ব সামর্থ্য ( মশানা ভম্বা ) সিদ্ধয়ে ( পাংথোক্লবগীদমক ) পুমাংসং শ্রীনারায়ণদা। প্রার্থয়া মাস ( হায়জখি ) ।।৩৮।।

---

অনুবাদ—

হে পরীক্ষিৎ নিংথৌ! শ্রীবিষ্ণুনা ভাকপা ভম্বা পিবা অদু ফংলবদা মশানা থনখি। থবক অদুমক চিংনব লৈতনা মাগী থমোয়দা নীংথিরবী ভাগবতীগী কথা অদু হেন্দোক্লা ভানখি ।।৩৭।।

মথংদা মমাংঙৈদা শ্রীনারায়ণনা শ্রীমহাদেবদা সংহার তৌ হায়না শিন্নরবদা শ্রীমহাদেবসু মশানা ভম্বা অদু পাংথোক্লবগীদমক অথোইবা ওইবা শ্রীভগবান্দাপ্রার্থনা তৌখি ।।৩৮।

নিত্যোনৈমিত্তিকে চৈব সংহারে প্রাকৃতে তথা।
শক্তয়ো মর্মাবিস্তন্তে দেব দেব মম প্রভো ॥৩৯॥
আত্যন্তিকেতু সংহারেমম শক্তির্নাবিদ্যতে।
মহৎদুঃখংমমৈতত্তু তেন ত্বাংপ্রার্থয়াম্যহম, ॥৪০।

অন্বয়—

শ্রীরুদ্র উবাচ ( শ্রীরুদ্রনা হায়খি ) দেব-দেব! ( হে লাইগী-লাই ওইবা! নিত্যো ( লেংদবদা ) নৈমিত্তিক ( মরক-মরক্তা ) প্রাকৃতে ( মহৌশাগী ওইবদা ) সংহারে ( লোইশশ্বদা অহুম শুবা মরমদা ) মম ( ঐগী ) শক্তয়ঃ ( ওসাশিং অসিনা ) হে প্রভো! ( হে ইবুংঙো! ) মম ( ঐগী ওইনা বিস্তন্তে ( লৈ ) ।।৩৯।

আত্যন্তিকেতু ( থোইদোকপদা ) সংহারে ( লোইশিন্বগী মরমদা ) মম ( ঐগী ) শক্তিঃ ( পাঙ্গল ) নবিদ্যাতে ( লৈজদে ) এতৎতু ( মতুদা ) মহৎদুঃখং ( যাম্না অবাব অমা ওইরে ) তেন ( অদুনা অসিনা মরম ওইরে) তেণ ( অদুনা অসিনা মরম ওইদুনা ) ত্বাং ( ইবুংঙোবু ) অহম ( ঐনা ) প্রার্থয়ামি ( হায়জরি ॥৪০॥

অনুবাদ—

শ্রীরুদ্রনা হায়খি হে লাইগী লাই ওইবা! হে ইবুংঙো! নোংমগী তোগদোবা, মরক্তা তোগদোবা মহৌশগী ওইবা অহুম শুবদা লোইশিন্বগী মরমদা ঐগী ওইনা পাঙ্গল লৈরে ।।৩৯।।

সংহাব লোইশিন্বা হায়বা থবক অসিদা থোইদোকপা ঐগী পাঙ্গল লৈজদে। অসিমক্তা ঐভোন্দা য়াম্না অৱাব মরম অমা ওইবনা ইবুংঙোগী মফমদা ঐনা হায়জরি ।।৫০।।

**শ্রীবৃহস্পতি রুবাচ।**

**শ্রীমদ্ভাগবতং তস্মাদপি নারায়ণোদদৌ।**
**সতুসংসে বনাদস্যজি গোচাপিত্তমোগুণম্‌ ॥৪১॥**
**কথা ভাগবতী তেন সেবিতা বর্ষ মাত্রতঃ।।**
**লয়েত্বা ত্যস্তিকে তেনা বাপশক্তিংসদাশিবঃ ॥৪২॥**

**উদ্ধব উবাচ**

**শ্রীভাগবত মহাত্ম্য ইমামা খ্যায়িকাং গুরোঃ।**
**শ্রুত্বা ভাগবতং লব্ধা মুমুদে হংপ্রণ ম্যতম্‌ ॥৪৩।**

---

অন্বয়—

শ্রীবৃহস্পতিঃ (শ্রীবৃহস্পতিনা) উবাচ—(হায়খি)—নারায়ণ (শ্রীনারায়ননা অপি (সু) তস্মাৎ (মবম অসিদগী) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীভাগবতবু) দদৌ (পিখি) সতু (রুদ্রনা) অস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী) সংসেবনাৎ (চংখোন্না সেবা তৌজবদগী) তমোগুণম্‌ (তমগুণ) চ অপি (বুসু) জিগ্যো (জয় তৌখি) ॥৪১॥

সদাশিবঃ (শিব মহাদেবন) বর্ষ মাত্রতঃ (চাহু অমতং) তেন (মানা) ভাগবতী (ভগবতবু) লয়েতু (লোইশিন্নদ) অত্যন্তি (খোইদোকপা) শক্তিং (পাঙ্গনবু) অবাপ (ফংখি ॥৪২।

শ্রীউদ্ধবঃ (ভক্ত উদ্ধবনা) উবাচ (হায়খি) অহম (ঐনা) গুরোঃ (বৃহস্পতি গুরুদগী) শ্রীমদ্ভাগবতস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী) মাহাত্ম্য (মগুন্না থল্লবা)

---

অনুবাদ—

শ্রীবৃহস্পতিনা হায়খি—শ্রীরুদ্রগী অসিগুদা হায়জবা অতু তারগা শ্রীনারায়ণনা) রুদ্রদা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাকখি। শ্রীরুদ্রদেবনা শ্রীমদ্ভাগবতবু সেবা তৌজবনা "তম" কৌবা গুণবু জয় তৌখি ॥৪১॥

মথংদা শিবমহাদবনা চহি অমতং পাঠ তৌজবদা শ্রীমতী ওইবী ভাগবতবু সেবা তৌজবনা অখোইবা সংহারগী পাঙ্গনবু ফংখি ॥৪২॥

শ্রীউদ্ধবনা হায়খি—ঐনা গুরুদেব শ্রীবৃহস্পতিদগী শ্রীমুখদগী শ্রীমদ্ভাগবতগী মতিক মগুন্না থল্লবা বারী অসি তাখ্র গুরুগী মফমদগী শ্রীমদ্ভাগবতগী

**ততস্তু বৈষ্ণবীং রীতিং গৃহীত্বামাস মাত্রতঃ।**
**শ্রীমদ্ভাগবতা স্বাদো ময়া সম্যঙ্‌ নিষেবিতঃ ।।৪৪।।**
**তাব তৈব বভুবাহং কৃষ্ণস্য দয়িতঃ সখা।**
**কৃষ্ণেনাথ বিমুক্তোহহং ব্রজেস্বপ্রেয়সীগণে ।।৪৫।।**

---

অন্বয়—

ইমং (অসিগুম্বা) আখ্যায়িকাং (বারী অসিবু) শ্রুত্বা (তারগ) ভগবতং (ভগবতবু লব্ধা (ফংলগা) তম, (মাবু) প্রণম্য খুরুমগা) ইহ (অসিদা) মুমুদে (য়াম্না নুংঙায়জখরে) ।।৪৩।।

ততস্তু (অসিগী মথংদা) বৈষ্ণবীং বৈষ্ণবগী ওইবা) রীতিং (চৎনবীবু) ময়া (ঐনা গৃহীত্বা (লৌরগা) মাস মাত্রতঃ (থা অমা চুপনা) শ্রীমদ্ভাগবতস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী (আস্বাদঃ মহাউবু সম্যক মপুং ফানা) নিষেবিত (সেবা তৌজখি ।।৪৪।

তাবতা (অদুগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবতগী) এব (সেবা তৌজখিবদগী) অহম, (ঐনা) কৃষ্ণস্য শ্রীকৃষ্ণগী) দয়িতঃ (অচাম্বা) সখা (মরূপ অমা) বভুব (ওইখি) অথ (মথংদা) কৃষ্ণেণ (শ্রীকৃষ্ণনা অহং (ঐবু) ব্রজে (ব্রজবৃন্দাবনদা) বিমুক্তঃ (থাবিত্নুনা) স্বপ্রেয়সীগণে (মাগী চান্নবী গোপীশিংগী মরক্তা মঞ্জরীগী মশক ওইদুনা সেবা ফংহনখি ।।৪৫।।

---

অনুবাদ—

পাউতাক ফংখরে মাগী শ্রীচরনদা খুরুমজরগা য়াম্না নুংঙায়জবা ওইখরে ।।৪৩।।

অসিগী মথংদা বৈষ্ণবগী চৎনবী মতুংইন্না ঐনা থা অমা চুপ্পা মপুং ফানা সেবা তৌজখি ।।৪৪।।

অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবতগী সেবা তৌজবদগী মতৌক মগুণতনা ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী অচাম্বা মরূপ অমা ওইখি, ঐবু শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা থাবিত্নুনা ইবুংঙো মাগী চান্নবী গোপীশিংগী মরক্তা মঞ্জরীগী মশক ওইদুনা সেবা ফংজখি ।।৪৫।।

বিরহার্ত্তাসু গোপীসু স্বয়ং নিত্য বিহারিণা।
শ্রীভাগবত সন্দেশো মন্মুখেন প্রযোজিতঃ।৪৬॥
তং যথামতি লব্ধাতা আসন্ বিরহবর্জ্জিতাঃ।
নাজ্ঞাসিষং রহস্যং তচ্চ মৎ কারস্তু লোকিতঃ॥৪৭॥
স্বর্বাসং প্রার্থ্য কৃষ্ণঞ্চ ব্রহ্মাদ্যেষু গতেষু মে।
শ্রীমদ্ভাগবতে কৃষ্ণস্তদ্ রহস্যং স্বয়ং দদৌ।৪৮॥

---

অন্বয়—

নিত্যাবহারিনা (লেংদনা শান্নরিবা কৃষ্ণব) বিহার্ত্তাসু (কায়নবদা রারবী) গোপীষু (গোপীশিংগী মফমদা) স্বয়ম, (ইশামক্না) সন্দেশঃ শ্রীভগবানগী পাউব, মন্মুখেন (ইচিলমক্না) প্রযোজিতঃ (থংহনই)।৪৬॥

তং (অদুগু। শ্রীভগবানগী পাউ অদু) তাঃ গোপীশিংনা) যথা মতি (অদুগুম্বা রাখন্দু) লব্ধা ফংলদুনা) বিরহ বর্জ্জিতাঃ (কায়নবগী অবাব অদু থাদোকপা) আসন (ওইখি) মৎ লৌকিত. ঐঙোন্দগী পুন্নমক্না) চমৎ-কারস্তু (অংবপা ওইপ্রবা) তৎ রহস্যং (অথুপ্পা) নাজ্ঞাসিষং (খংদ্রবসু) মী পুন্নমক্না ঙক্লখি।৪৭॥

ব্রহ্মাদি (ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা) স্বরবাসং (বৈকুণ্ঠদা লৈবিনবা) কৃষ্ণে (শ্রীকৃষ্ণদা লাইশিংনা) প্রার্থ্য (হায়জরগা) গতেষু (চৎপ্রবদা

---

অনুবাদ—

লেংদনা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণব, কায়নবদা রারবী গোপীশিংগী মফমদা ইশামক্না শ্রীভগবানগী পাউব, ইচিলমক্না থংহল্লুই।৪৬॥

অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভগবতগী পাউনা গোপীশিংগী রাখলগী মতুংইন্না খন্দ-দুনা শ্রীকৃষ্ণব, কায়নবগী অবাবা অদু কোকখি, ঐনা শ্রীভগবানগী অথুপ্পা খংবা ঙমদ্রবাসু অদুদা ইবুংঙো মাগী মী পুন্নমক্না ঙক্লরবা প্রভাব অদু মাংদা উখি॥৪৭॥

ব্রহ্মানচিংবা লাই পুন্নমক্না শ্রীকৃষ্ণবু স্বধাম ওইবা বৈকুণ্ঠদা

**পুরতোঽশ্বত্থমূলস্য চকার ময়ি তদ্দৃঢ়ম।**
**তেনাত্র ব্রজ বল্লীষু বসামি বদরীংগতঃ ॥৪৯॥**
**তস্মাৎ নারদ কুণ্ডেঽত্রতিষ্ঠামি স্বেচ্ছয়া সদা।**
**শ্রীকৃষ্ণ প্রকাশো ভক্তানাং শ্রীমদ্ভাগবতাদ্ভবেৎ ॥৫০॥**

---

অন্বয়—

হনগ্রবদা ) স্বয়ং ( মশা মক্না ) কৃষ্ণঃ ( কৃষ্ণনা ) মে ( ঐঙোন্দা ) শ্রীমদ্ভা-গবতে ( শ্রীমদ্ভাগবতদা লৈবা রহস্যং ) মন্নুংগী অথুপ্পা অদু ) দদৌ ( তাকখি ) ॥৪৮॥

অশ্বত্থমূলস্য ( সনাখোংনাং মখোংগী ) পুরত ( মমাংদা ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) তৎ ( অদুগুম্বা ) দৃঢ়ং ( অচেৎপা ) চকার ( চৌখি = তাকখি ) তেন ( শ্রীকৃষ্ণনা ) অত্র ( মফম অসিদগী ) বদরীং ( বদরীকাশ্রমদা ) গতঃ (চৎলুবগা) ব্রজ বল্লীষু ( ব্রজগী উরি মরক্তা ) বসামি ( লৈররবসিনি ) ॥৪৯॥

তস্মাৎ ( অসিদগী ) অত্র নারদকুণ্ড ( নারদকুণ্ড কোবা মফম আসদা ) অহম, ( ঐনা ) তিষ্ঠামি ( লৈরি ) হে পরীক্ষিৎ সদা ( মতম পুম্বদা ) স্বেচ্ছয়া ( অপাম্বা মতুং ইন্না ) শ্রীমদ্ভাগবতাৎ ( শ্রীমদ্ভাগবতদগী ) ভক্তানাং ( ভক্তশিংগী ) শ্রীকৃষ্ণঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) প্রকাশঃ ( ঙাল্লি ) । ৫০॥

---

অনুবাদ—

চৎনবগীদমক হায়জরম্নগা হনগ্রবদা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না ঐঙোন্দা শ্রীমদ্ভাগবতগী মন্নুংগী অথুপ্পা তাকপিখি । ৪৮।

সনা খোংনাং মখোংগী মমাংদা ঐঙোন্দা অচেৎপা পাউতাক ফংবদগী ঐনা বদরীকাশ্রমদা চত্তুনা সিদ্ধ ফংলগা ব্রজ বৃন্দাবনগী উরি মরক্তা লৈররবসিনি ।৪৯॥

হে পরীক্ষিৎ ! ঐনা নারদ কুণ্ড কোবা মফমদা ইশানা পাম্না ভক্ত-শিংগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণদা ঙান্দুনা লেরি, হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবত শাস্ত্রদগী ভক্তশিংগী নীংজফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংজগনি ॥৫০॥

**তদেষামপি কার্য্যার্থং শ্রীমদ্ভাগবতং ত্বহম্।**
**প্রবক্ষ্যামি সহাযোঽত্রত্বয়ৈবা নুষ্ঠিতো ভবেৎ ॥৫১॥**

**শ্রীসূত উবাচ।**

**বিষ্ণুরাতস্তু শ্রুত্বা তদুদ্ধবং প্রণতোঽব্রবীৎ।**
**হরিদাস ত্বয়া কার্য্যং শ্রীভাগবত কীর্ত্তণম্ ॥৫২।**

---

অন্বয়—

অহম, ( ঐনা ) তেষাং অপি ভক্তানাং ( মনাই ভক্তশিংগীসু ) কার্য্যার্থং ( মঙ্গল ওইনবগীদমক ) তু ( দা ) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) প্রবক্ষ্যামি ( হায়রগে ) অত্র ( অসিদা ) সহায় ( ইতেং পাংবগী ) ত্বয়া ( নংনা ) অনুষ্ঠিতঃ ভবেৎ ( তৌহনগদৌরিবনি ।৫১॥

শ্রীসূতঃ ( শ্রীসূতনা ) উবাচ ( হায়খি ) বিষ্ণু রাতস্তু ( নিংথৌ পরীক্ষিৎনা ) শ্রুত্বাতু ( তাববদা ) তং ( অদু ) উদ্ধবং ( উদ্ধববু ) প্রণতঃ ( খূরম্নগা ) অব্রবীৎ ( হায়খি ) হরিদাসঃ ( হরিগী মনাই ওইবা ) ত্বয়া (নংনা) শ্রীমদ্ভাগবতঃ ( শ্রীমদ্ভাগবতগী ) কীর্ত্তণম, ( ব্যখ্যা তৌবা ) কার্য্যং ( থবক অদু তৌবিরো ) ॥৫২॥

---

অনুবাদ—

ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংগী মঙ্গল ওইনবগীদমক শ্রীমদ্ভাগবতগী ব্যখ্যা তৌরগে অমুক্তং নংনা ঐগী ইতেং পাংবা ওইয় ॥৫১।

শ্রীসূতনা হায়খি পরীক্ষিৎ নিংথৌনা উদ্ধবগী ৱা অদু তারবদা উদ্ধববু খূরম্নগা হায়খি—হে হরিগী মনাই ওইব! নংনা শ্রীমদ্ভাগবত কীর্ত্তণ তৌবিরো ॥৫২॥

**আজ্ঞাপ্যোঽহং যথা কার্য্যং সহায়োঽত্র ময়া তথা।**
**শ্রুত্বৈতদুদ্ধবো বাক্যমুবাচ প্রীত মানসঃ ॥৫৩॥**

**শ্রীউদ্ধব উবাচ।**

**শ্রীকৃষ্ণেন পরিত্যক্তে ভুতলে বলবান্ কলিঃ।**
**করিষ্যতি পরং বিঘ্নং সৎ কার্য্যে সমুপস্থিতে ॥৫৪॥**

---

অন্বয়—

আজ্ঞাপ্যঃ (তাকপিরো) অহম্, (ঐনা) তথা (অদু) কার্য্যং (থবক) ময়া (ঐনা) তথা (অদুমক) অত্র (অসিদা) সহায় (পাংজবগে) ব্রতৎ (অসিগুম্বা বা অসি) শ্রুত্বা (তারবদা) প্রীতমানসঃ (পেল্লবা উদ্ধবনা) বাক্যম্ (ৱা) উবাচ (হায়খি) ॥৫৩॥

শ্রীকৃষ্ণেন (শ্রীকৃষ্ণনা) পরিত্যক্তে (পৃথিবী থাদোকপ্রবদা) বলবান্ (মপাঙ্গল কল্লবা) কলিঃ (কলি কৌবা যুগনা) ভূতলে (পৃথিবী অসিদা) পরং (থোইদোকপা) সৎকার্য্যার্য্যে (অফবা থবক অমা) সমুপস্থিরে (তৌবা তৌগংলকপাদা) বিঘ্নং (থুগায়রাবা) ভরিষ্যতি (ওইরকনি) ॥৫৪॥

অনুবাদ—

পরীক্ষিৎ হায়—নহাক্না ঐঙোন্দা য়াথং পিবিরো নংগী য়াথং নতুং ইন্না নতেং অদু পাংজবগে পরীক্ষিৎকি ৱা তাবদা পেল্লবা উদ্ধবনা হায়খি ॥৫৩।

উদ্ধবনা হায়খি—শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবী অসিবু থাদোক্না স্বর্গারোহন ওইপ্রবদা মপাঙ্গন কল্লবা মথৌনা লৈরবা য়াম্না পাঙ্গবা যুগকি নিংথৌ কলিনা অফবা থবক অমা মীনা হেক তৌবা কাররুবদা অদুবু থুগায়গনি ॥৫৪॥

তস্মাদ্দিগ্বিজয়ং যাহি কলি নিগ্রহ মাচর।
অহন্তমাস মাত্রেণ বৈষ্ণবীং রীতি মাস্থিত: ॥৫৫॥

শ্রীসূত উবাচ।

শ্রীমদ্ভাগবতা স্বাদং প্রচার্য্য ত্বং সহায়ত:।
এতান, সম্প্রা পয়িষ্যামি নিত্য ধাম্নি মধুদ্বিষ ॥৫৬॥
শ্রুত্বৈবং তদ্বচো রাজামুদিতশ্চিন্তয়াতুর:।
তদা বিজ্ঞা পয়ামাস স্বাভি প্রায়ং তমুদ্ধবম্ ॥৫৭॥

---

অন্বয়—

তস্মাৎ (মরম অসি লৈবদগী) ত্বং (নংনা) দিগ্বিজয়ং (মায়কৈ পুম্নমক জয় তৌবা) যাহি (চৎলো) কলিনিগ্রহণ, (কলিযু কাকবা) আচর (চৎলো)—তৌরুরো) ত্বৎসহাযত: (নংগী নতেংদগী অংম,তু (মায়কৈ অসোমদা ঐনা) বৈষ্ণবীং (বৈষ্ণবীগী ওইবা) রীতিং (নিয়মদা) অস্থিত: (লৈদুনা) মাসমাত্রেণ (থা অমতং) শ্রীমদ্ভাগবতাস্বাদং (শ্রীমদ্ভাগবতগী রসবু চুপহনগে) এতান্ (তৌরিবা পুম্নমক অত্তবু) মধুদ্বিষ: (ভগবান মধু কৌবা হিংচাবগী য়েক্লবগী) নিত্য ধাম্নি (লেংদ্রবা মফম অত্তুদা) সম্প্রাপয়ি ষামি (নীংথিজনা ফংহনগে)। এতান, মথক্কী অন্বয়গা পুন্নবনি মথক্তা হায়ব্রে ॥৫৫-৫৬॥

শ্রীসূত: (শ্রীসূতনা) উবাচ (হায়খি—) এবং (তসিগুম্বা) তৎ বচ: (উদ্ধবকী বা অত্থ) শ্রুত্বা (তারবদা) রাজ: (নিংথৌ পরীক্ষিৎনা)

---

অনুবাদ—

মরম অসিদগী মহাক্না দিগ্বিজয় চক্তুনা কলিযু ফাররো নংগী নত্তেং ফংলবদা অসোমদা ঐনা বৈষ্ণবগী ওইবা নিয়মদা লৈদুনা থা অমা শ্রীমদ্ভাগবতগী রসগী মহাউ লৌহনগে, তারিবা পুম্নমক ভগবান, শ্রীকৃষ্ণগী লেংদ্রবা মফম অত্থ ফংহনগে ॥৫৫-৫৬॥

শ্রীসূতনা হায়খি—হে ঋষিশা! কৃষ্ণগী ভক্ত উদ্ধবগী বাহৈশিং

শ্রীপরীক্ষিদুবাচ।

কলিস্তু নিগ্রহীষ্যামি তাত তে বচসিস্থিতঃ।
শ্রীভাগবত সম্প্রাপ্তিঃ কথং মম ভবিষ্যতি ॥৫৮॥
অহন্তু সমনুগ্রাহ্যস্তব পাদতলে শ্রিতঃ।
শ্রুত্বৈতদ্বচনং ভূয়োঽপ্যুদ্ধবস্তমুবাচহ ॥৫৯॥

---

অন্বয়—

মুদিতঃ (নুংঙায়থরে) চিন্তাতুরঃ (মৃন্না থল্লগা য়াম্না বানা) তদা (অতুনা) স্বাভিপ্রায়ং (মাগী অপাংতু বিজ্ঞা পয়া মাস (ফোংদোকখি ।৫৭॥

শ্রীপরীক্ষিৎ উবাচ—(শ্রীপরীক্ষিৎনা হায়খি—) তাত (হে ইবুংঙো!) তে (নংগী) বচসি (ৱাহৈদা) স্থিতঃ (লৈতুনা) অহম্, (ঐনা) কলিম্‌তু (কালিবুদি) নিগ্রহীষ্যামি (ফাকুরগনি) মম (ঐগীদি) কথং (করম্না) শ্রীমদ্ভাগবত প্রাপ্তিঃ (শ্রীমদ্ভাগবত তাবা ফংবা) ভবিষ্যতি (ওইরগনি) ॥৫৮॥

অহম্‌তু (ঐদি) তব (নংগী) পাদ তলে (নখোংদা) শ্রিতঃ (চংজার) সমনুগ্রাহ্যঃ (থৌজালবীতুনা) তৎবচনং (পরীক্ষিৎকী ৱা অতু) শ্রুত্বা (তারবদা) ভূয়ো অপি (অমুক হন্না) উদ্ধব (উদ্ধনা) উবাচ (হায়খি) ॥৫৯॥

---

অনুবাদ—

অতু তারগা নিংথৌ পরীক্ষিৎনা মপুক্লিংদা নুংঙায়রবসু য়াম্না মৃন্না খল্লগা মাগী অপাম্বাতু উদ্ধবগী মফমদা খংহনখি ॥৫৭॥

নিংথৌ পরীক্ষিৎনা হায়খি—হে ইবুংঙো! নংগী য়াথং মতুং ইন্না দিগ্বজর চক্কুনা ঐনা লেপনমক কালবু ফাকুরগনি, অতুদা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত ওইব! ঐগীদি শ্রীভাগবত তাবা করম্না ফংগনি ॥৫৮॥

ঐনা নংগী নখোংদা চংজরি—ঐবু নংনা থৌজালবিয়ু—পরীক্ষিৎনা হায়জবা ৱা অতু তারবদা ভক্তি লৈবা নোম্লুকপা অতুদা উদ্ধবনা অমুক হন্না পরীক্ষিত্তা হায়খি ॥৫৯॥

**উদ্ধবঃ উবাচ।**

রাজংশ্চিন্তাতুতে কাপিনৈব কার্য্যা কথঞ্চন।
তবৈব ভগবচ্ছাস্ত্রে যতো মুখ্যাধি করিতা ॥৬০॥
এতাবৎ কাল পর্য্যন্তং প্রায়ো ভাগব তস্রুতেঃ।
বার্ত্তা মপিন জানন্তি মনুষ্যাঃ কর্ম্মতৎ পরাঃ ॥৬১॥

---

অন্বয়—

উদ্ধবঃ উবাচ—উদ্ধবনা হায়খি—) রাজন! হে নিংথৌ!) চিন্তাতু (বাখল অতুদা) তে (নংগী) কাপি (কানগুম্বা) কথঞ্চণ (হায়রিবতুগী) নৈবকার্য্যা (কারদে) তবৈবং (নংগীদি) ভগবচ্ছাস্ত্রে শ্রীভাগবতদা) যত. (অতুদা) মুখ্য (মকওইবা) অধিকারিতা (নংগী শকক ওইরবনি ।৬০।

মনুষ্যাঃ (মীওইবশিংনা) কর্ম্মতৎপরাঃ (মখল-মখলগী কর্ম্মদা লুপলবশিংনা) এতাবৎকাল পর্য্যন্তং (মতম অসি ফাওবা) প্রায়ঃ (মহৌশাগী ওইবা) ভাগবতস্য (শ্রীভাগবতগী) শ্রুতেঃ (তাবগী) বার্ত্তাম, অপি (পাউস্য) নজানন্তু (খংদে) ।৬১।

---

অনুবাদ

শ্রীউদ্ধবনা হায়খি—হে নিংথৌ! নরম অতু খল্লবগী কান্নবা অমতা লৈতে কারনা হায়বদু শ্রীমদ্ভাগবত অসি লাবদা অনী শুদ্ধবা নংতগী অথোইবনি ।৬০।

সংসার অসিদা লৈরিবা মীওইবশিংনা মখল-মখলগী থবক্তা লুপ-শিনখিতুনা মখোয়না মতম অসি ফাওবদা মহৌশা ওইনা মখোয়না শ্রীভাগবত অসি তাগনি হায়বা খংদে ॥৬১॥

ত্বৎ প্রসাদেন বহবো মনুষ্যাঃ ভারতাজিরে
শ্রীমদ্ভাগবত প্রাপ্তৌ সুখং প্রাপ্স্যন্তি শাশ্বতম্ ॥৬২॥
নন্দ নন্দন রূপস্তু শ্রীশুকো ভগবান্ ঋষিঃ।
শ্রীমদ্ভাগবতং তুভ্যংশ্রাবয়িষ্যত্য সংশয়ম ॥৬৩॥
তেন প্রাপ্স্যসি রাজন্ত্বং নিত্যং ধামব্রজেশিতুঃ।
শ্রীমদ্ভাগবত সঞ্চরস্ততো ভুাব ভবিষ্যতি ॥৬৪।

---

অন্বয়—

রাজন্! ( নিংথৌ ! ) ত্বৎপ্রাসাদন ( নংগী থৌজাল্লা ) ভারতাজিরে ( ভারতবর্ষ অসিদা পোক্লরবা ) বহব: (অমাম্বা) মনুষ্যা: ( মীওইশিংনা ) ( শ্রীমদ্ভাগবতম, ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) প্রাপ্তৌ (ফংজবদা) শাশ্বতম, (তশেংনা) সুখং (নুংঙায়বা) প্রাপ্স্যন্তু ( ফংলক্কনি ৬২

ঋষিঃ ( মুনি ওইবা ) ভাগবান্ (শ্রীশুকদেবনা) শ্রীনন্দ-নন্দনরূপস্তু (শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা) শ্রীভাগবতং (শ্রীভাগবতবু) তুভ্যং ( নংঙোন্দা ) শ্রাবয়িষ্যতি ( তাহল্লগনি ) অসংশয়ম, চিংনবগনু ) ৬৩।

রাজন্ ! ( হে নিংথৌ ! ) ত্বং (নংনা) তেন (ভাগবত তাবা অদুনা মরম ওইদুনা) নিত্যং (লেংদবা) ধাম ব্রজেশিতু: (ব্রজধাম অদুদা চৎপা)

---

অনুবাদ —

হে নিংথৌ পরীক্ষিৎ! নংগী থৌজালনদগী শ্রীবৈকুণ্ঠগী মাগোলগী মশক ওইরবা ভারতবর্ষ আসদা পোক্লরবা মীশিংনা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাবা ফংজরগা মতম পুম্নমক্তা নুংঙাযবা ফংলরগনি ॥৬২॥

ঋষি মুনি ওইবা ভগবান শ্রীশুকদেবনা শ্রীনন্দ নন্দন শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতবু নংঙোন্দা তাহল্লবগনি আসদা কারগুম্বা অমতা চিংনরূগনু ॥৬৩।

হে নিংথৌ ! শ্রীভাগবত তাজবনা নহাক্না ব্রজ রাজ নন্দনগা মচা শ্রীকৃষ্ণগী

**অথ বৃন্দাবনেমাসং গোবর্দ্ধন সমীপতঃ।**
**শ্রীমদ্ভাগবতাস্বাদ স্তদ্ধবেন প্রবর্ত্তিতঃ ।।৬৭।**
**তস্মিন্নাস্বাদ্যমানেতু সচ্ছিদানন্দরূপিনী ॥**
**প্রচকাশো হবেলীলা সর্ব্বতঃ কৃষ্ণ এবচ।।৬৮॥**

---

অন্বয় —

খুবম শিন্নবমলগাসু ভাগবতা অংশগা শ্রীভগবত তানীংহনা) মাতু ভঃ সাকং ( মমাশিংগা লোইননা ) ... ( লখি । ৬৬ ।

অথ (মথংদা বৃন্দাবনে (বৃন্দাবন্দা) গোবর্দ্ধন সমীপতঃ । শ্রীগোবর্দ্ধনগী মনাক্তা) উদ্ধবেণ । উদ্ধবনা ) মাসং ( থা অম ) শ্রীমদ্ভাগবতস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী) আস্বাদঃ তু (রস চুপ্লদা) প্রবর্ত্তিতঃ (হৌইনাখি) ৬৭।

তস্মিন (মফম মতুদা) আস্বাদ্য মানে (শ্রীভাগবতগী রস লৌবদা) সর্ব্বতঃ পুম্নমক্তা হরেঃ (শ্রীভাবগী সচ্চিদানন্দরূপিনী (সৎ চিৎ আনন্দগী মশক ওইবা) লীলা (শান্না) প্রচকাশ চংখি ফোংদোকখি) কৃষ্ণ এব (মফম অতুদা) শ্রীকৃষ্ণস্য প্রচকাশঃ (ভাগ্গে ইরখি) । ৬৮

---

অনুবাদ—

নিংথৌ হাপলগা শ্রীমদ্ভাগবত তানংহনা মমাশিংগা লোইননা লৈখি ।৬৬।

মথংদা শ্রীবৃন্দাবন্দা গোবর্দ্ধনগী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণগা মনাই ওইবা উদ্ধবনা থা অমা চুপনা শ্রীমদ্ভাগবতগী কথাগী রস আস্বাদন তৌহনখি ।।৬৭।

শ্রীমদ্ভাগবতকী রস চুপ্লুনা তাহনা লৈবা মতমদুদা মফম পুম্নমক্তা শ্রীহরিগী লেংপ্রবা পুকানংগী নুংঙাইবাগী মশক ওইবা চঙু ফোংদোক্লুনা লৈ অমসু শ্রীকৃষ্ণসু মফম অদুদা লেংবিরকখি ।।৬৮।।

আত্মনশ্চ তদন্তস্থঃ সর্ব্বৈহর্ি দদৃশুস্তদা।
ব্রজস্থ দক্ষিনে দৃষ্টা কৃষ্ণপাদ সরোরুহে।৬৯॥
স্বাত্মানং কৃষ্ণ বৈধুর্য্যান্মুক্ত স্তুব্য শোভতা
তাশ্চতস্মাতরং কৃষ্ণে রাস রাত্রি প্রকাশিনি ॥৭০॥

---

অন্বয়

তদা ( মতম অদুদা ) সর্ব্বে গ প ( [illegible] ) আনশ্চ (মশামকীসু) তৎ অন্তস্থ মসুংদা লৈবা হ্যবাদ শ্রীভগবানগী লীলা মসুংদা লৈদুনা) কৃষ্ণপাদ সরোরুহে ( শ্রীকৃষ্ণগী [illegible] ) দক্ষিণে ( য়েৎথংবদা ) দৃষ্টা (উরদুনা থমোযদা উ খ-ভাংলাইখি ৬৯

স্ব আত্মাণং শ্রীব্রজনাভ নাগী য়েৎ ) কৃষ্ণবৈধুর্য্যাৎ শ্রীকৃষ্ণ নীংথিরব শ্রীচরণ উবদা) মুক্ত (থাদোকথ্রবা) তৎ ভবা ( [illegible] ) শোভানা ( নিংথিজখ্রে ) তাশ্চ মাতৃভং সমাশিনং শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী অরাবা অদু কোবখ্রে ' রাস রাত্র প্রকাশিনি বাসগী অহং অদু শ্রীকৃষ্ণ (শ্রীকৃষ্ণদা ভানখ্রে) ॥৭০।

---

অনুবাদ—

মতম অদুগী শ্রীমদ্ভাগবত তারবশিনা মাগী মশামকসু শ্রীভগবানগী লীলা মসুংদা লৈবা দু উখি, ব্রজনাভন শ্রীকৃষ্ণগী মথোং থগালদা মাগী য়েৎতা লৈবা উদুনা থমোযদা ভাংলাইখি ॥৬৯।

অমনা মাগী ব্রজনাভগী যেৎতা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ [illegible] উরবদা, শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী অরাবা অদু কোকনে, পৃথিবী মসিদা ফজরব অমা ওইখ্রে, অদুগুম্না মমাশিংসু শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী অরাবা অদু কোবখ্রে রাসগী অহিং অদু শ্রীকৃষ্ণদা ভানখ্রে ॥৭০।

চন্দ্রে কলাপ্রভারূপমাত্মানং বীক্ষ্যবিস্মিতাঃ।
স্বপ্রেষ্ঠ বিরহ ব্যাধিবিমুক্তাঃ স্ব পদং যযুঃ ॥৭১॥
যেঽন্যোচতত্রতে সর্ব্বে নিত্য লীলান্তরং গতঃ।
ব্যবহারিক লোকেভ্যঃ সত্ত্যোঽহ দর্শন মাগতাঃ ॥৭২॥

---

অন্বয়—

রাস রাত্রি প্রকাশিনি ( রাসগী অহিং ফোংদোকপা শ্রীকৃষ্ণগী ) আত্মানং ( মশক ) বীক্ষ্য ( উরগা ) চন্দ্রে ( থাগী ) কলা (কলানা) প্রভা রূপং ( মঙাল শাবল ওইবা অদু থাদা লৈবা উবগা ) বিস্মিতাঃ পল্লমক্রা শ্রীকৃষ্ণবে ) স্বপ্রেষ্ঠ ( মাগী মঙাল অথোইবা কৃষ্ণবু ) বিরহব্যাধি ( কায়নবগী লাইনা অদু ) বিমুক্তাঃ ( থাদোকখ্রবী বোহিনীনচিংবীশংনা ) স্বপদং ( ইবুংঙোগী ধাম অদুদা ) যযুঃ ( চংখি ৭১॥

ত্র অন্দা যেত্যান্যো ( অতোপ্পা মথোযনা ) তে সর্ব্বে ( লাক খিবা মথোয় পুম্নমক ) ব্যবহারিক লোকেভ্যঃ (চুম্লাগী মীশিংগী মরক্তা) সত্ত্যঃ (খুদক্তা) অদৃশ্য (উদতনা) আগতাঃ ( নিত্য লীলাদা লাক্লখি । ৭২ ।

---

অনুবাদ—

বোহিনীনচিংবী মাতৃশংনা রাস লীলাগী অহিংগী মতমদা চান্দা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা থাগী মশেক অমসু মঙালগী মশকপু মথোয়দা লৈবা অদু উরগা পুম্নমক ঙকখ্রে, থরায়দগী হেন্না নুংশিজবা কায়নবগী লাইনা অদু কোকখিত্তনা মাগী মাগী মফম অদু ফংখি ॥৭১॥

অদুদা অতোপ্পা লাকিবা মথোয়শিংগী মরক্তা খুদক্তা উদতনা নিত্য লীলাদা লাক্লখি ॥৭২।

গোবর্দ্ধন নিকুঞ্জেষু গোষু বৃন্দাবনাদিষু নিত্যং কৃষ্ণেণ
মোদন্তে দৃশ্যন্তে প্রেম তৎ পরৈঃ ॥৭৩॥

শ্রীসূত উবাচ।

যত্রতাং ভগবত প্রাপ্তিং শৃণুয়াচ্চাপি কীর্ত্তয়েৎ।
তস্যৈব ভগবৎ প্রাপ্তি দুঃখ হানিশ্চজায়তে ॥৭৪।

---

অন্বয়—

শ্রীকৃষ্ণেণ (শ্রীকৃষ্ণগী) নিত্যং (লেংদনা) গোবর্দ্ধন কুঞ্জেষু (গোবর্দ্ধনগী কুঞ্জবন্দা) গোষু (যঙ্গোন্দা) বৃন্দাবনাদিষু (বৃন্দাবননাচিংবদা) পরৈঃ (খোইদোক্না) মোদ্যন্তে (নুংঙায়না লৈবা) প্রেমতৎ—পরৈঃ (প্রেম রসদা পালবশিংনা) দৃশ্যন্তে (উখি) ।৭৩।

শ্রীসূতঃ উবাচ—(শ্রীসূতনা হায়খি—) যঃ (মী অদুনা) এখান আসংগুম্বশিংবু) ভগবতঃ (শ্রীভগবানগী) প্রাপ্তিম্ (শ্রীচরন ফংবা) তস্য (মহাক্কী) বৈ (লেপ্পমক) ভগবৎপ্রাপ্তিঃ (শ্রীভগবান ফংগ্রবা মীনা) দুঃখ হানিঃ (অৱাবা কোকপা) জায়তে (ওই চ (স্থ) শৃণুয়াৎ তাংদোবা ওই) অপি (স্থ) কীর্ত্তয়েৎ (শোনগদবা ওই) ।৭৪।

---

অনুবাদ—

শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা মখোয়না নুংমিৎ খুদিংগী গোবর্দ্ধন কৌবা চীংগী নিকুঞ্জবন্দা যনগোনশংদা অমসু শ্রীবৃন্দাবনগী বন-বন খুদিংদা য়াম্না নুংঙায়না শান্নরিবা অদু প্রেম রসদা লুপ্পবা ভক্ত বৈষ্ণবাশংনা অদুতবু মতম পুম্নমক্তা উবা ফংভি ॥৭৩।

শ্রীসূতনা ঋষিশিংগী মফমদা হায়খ—মী অদুনা আসগুম্ব শ্রীচরনবু ফংনবা লীলাগী ৱারী অসি তাগদৌবমক্তি শোনগদবান, শোল্লবা, মী অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংগনি লোইননা অহৌবদগী অৱাব মপৈ মতম কুইনা লৈরবশিং অদু লোইনা কোকনি ।৭৪।

ইতি স্কন্দে মহাপুরাণে একাশীতি সহস্র সংহিতায়াং দ্বিতীয় বৈষ্ণব খণ্ডে শ্রীপরীক্ষিৎ উদ্ধসংবাদে শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্য নামক তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ। ৩।

মতাং অসিদা শ্রীস্কন্দ মহাপুরান্দ লিশিং মরিপুমাথোই শুবা সংহিতাদা অনীশুব বৈষ্ণব খণ্ডদা পরীক্ষিৎকা উদ্ধবগা বারী শান্নখিবা শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্য কৌবা অহুমশুবা তাঙ্কক লোয়রে

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যম্

## অথ চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

শ্রীমদ্ভাগবত স্বরূপস্য তৎপ্রমাণতৎ শ্রোতৃবক্তৃ
লক্ষণ-শ্রবণ-বিধেশ্চ নিরূপণম্।

শ্রীঋষয় উচুঃ।

সাধু সূতচিরং জীব চিরমেবং প্রসাধিনঃ।
শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্যমপূর্ব্বং তন্মুখাচ্ছ্রুতম্ ।।১।

(মরিশুবা অধ্যায় অসিদা হায়বিবদি শ্রীমদ্ভাগবতকী মশক অতুগী প্রমাণ, ভাগবত তারিবা মীগী খুদম, তাবগী হৌনবী ভাকপা আসদা য়াওরে ।।

অন্বয়—

শ্রীঋষয় (ঋষিশিংনা) উচঃ (হায়খি—) সূত! (হে সূত) সাধু (অশেংবনি)—অতাংবনি) চিরং জীব (কুইনা পুনশিবা ওইয়ু) নঃ (ঐখোয়গী মফমদা) এবং (অসুম্না) প্রশাধি (পাউতাক পিবিয়ু) চিরং (মতম কুইনা) তৎ মুখাৎ (নংগী নচিন্দগী) অপূর্ব্বং (মমাংদা ওইখিদ্রিবা) তৎ অতুস্না) শ্রীমদ্ভাগবতস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী) মাহাত্ম্যং (মতীক অথোইববু) শ্রুতং (তাজখরে) ।।১।

অনুবাদ—

—ঋষিশিংনা হায়খি—(হে সূত!) অশেংবনি অতাংবনি, মতম কুইনা পুনশিখো ঐখোয়দা অসিগুম্বা পাউতাককি মওং তাবগী মওং অতু ওইগদোবা হৌজিক হায়বিরো ।।১।।

**তৎ স্বরূপং প্রমাণঞ্চ বিধিঞ্চ শ্রবণে বদ।**
**তদ্বক্তুর্লক্ষণং সূত শ্রোতুশ্চাপি বদধুনা ॥২॥**

**শ্রীসূত উবাচ।**

**শ্রীমদ্ভাগবতস্যাথ শ্রীমদ্ভাগবতঃ সদা।**
**স্বরূপমেক মেবাস্তি সচ্চিদানন্দ লক্ষণম্ ॥৩॥**
**শ্রীকৃষ্ণা সক্ত-ভক্তানাং তন্মাধুর্য্য প্রকাশকম্।**
**সমুজ্জৃম্ভতি যদ্বাক্যং বিদ্ধি ভাগবতং হি তৎ ॥৪॥**

---

**অন্বয়—**

সূত! (হে সূত!) ভাগবতস্য (ভাগবতগী) স্বরূপং (মশকপু) তৎ (অদু) প্রমাণঞ্চ (খুদমসু) শ্রবণে (তাবদা) তৎ (অদুবু) বক্তুং (ভাগবত তৌবগী) লক্ষণং (মওংবু) শ্রোতুম্ (তাবগী) অপিবৎ (ওইগদৌবা) অধুনা (হৌজিক) বদ (হায়বিরো) ॥২॥

শ্রীসূত উবাচ—(শ্রীসূতনা হায়খি)—হে ঋষিশা! অথ (অসিগী মথাদা) শ্রীমদ্ভাগবতস্য (শ্রীমদ্ভাগবতগী ওইবা) স্বরূপম্ (মশক অদু) একং এব (অমতং) অস্তি (লৈ) সদা (মতম পুম্নমক্তা সচ্চিদানন্দ (লেংদ্রবা নুংঙায়বা ওইবা) লক্ষণম্ (খুদমনি) ॥৩॥

ভক্তানাং (মনাই ভক্তশিংগী করম্না ভক্ত) তৎ (অদুগুম্বা) মাধুর্য্য (নুংশিব্রবা) প্রকাশকম্ (চংখোম্না ফোংদোকপ্রবা) যৎবাক্যং (বাহৈ

---

**অনুবাদ—**

হে সূত! ভাগবতগী মশক, খুদম, তাবদা, ভাগবত তৌবগী মওং তাবগী মওং অদু ওইগদৌবা হৌজিক হায়বিরো ॥২॥

উগ্রশ্রবাগী মচা শ্রীসূতনা শৌনাকনচিংবা ঋষিশিংগী মফমদা হায়খি—হে ঋষিশা! শ্রীমদ্ভাগবত অসিনা ভগবান, শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইনা মতম পুম্নমক্তা সচ্চিদানন্দগী মশক ওইদুনা লৈরি ॥৩॥

মনাই ভক্তশিংগী করম্না ভক্তশিং শ্রীকৃষ্ণদবু নীংব্রবা অদুগুম্বা

**জ্ঞান বিজ্ঞান ভক্ত্যাঙ্গ চতুষ্টয়ঃ পরং বচঃ।**
**মায়া মর্দ্দন দক্ষঞ্চ বিদ্ধি ভাগবতঞ্চহিতৎ ॥৫॥**
**প্রমাণং তস্যকো বেদহ্যনন্তস্যা ক্ষরাত্মনঃ।**
**ব্রহ্মণে হরিনা তদ্দিক্ চতুঃ শ্লোক্যা প্রদর্শিতা ॥৬॥**

---

অন্বয়--

অদুবু ) সমজ্জৎস্তুতি ( চংখোন্না ফোংদোকপিবা ) তৎ (অদু) হি (লেপ্পমক) ভাগবতং (ভাগবত অসিনি) বিদ্ধি ( খংউ ) । ৪।।

জ্ঞান ( শাস্ত্রগী ওইবা লৌশিং ) বিজ্ঞান ( উপাসনা অর্থাৎ লাই-নিংবদগী ফংলকপা রাখল ) ভক্ত্যাঙ্গ ( ভক্ত অমসু মাগী মশানা তাবগী অমদি শোঙ্খবদগী ফংলকপনচিংবা ) চতুষ্টয়ঃ ( মবি অসিনা ) বচঃ পরং ( অথোইবা ওইবা ) মায়া মর্দ্দন ( মযাবু নৈহংপা ) দক্ষঞ্চ ( হে শিংবা ) তৎ (অদু) ভাগবতঞ্চ (ভাগবতনি) বিদ্ধি ( খংউ ) ।৫।।

অক্ষরাত্ম ( অমাং অতা লৈত্রবা ) তস্য ( ভাগবতগী ) প্রমাণং ( প্রমাণবু ) কঃ ( কনানা ) বেদ ( খংগনি ) হরিনা ( শ্রীহরিমক্না ) ব্রহ্মণে

---

অনুবাদ—

নুংশিথ্রবা চংখোন্না কোংদোকপিথ্রবা রাহৈ অদুবু চংখোন্না ফোংদোকপি, লেপ্পমক ভাগবত অসিনিখংউ ।।৪।।

শাস্ত্রগী ওইবা জ্ঞান লাইনিংবদগী ফংলকপা জ্ঞান ভক্তি অমসু মহাক্কি মশামক্না তাব, শোঙ্খবনাচিংবা পোৎ মবি অসিগী মবম ওইবা রাহৈ লৈ অমসু মতুদা মায়াবু নৈহৎপদা হেশিংবা অবেপ্পা অদু ভান্দুনা লৈবা অদুবু শ্রীভাগবত হায়না কৌই হায়না খংউ ।।৫।।

অমাং অতা লৈত্রবা অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবতগী প্রমাণবু কনানা

**তদানন্ত্যাবগাহেন স্বেপ্সিতা বহন-ক্ষমাঃ।**
**তে এব সন্তি ভো বিপ্রা ব্রহ্ম বিষ্ণু শিবাদয়ঃ ।।৭।।**
**মিতবুদ্ধ্যাদি বৃত্তানাং মনুষ্যানাং হিতায় চ।**
**পরীক্ষিচ্ছুক সংবাদো যোঽসৌব্যাসেন কীর্ত্তিত ।।৮।।**

---

অন্বয়—

( ব্রহ্মাগী মফমদা ) চতুঃ শ্লোক্যা ( শ্লোক মরিখকনা ) তস্য ( ভাগবতগী) তৎদিক, ( মায়কৈ অদু ) প্রদর্শিতা (উৎখে) ।।৬।।

ভোবিপ্রাঃ ! ( হে ব্রাহ্মণশা ! ) অনন্ত্যাব-গাহেন ( লোইব নাইদ্রবা ভাগবত সমুদ্রদা কোক তুম্না ইরুজবনা ) ব্রহ্মা-বিষ্ণু-শিবাদয়ঃ ( ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবনচিংবানা ) তেএব ( মখোয়শিং অসিনা ) স্বেপ্সিতাবহন ( নীংবা থুংবা পাম্বা) ক্ষমাঃ (ঙম্বা) সন্তি (ওইরি) ।।৭।।

মিতবুদ্ধ্যাদি বৃত্তীনাং ( রাখল থেল্লবা) মনুষ্যানাং (মীওইবশিংগী) হিতায়চ ( অফবা ওইনবগীদমকসু ) যঃ অসৌ (মশামক্না) ব্যাসেন (বেদ ব্যাসনা) কীর্ত্তিতা ( লেংখি ) পরিক্ষিৎ শুক (পরীক্ষিৎ অমসু শুকদেবগা)

---

অনুবাদ—

খংগনি। অহান্নদা শ্রীহরি মশামক্না ব্রহ্মাদা শ্লোক মরিদংনা শ্রীমদ্ভাগবতগী মায়কৈ উক্তনা খংহনখি ।।৬।।

হে ব্রহ্মাণ পুন্নমক ! অসিগুম্বা অনন্ত ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতগী মশক ওইবা সমুদ্রদা লুপ্তনা কোক তুম্না ইকজরগা অমতা ওইবা অসিবু শ্রীহরিনা ব্রহ্মা-বিষ্ণু-শিবনচিংবদা অপাম্বা পোৎ ফংবা ঙমহনখি কনা অমতগী মতেং লৈতে। ৭।।

য়াম্না পংলবা মীওইবশিংগী অফবা ওইনবগীদমক শ্রীবেদব্যাস মশা-মক্না পরীক্ষিৎ নিংথৌগা মচানিপা শ্রীশুকদেবগা রারী শান্নবা ওইনা

**গ্রন্থোহষ্টাদশ সাহস্রো যোহসৌভাগবতাভিধঃ।**
**কলিগ্রাহ গৃহীতানাং সএব পরমাশ্রয়ঃ ॥৯॥**
**শ্রোতারোনিরূপ্যন্তে শ্রীমদ্বিষ্ণু কথাশ্রয়ঃ।**
**প্রবরা অবরা শ্চেতি শ্রোতারো দ্বিবিধা মতা ॥১০॥**

---

অন্বয়—

সংবাদঃ (রারি শান্নবা ওইনা ফোংদোকখিবা অতুবু "শ্রীভাগবত" হায়না কৌই) ॥৮॥

অষ্টাদশ সহস্রঃ (শ্লোক লিশিং তরানিপাল ওইবা) যঃ আসৌ (মানা) (লাইরিক অমা ওইবা অসিবু) ভাগবতাভিধঃ (ভাগবত হায়না খংনৈ) কলিগ্রাহ (কলিগী মশক ওইরবা গুম্ভীরনা) গ্রহীতানাং (উম‌্-গ্রবশিংগী) সএব (লাইরিক অসিনা) পরমাশ্রয়ঃ (অথোইবা চংনফমনি) ॥৯॥

অথ (মথংদা) শ্রীমদ্বিষ্ণোঃ (শ্রীবিষ্ণুমক্তি) কথাশ্রয়ঃ (রারী ভাক্তা ওইবা ভগবতগী কথাদা পুক্নিং চংবশিংনা) শ্রোতাবঃ তারিবশিংগী) নিরূ-প্যন্তে (হায়রি) শ্রোতারঃ (তারিবশিংডু) দ্বিবিধামতা (মখল অনীনি) প্রবরা (প্রবরা কৌবা অমা) অপ্রবরাশ্চ (অপ্রবরা কৌবা অনী অসিন্থনি) ইতি (অসি লৈ) ॥১০॥

---

অনুবাদ—

ফোংদোকখিবা অতুবু "শ্রীভাগবত" হায়না কৌই ।৮॥

শ্লোক লিশিং তরানিপাল ১০১৮ ওইবা অসিনা মপুং ওইবা অমসু কলিগী মশক ওইবা গুম্ভীরনা উম্নবা জীবশিংগী অমতা ওইরবা অথোইবা চংনফমদি শ্রীমদ্ভাগবতনি হায়না খংনগনি ॥৯॥

মথংদা শ্রীমদ্ভাগবত তাবদা পুক্নিং চংনা তাবা মওং অনি হায়রি—প্রবরা=হায়বদি অথোইবা, অপ্রবরা হায়বনা হন্থবা মখল অনী থোকই অসি খংগদৌবনি ।১০॥

প্রবরাশ্চাতকো হংসঃ শুকঃ মীনাদয়স্তথা।
অবরাবৃক ভূরুণ্ড বৃষোষ্ট্রাদ্যাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥১১॥
অখিলোপেক্ষয়া যস্তু কৃষ্ণ শাস্ত্র শ্রুতৌব্রতী।
সচাত কোযথাম্ভোধমুক্তে পাথসিচাতকঃ ॥১২॥
হংসঃ স্যাৎ সারমাদত্তে সঃ শ্রোতাববিধাৎ শ্রুতাৎ ।
দুগ্ধেনৈক্যংগতাত্তো যাদ, যথাহংসোহ মলং পয়ঃ ।।১৩।।

অন্বয়—

যন্ত্যাঃ ( অহানবগী ) প্রবরা ( আথোইবশিং ) চাতকঃ ( নোংগৌবী ) হংসঃ ( কাঙঙ ) শুকঃ (তেনবা) মীনাদয়ঃ ( ঙানচিংবা মরি অসিনি ) তথা অপ্রবরা ( হন্তবা তাবশিং ) বৃক ( কৈ ) ভূরুণ্ড ( হিমালয়গী চীংদা লৈবা ভূরুণ্ড কৌবা উচেক ) বৃষ (ষণ লাবা) উষ্ট্রঃ ( উট কৌবা শানচিংবা মরি ) প্রকীর্ত্তিতাঃ (শ্রোতাগী মখল হায়রি) ।।১১।।

যস্তু ( মী অতুনা ) অখিলউপেক্ষয়া ( পুম্নমক য়েংশিল্লরগা ) কৃষ্ণ শাস্ত্রশ্রুতৌ (ভাগবত তাবদা) ব্রতী (লৈ) যথা (প্রমানদি) সচাতকঃ নোংগৌবীনা অম্ভোধেঃ ( নোংগী ঈশিংদা ) পীথসি (থকই) চাতকঃ ( নোংগোবীনা ) মুক্তে (অতৈদি থাদোকই) ।।১২।।

হংসঃ (কাঙঙনা) দুগ্ধেন (শঙ্গোম) একাংগতা (ঈশিংগা তিন্নথ্রবস্থ)

অনুবাদ—

প্রবরা কৌবা অথোইবা ভাগবত তাবশিংগী মরিথকনি, নোংগৌবী, কাঙঙ, তেনরা অমসু ঙানচিংবা অসিনি। অমনা অবরা কৌবা হন্তবা শ্রোতাশিংসু —কৈ, হিমালযগী চীংদা লৈবা ভূরুণ্ড কৌবা উচেক, ষণ লাবা, উটনচিংবা মখল মরি অনী অসি খেন্নবা লৈ।।১১।।

প্রমানদি—নোংগৌবীনা নোংগী ঈশিং নত্তনা অতোপ্পা ঈশিং থক থক্তে অদুগুম্না মী অতুনা অতৈ শাস্ত্র তারুদনা তশেংনা শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ ওইবা লাইরিকতমক তাই অদুবু "চাতক শ্রোতা কৌই।।১২।।

কাঙঙনা তৌবগুম্না ঈশিংগা শঙ্গোমগা অমতা ওইনা তিন্নথ্রবস্থ

**শুকঃ সুষ্ঠু মিতং বক্তি ব্যাসং শ্রোতৃংশ্চ হর্ষয়ন্।**
**সুপঠিতঃ শুকোযদ্বচ্ছিক্ষকঃ পার্শ্বগানপি ॥১৪॥**
**শব্দংনানিমিষো জাতু করোত্যা স্বাদয়ন্‌রসম্‌।**
**শ্রোতাস্নিগ্ধো ভবেন্মীনো মীনং ক্ষীরনিধৌযথা ॥১৫॥**

অন্বয়—

হংসঃ ( কাঙঙনা ) তোয়াৎ ( ঈশিংদগী ) অমলং (অশেংবা) পয়ঃ (শঙ্গোম্‌) পিবতি ( থকই ) যথা (অদুগুম্না) হংসঃ (কাঙঙনা) (স্যাৎ ওইবগুম্না) সঃ (মী অদুনা) বিবিধা শ্রুতাং ( মখা মখাদগী লাইরিক তাবদগী ) সারং ( মরুওইবা অদুদং ) আদত্তে ( লৌখৎলি ) ॥১৩॥

শুকঃ ( তেনবানা ) সুষ্টু মিতং ( য়াম্না নিংথিনা ) বাক্তি ( তম্বিখিবা ব্যাসং (ওঝাবু) শ্রোতশ্চ ( তারিবসিংবুস্থ ) হর্ষয়ন, (হরাওহান্ল) যৎ ( অদু ) সুপঠিতঃ ( নিংথিনা তম্বিথ্রবা ) পার্শ্বগান অপি (মনাক্তা লৈব-শিংবুস্থ তাহল্লি) শিক্ষকঃ ( গুরুনা ) পার্শ্বগান, ( মনাক্তা লৈরিবশিংবু ) ব্যক্তি (তাহল্লি মুংঙায়হল্লি মখোয অদুবু "শুক শ্রোতা হায়না কৌই) ॥১৪॥

মীনঃ ( ঙানা ) ক্ষিরনিধৌ ( ক্ষিরসমুদ্রদা ) যথা (অদুগুম্না) শব্দংন ( বা অমত ঙাংদনা ) অনিমিষঃ ( মিৎ কুপ্তনা ) ক্ষীরং (শঙ্গোমদবু

---

অনুবাদ—

অশেংবা শঙ্গোম অদুদং থকই। অদুগুম্না মী অদুনা মখল-মখলগী বারী তারুরবস্থ অদুদগী কান্নরবা মচীগী শরুক ওইবা লুথ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী কথা অদুদং লৌখৎলি মখোয় অদুবু হংস শ্রোতা হায়না কৌই ॥১৩॥

তেনবাবু য়াম্না ফজনা মবোল তম্বিবগুম্না ওঝাবু অতোপ্পশিংবু চপ চানা তাহবা মুংঙায়হবা অদুগুম্না মখোয়না তেনবাগুম্না তাথ্রিবা মরম অদু মশাগী ফজবা লোম্না গুরুনা তারিবা অমস্থ মনাক্তা লৈরিবা পুম্মকপু অহানবা মুংঙায়হনবা মখোয় অদুবু "শুক শ্রোতা" হায়না কৌই ॥১৪॥

প্রমানদি—অসিনি—ঙানা ক্ষীর সমুদ্রদা লৈরবস্থ বা অমতা ঙাংদনা

যস্তুদন্ রসিকান্ শ্রোতৃনবিরৌত্যজ্ঞো বৃকোহিস।
বেণুস্বন রসা সক্তাঞ্চ বৃকোহরণ্যেমৃগান যথা ॥১৬॥
ভুরুণ্ডং শিক্ষয়েদ্যন্যান শ্রুতান স্বয় মাচরেৎ।
যথাহিমবতঃ শৃঙ্গে ভুরুণ্ডাখ্যোবিহঙ্গম : ॥১৭॥

অন্বয়—
থকই ) জাতু ( কম্বিগুম্বদা ) শ্রেতা (তারিবা মীনা অতোপ্পগী বা তাদনা) রসম. (রসতত্ব) আস্বাদয়ন্ (চুম্ন-চুপলহুনা) করোতি (তৌরি-তাম্বি) স্নিগ্ধ ( নিংথিজনা ) তাই । মানঃ ( ঙানা তৌবগুম্না ) শ্রোতা ( তাবা ভবেৎ ( ওইগনি ) অহুব "মীন শ্রোতা হায়না কৌই ॥১৫॥

অরন্যে ( ঊমংদা ) বেণুস্বন্ ( বাশীগী মুংশিবা ) রসান ( মথোন্দা ) আসক্তাঞ্চ ( পুক্লিং চংবা ) মৃগান ( শজিশিংবু ) বৃকঃ ( কৈনা ) খাদতি ( চাই ) যথা ( অহুগুম্না ) অজ্ঞ ( পংলবা ) শ্রোতা ( তারিবনা ) বিরৌতি ( পংকপ্ত-কপ্তনা ) শ্রোতৃণ ( তারিবশিংবু ) রসিকান ( রস চুপলিবশিংবু ) অদন ( চাথোকই, রস অহু চুপ্পা কায়হল্লি ) হি ( লেপ্পমক ) সঃ ( মানা ) বৃক ( কৈ ) ভবতি ( ওইরে ) ॥১৬॥

হিমবতঃ ( হিমালয় কোবা চীংগী ) শৃঙ্গে ( চীংদোন্দা ) বিহঙ্গমঃ

অনুবাদ—
মুম্না য়েংহুনা শঙ্গোমদং থকই, অহুগুম্না মী অহুনা শ্রীমৎ ভাগবত তারিঙৈদা করিগুম্বা মথোম্নচিংবা তারুদনা মিৎ কুপ্তনা মুম্না পুক্লিং চংনা লাইরিক তাম্বিবা অহুগা মচিন্দগী হায়দোকপা শ্রীমৎ ভাগবতগী লীলাগী রস অহুদং চুপ্তনা লৈবা অহুব "মীন শ্রোতা" হায়না কৌই ॥১৫॥

ঊমংদা বাশীগী মুংশিবা মথোল তাবদা মাপুক্লিং চংশ্রবা শজিশিংবু কৈনা চাবগুম্না অপংবা ভাগবত তাবনা কপ্তনাতা লৈবনা মুংশিরবা ভাগবতগী কথাদা পুক্লিং লুপশ্রবা ভক্তশিংবু অরাবাপি অহুবু "বৃক শ্রোতা" হায়না কৌনৈ ॥১৬॥

হিমালয়গী চীংদোন্দা লৈবা ভুরুণ্ড কোবা উচেক্না কনাগুম্বনা তম্বা

**সর্ব্বশ্রুতমুপাদত্তে সারা সারান্ধ ধীর্ষঃ।**
**স্বাদুদ্রাক্ষাং খলিংচাপিনির্ব্বিশেষং যথাবৃষঃ।।১৮।।**
**সউষ্ট্রো মধুরং মুঞ্চন্‌,বিপরীতে রমেত্তযঃ।**
**যথা নিম্বংচরতুষ্ট্রো হিত্বাম্রমপি তদ্‌যতম্‌।।১৯।।**

---

**অন্বয়—**

( **উচেক** ) ভৃরুণ্ডাখ্যঃ ( ভৃরুণ্ড কৌবা ) অন্যাংশিক্ষয়েৎ ( **অতোপ্পদা তাকপদগী** ) **শ্রুতান্‌** ( তারিবশিং অতুবু ) স্বয়ম নআচরেৎ ( **মশানদি খক তৌরোই** ) যথা ( অতুগুম্না ) সঃ (মা) ভৃরুণ্ড শ্রোতা" হায়না কৌই ।।১৭।।

**বৃষঃ** ( **যণ লাবনা** ) স্বাদু ( **অহাউব।** ) দ্রাক্ষাং ( **অঙ্গুরবু** ) **খলিং** ( **থাওথিবু** ) চাপি ( অখাবনচিংবসু ) নির্ব্বিশেষাং ( খোইদোক্তবা মহাও অসিনি হায়বা খংদনা ) যথা ( অতুগুম্না ) খাদতি ( চাই ) অন্ধী ( মমিং উদবা মিত্তাংবনা ) সার ( অফবা ) অসার (ফত্তবা) সর্ব্বং ( পুম্নমক ) **শ্রুতং** ( তাই ) উপাদত্তে ( লৌই ) ।।১৮

স **উষ্ট্রঃ** ( উং কৌবা শানা ) ... পি ( হৈনো মনাবুসু ) তং ( অতুবু ) চরতি ( চাই ) মধুরং ( অথুম্বা ) মুঞ্চন, ( থাদোকপা ) যুতম,

---

**অনুবাদ—**

অতুবু তারগা অতোপ্পদা অতুমক চপ চানা তম্বি অতুগা মশামক্তি তৌদে অতুগুম্না মী অতুনা পাউতাক পিবা তারগা অতোপ্পদা তম্বিবা অতুবু মশাদি করিগুম্বা অমতা খক তৌদে অতুবু ভূরুণ্ড "শ্রোতা" হয়না কৌই ।।১৭।।

যণ লাবগী মফমদা হাউববা অঙ্গুর অমনা থাওথিনচিংবা অখাবা পোং পুম্নমক্তা চপ মান্নে অতুগুম্না মমিং উদবা অপংবা মীনা অফ-ফত্ত, করি অমতা খন্দনা মীনা হায়বা মখৈ তাই অতুগা বিচারদি তৌদে মী অতুব, "বৃষ শ্রোতা" হায়না কৌই ।।১৮।।

উটনা তৌবগুম্না ইনৌ-নৌবা হৈনৌ মনাবু চাদনা অখাবা নিম মনাবু চাই অসিগুম্না মী অতুনা ফজরবা ভাগবতগী কথাবু তাদনা ওম তৈনবদা

**অন্যেপি বহবো ভেদাদ্বয়োর্ভৃঙ্গখরাদয়ঃ।**
**বিজ্ঞেয়াস্তত্তদাচারৈস্তত্তৎপ্রকৃতি সম্ভবৈঃ ॥২০॥**
**যঃ স্থিত্বাভিমুখং প্রণম্যবিধিবত্ত্যক্ত্বান্যবাদো হরে**
**লীলাঃ শ্রোতুমভীপ্সতেঽতিনিপুণো নম্রোঽথক্লৃপ্তাঞ্জলিঃ।**
**শিষ্যো বিশ্বসিতোঽনুচিন্তণপর**
**প্রশ্নেঽনুরক্ত শুচি নিত্যং কৃষ্ণজনপ্রিয়োনিগদিতং**
**শ্রোতাসবৈ বক্তৃভিঃ ॥২১॥**

---

অন্বয়—

( ওই ) যথা ( অদুগুম্না ) যঃ ( মী অদুনা ) বিপরীতে ( ওন্ন তৈনবদা ) রমেত ( নুংঙাইজে ) ॥১৯॥

অন্যেপি ( অতোপ্পদস্থ ) ভৃঙ্গখরাদয়ঃ ( খোইমু লোল্লানচিংবা ) বহবঃ ( অয়াম্বা ) ভেদা ( খেন্নবা ) তৎ আচারৈঃ ( মরমচৎশ্বাখন্নচিংবা ) সম্ভবৈঃ ( মরম ওইবনা ) তৎ ( অদু ) বিজ্ঞেয়া ( খংনগনি ) ॥২০॥

যঃ ( মীনা ) অভিমুখং ( মাংদা ) স্থিত্বা ( লৈরগা ) প্রণম্য ( খুরুমগা ) অন্যবাদ ( অতোপ্পগী বাবু ) ত্যক্ত্বা ( থাদোক্লগা ) বিধিবৎ ( হৌনবী কায়দনা ) হরেঃ ( হরিগী ) লীলাঃ ( লীলাশিং ) অতিনিপুণঃ ( য়াম্না হৈশিংনা ) অথ ( মথংদা ) নম্রঃ ( কোকনোম্না ) কৃতাঞ্জলিঃ ( খুংলোম্নদুনা )

---

অনুবাদ—

বারেমদা নুংঙায়না বারেম ঙাংদুনা মতম লেল্লি। মী অদুবু "উট শ্রোতা" হায়না কৌই ॥১৯॥

অসিদগী তোঙাম্বা "প্রবর" অমনা "অবর" মওং অনী তাবগী মনুংদা খোইমু অমস্ত লোল্লানচিংবা অয়াম্বা খেন্নবা লৈ। অদুদা মখোয়গী বাখল্দগী পোকপা লমচৎকি খুদমদগী খংনগনি ॥২০॥

মী অদুনা ভাগবত তৌরিবা অদুগী মাংদা চংশিল্লগা মাবু হৌনবী মতুং ইন্না খুরুমগা অতোপ্পা মতমগী ওইবা বাবু থাদোক্লগা শ্রীহরিগী লীলাগী

ভগবন্মতিরনপেক্ষঃ সুহৃদোদীনেষুসানুকম্পোযঃ।
বহুধাবোধনচতুরোবক্তা সম্মানিতো মুনিভিঃ ॥২২॥

---

অন্বয়—

শ্রোতুম্ (তানবগীদমক) অভীপ্সতে (পাম্না) বিশ্বসিতঃ (থাজনা) অনন্য-চিন্তনপর (মুম্নাখস্থুনা) অনুরক্ত (পুক্নিংচংনা) শুচিঃ (শেংনা) শিষ্যঃ (শিযানা) প্রশ্নে (রাহংদা) নিত্যং (লেংদনা) কৃষ্ণজনপ্রিয়ঃ (শ্রীকৃষ্ণব নুংশিবশিংনা) নিগদিতং (হায়খ্রবা) বৈ (লেপ্পমক) বক্তৃভিঃ (হায়-রিবশিংনা) স (মাবু) "শ্রোতা" (তাবা কৌই) ॥২১॥

ভগবৎমতিঃ (শ্রীকৃষ্ণদা মহাক্কি পুক্নিংনা লৈবা) অনপেক্ষ (অতোপ্পদা পুক্নিং চংদবা) সুহৃদঃ (পুকচেল ফজবা) দীনেষু (অতোপ্পশিংদা) যঃ (মানা) সানুকম্পঃ (মাগা মান্নবা) চতুর (হৈশিংবা) বক্তা (বক্তা অসি) বহুধা (মখল অয়াম্বা আসবু) বোধন (খংহন্বা বক্তাবু) মুনিভিঃ (মুনিশিংনা) সম্মানিতঃ (লুনা তৌনৈ) ॥২২॥

---

অনুবাদ—

বাতবু তাবদা যাম্না পুক্নিং চংনা লৌশিন্বা অমনা মহাক্কা তারিবা অহুদা হৈশিংনা লৈবা মকোক নোম্না খুৎ অনী লোম্নহুনা লৈরগা শিষ্যগী মওংগুম্না তাবদা পুক্নিং চংবা, ভগবানবু থাজবা অমনা তাখিবশিং অদু নীংশিংহুনা লৈবা। বাহং—হংবদা পামজবা, মতম পুম্নমক্তা শেংলবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইবা, শাস্ত্রবক্তা ওইরিবশিংনা মাবু অথোইবা "শ্রোতা" কৌই ॥২১॥

শ্রীকৃষ্ণতবু নীংবা, করিগুম্বা পোৎ অমতদা হন্না য়েংলুদবা মী পুম্নমক্তা ফননবা তৌবা, তোল্লববু নুংশিবীবা, বাখল কয়ানা মরু ওইবা মরমদা হৈশিংবা বক্তাবু মুনিশিংনা লৌনা নীংঙি ॥২২॥

**অথভারতভূস্থানে শ্রীভাগবত সেবনে।**
**বিধিং শৃনুতভোবিপ্রাযেন স্যাৎসুখসন্ততিঃ ॥২৩॥**
**রাজসং সাত্ত্বিকংচাপি তামসং নির্গুণং তথা।**
**চতুর্বিধং তুবিজ্ঞেয়ং শ্রীভাগবত সেবনম্ ॥২৪॥**
**সপ্তাহং য়জ্ঞবংযত্তু স শ্রমং সত্বরং মুদা।**
**সেবিতং রাজ সংতত্তু বহুপূজাদি শোভনং ॥২৫॥**

---

**অন্বয়—**

**অথ** ( মথংদা ) ভো ! বিপ্রা ! ( হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক ! ) ভারত ভূস্থাণে ( ভারত কৌবা মফম অসিদা ) শ্রীভাগবত ( শ্রীভগবানগী ওইবা থাবু ) সেবণে ( তাবদা ) বিধিং ( হৌনবী ) শৃণুত ( তারো ) যেন ( অদুনা ) সন্ততিঃ ( তত্তনা ) সুখংস্যাৎ ( নুংঙায়বা ওইগনি ॥২৩॥

শ্রীভাগবত সেবনং ( শ্রীভাগবত তাবা ) চতুর্বিধং ( মখল মরিনি ) সাত্ত্বিক রাজসংতাম সংতথা ( অমদি নির্গুণং মরি অসি ) ॥২৪।

সপ্তাহং ( নুমিৎ তরেৎনি ) যত্তু ( ভাগব•দা ) যজ্ঞবৎ ( যজ্ঞগুম্না ) বহুপূজাদি ( মখল-মখলগী পূজানচিংবা ) শোভণং ( নীংথিজনা ) সশ্রমং ( বানা ) মুদা ( হরাউনা ) সেবিতং ( তারিবা ) তৎ ( অদুবু ) রাজ সং ( রজগুণনি ) ॥২৫

---

অনুবাদ—

হে ব্রাহ্মণ পুম্নমক ! ভারত কৌবা মফম অসিদা শ্রীভাগবতগী কথাবু তাবগী হৌনবী অদু হায়জগে তারো, হৌনবী অসিবু তাবদা নুংঙায়বা ফংঙি ॥২৩।

শ্রীমদ্ভাগবত তাবা হায়বা অসি মখল মরি নি। অদুদি—সাত্ত্বিক, রাজসিক, তামসিক অমদি নির্গুণ মরি অসিনি ॥২৪॥

নুমিৎ তরেৎনি যজ্ঞগুম্না মখল-মখলগী পূজাগী পোৎলম ফজনা লাংলগা য়াম্না বানা হোৎনদুনা অমনা পুক্নিং চংনা নুঙায়না নুমিৎ তরেৎনি তাবদা লোইবা অদুগুম্বা ভাগবত তাবা অসি রাজসিক কৌই।॥২৫॥

মাসেন ঋতুনা বাপি শ্রবণং স্বাদ সংযুতম্।
সাত্ত্বিকং যদনায়াসং সমস্তানন্দ বর্ধনম্ ॥২৬॥
তামসং যত্তু বর্ষেণ সালসং শ্রদ্ধয়া যুতম্।
বিস্মৃতি স্মৃতি সংযক্তং সেবনং তচ্চ সৌখ্যদম ॥২৭।

---

অন্বয়—

মাসেন ঋতুনা বাপি (থা অমতংদবুস্থ) শ্রবণং (শ্রীভাগবত তাবা) স্বাদ সংযুতম, (রসগী মহাউ চুপ্পা-চুপ্পা) যৎ অনায়াসং (অদুবু ইরাই লাইনা) সমস্ত (পুম্নমক্তা) আনন্দবর্ধনম (নুংঙায় মরাং কায়বা) যৎ (অদুবু) সাত্তিকং (সাত্তিগুণ কৌই ॥২৬॥

সালস্য (অতম্বা) শ্রদ্ধরাযুতং (থাজবগা লোইননা) যত্তু (অদুদা) বর্ষেণ (চহি অমদা লোইবা) বিস্মৃতি স্মৃতি (নিংশিংবা অমদি কাউবা অনী অসিনা) সংযুক্তং তিন্নবা) সেবণং (তারিবা) তৎ (অদু) সৌখ্যদং (নুংঙায়না তাবা অদুবু) তামসং (তমগুণগী) ভাগবত তাবা কৌই ॥২৭॥

---

অনুবাদ—

থা অমতং চুপনা শ্রীমদ্ভাগবতগী কথাগী মশক ওইবা রসবু চুপ্পা-চুপ্পা ইরাই লাইনা তাজবা অদুনা মপুং ফাবনা নুংঙায়বা ওইবা অদুবু সাত্তিক গুণগী ভাগবত তাবা কৌই ॥২৬॥

মী অদুনা অতম্বা অমদি থাজবা রাখন্দা চহি অমদা লোইবা, অদুদা কাউবা, নীংশিংবা লৈবা অদুগুম্বা নুংঙায়বা পিবা ভাগবত তাববু "তম" গুনগী ভাগবত তাবা কৌই ॥২৭॥

বর্ষমাসদিনানান্ত বিমুচ্যনিয়মাগ্রহম।
সর্ব্বদা প্রেম ভক্ত্যেব সেবনংনির্গুণং মতম,॥২৮॥
পরীক্ষিতেহপি সংবাদে নির্গুণং তৎপ্রকীর্ত্তিতম,।
তত্রসপ্তদিনা খ্যানং তদায়ুর্দিন সংখ্যয়া ॥২৯॥
অন্যত্র ত্রিগুণং চাপিনির্গুণং চযথেচ্ছয়া।
যথা কথঞ্চিৎ কর্ত্তব্যং সেবনং ভগবতচ্ছ্রুতেঃ ॥৩০॥

---

অন্বয় --

বর্ষ-মাস-দিনানান্ত ( চহি-থা নুমিৎশিং অসিদা ) নিয়মং ( নিয়মবু ) আগ্রহম, ( লৌবা ) বিমুচ্য ( থাদোক্লগা ) সর্ব্বদা ( মতম পুম্নমক্তা ) প্রেম ভক্তি এব ( নুংশিনা ভক্তি তৌনা ) সেবণং ( ভাগবত তাবা ) মতম, ( অদুবু ) নির্গুণং ( নির্গুণ ওইনা ভাগবত তাবা কৌই ) ॥২৮॥

শ্রীশুকদেবঃ (শ্রীশুকদেবনা) পরীক্ষিতে-অপি (নিংথৌ পরীক্ষিত্তা) তত্র ( মফম অদুদা ) সপ্তদিনাখ্যানং (শিব ফাওবা নুমিৎ তরেৎনি মফম অদুদা ভাগবত তাখি) সংবাদে ( ৱারি শান্নখিবা অছু "নির্গুণ" শ্রোতা ওইখি) ॥২৯॥

অন্যত্র ( অতোপ্প মওং অমদা ) ভাগবৎ শ্রুতেঃ ( ভাগবত তাবগী )

অনুবাদ—

ভাগবতবু চহি-থা-নুমিৎ পুম্নমক্তা করিগুম্বা নিয়ম অমগী মখা পোন্দনা মতম পুম্নমক্তা প্রেম ভক্তিগা লোইননা তান্নিবা অদুবু "নির্গুণ" ওইবা ভাগবত তাবা কৌই ॥২৮॥

মহারাজ পরীক্ষিৎনা তাবা শ্রীশুকদেবনা ভাগবত তৌখিবা নির্গুণ শ্রোতানি খংগদোবান, মরমদি নিংথৌ পরীক্ষৎকি পুনশিগী মতম সুমিৎ তরেৎনিনি মরম অসিনা নুমিৎ তরেৎনি তাখিবনি ।২৯॥

শ্রীমদ্ভাগবত তাবদি সত্বগুণচিংবা গুণ অহুমসু ওইসনু অমনা নির্গুণসু

যে শ্রীকৃষ্ণবিহারৈক ভজনা স্বাদলোলুপাঃ।
মুক্তা বপি নিরাকাংখ্যাস্তেষাং ভাগবতং ধনম্ ।।৩১।।
যেহপি সংসার সন্তা পনির্ব্বিন্নামোক্ষিনঃ।
তেষাং ভবৌষধং চৈতৎ কলৌ সেব্যং প্রযত্নতঃ।৩২।।

---

অন্বয়—

ত্রিগুণংচ অপি) সত্ত্ব গুণনচিংবা অহন্দ্র ওইরবস্তু নত্রগা নির্গুণবু ওইরবস্থ) যথেচ্ছয়া (অপাম্বগী মতুং ইন্না) সেরনং (তাবা) যথা কথঞ্চিৎ (মতম অমদা) কর্ত্তব্যম, (ভাগবত তাগনি) ।।৩০।।

যে (মীওইবশিংনা) শ্রীকৃষ্ণ বিহারঃ (শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা) এক (অমতা ওই) ভজন আস্বাদ লোলুপ (কীর্ত্তন অমনা লীলা রস-আস্বাদন তৌবদা পামজবনা) মুক্তৌ অপি (অরান খুবন্নুস্থ) নিবাকাঙ্খ্যাঃ (পামদে) ,তেবাং (মখোয়গীদি) ভাগবতং (ভাগবততবু) ধনং (লন্নী) ।।৩১।।

কলৌ (কলি কৌবা যুগ অসিদা) সংসারস্থ (সংসারগী) তাপঃ (মৈনা চান্নবা) নির্ব্বিন্না (খংদবনা উমথ্রবা) মোক্ষ কাঙ্ক্ষিনঃ (অরান খুবম পাম্নিবশিংগী মফমদা) তেষাং (মখোয়গী) এতৎচ (ভাগবত অসিনস্থ)

---

অনুবাদ

ওইসন, অপান্ন মতুং ইন্না করিগুম্না মওংদা শ্রীমদ্ভাগবত তাগনি ।।৩০।।

মীওইব ভক্তশিংনা তশেংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম কীর্ত্তন তৌবা অমনা লীলাগী রসবু চুপ্পা-আস্বাদণ পাম্বনা অরান্ খুবন্নুস্থ মীহৌরুদে পাম্মুদে অতুস্বা মীওইশিংদি শ্রীমদ্ভাগবতনা মখোয়গী অমতা ওায়বা লন ওই ।।৩১।।

কলি কৌবা যুগ অসিদা সংসারগী মৈনা চান্নবা খংদবনা উমথ্রবা অমনা অরান খুবম-পাম্নবা মীগী মফমদস্তু শ্রীমদ্ভাগবতনা সংসারগী

যেচাপি বিষয়াঃ রামাঃ সংসারিক সুখস্পৃহাঃ।
তেষাংতু কর্ম্মমার্গেণযা সিদ্ধিঃ সাধুনা কলৌ ॥৩৩॥
সামর্থ্য-ধন বিজ্ঞানা ভাবাদত্যন্ত-দুর্ল্লভা।
তস্মাত্তৈরপি সংসেব্যা শ্রীভাগবতী কথা ॥৩৪॥

---

অন্বয়—
ভবৌষধং (সংসার কৌবা লাইনা অসিগী হিদাকী মশক ওই) প্রয়ত্নতঃ (য়াম্না লুনা ভাগবত অসি) সেব্যং (তাগদবনি) ॥৩২॥

বিষয়া রামাঃ (মচা-মরনগী রাখন্দা লুপপ্রবাশিংনা) সংসারিক (সংসারগী ওইবা) তেষাংতুঃ (কর্ম্মমার্গাদা লৈরবশিংগী) যেচাপি (মখোয় অহুনস্থ) যাসিদ্ধিঃ (সিদ্ধি অহু) সকর্ম্ম মার্গেণ (ভাগবত তারবদা) ॥৩৩॥

সামর্থ্য (মশান ঙস্বা) ধণ (লন) বিজ্ঞাণ (রাখল) অভাবাৎ (রাৎপদগী) অত্যন্ত (থোইদোক্না) দুর্ল্লভা (ফংবা রাই) তস্মাৎ

---

অনুবাদ—
লাইনানা নারবা অতুগী হিদাক্তি মশক ওই। মরম অসিদগী য়াম্না লুনা মী পুম্নমক্না শ্রীমদ্ভাগবতপু তাগদৌবনি ॥৩২॥

মচা মরনগী রাখন্দা লুপপ্ররাশিংনা, সংসারগী নংঙায়বা পামলবা কর্ম্ম তৌরির্বাশংনা, কর্ম্মগী লম্বীদা সিদ্ধি অহু ফংভি ভাগবত তারবদা অতুনা ভাগবত তারবদা। অতুনা ভাগবত তাগদৌবনি কলি অসিদা মখোয়না পাম্বাতুগী শ্রীমদ্ভাগবতনা ফংগনি ॥৩৩॥

কলি যুগ অসিদা মীওইবশিংনা হকচাংগী পাক্সা ঙম্বা লন, রাখল্লাচিংব। খম্বা রাৎপা মরম্না কর্ম্মগী লম্বীদা চংখিবনা অরান খুবম ফংবা অসি রাম্না

ধনং পুত্রাংস্তথাদারান, বাহনাদি যশোগৃহান, ।
অসাপত্ন্যঞ্চ রাজ্যঞ্চদদ্যাদ্ভাগবতী কথা ।৩৫ ।
ইহলোকে বরান, ভুক্ত্বা ভোগান,বৈ মনসেপ্সিতান,
শ্রীভাগবত সঙ্গেনয়াত্যন্তে শ্রীহরেঃ পদম্ ॥৩৬।

---

অন্বয়—

( অসিদগী ) তেঃ অপি (মখোয়সু) ভাগবতীকথা ( শ্রীমদ্ভাগবতগী কথাব, ) সংসেব্যাঃ ( চংখোন্না তাগনি ) । ৩৪॥

শ্রীমদ্ভাগবতী কথা ( শ্রীমদ্ভাগবতগী কথা তাবনা ) ধনং ( লন ) পুত্রাং ( ইচা ) তথা ( অমদি ) দারান, ( নুপী ) বাহনাদি ( শামু-শগোলনচিংবা ) যশঃ ( মিংচৎ ) গৃহান, ( য়ুম ) অসাপত্নাঞ্চ ( য়েক্ল তিংখং লৈতবসু ) রাজ্যঞ্চ ( লৈবাকসু ) দদ্যাৎ ( ভাগবতনা পিগনি ) । ৩৫॥

ইহলোকে মপোক অসিদা মী অহুনা ) শ্রীভাগবত সঙ্গেণ ( শ্রীভাগবতগা মরি লৈনকবনা—তাজকবনা ) মনসেপ্সিতান, ( পুক্লিংগী অপাম্বা ) বরান্ ( অখোইবা ) ভোগান্ ( পোৎ পুম্নমক ) বৈ ( লেপ্নমক ) ভুক্ত্বা ( চারগা ফংলগা ) অন্তে ( শিরগা ) শ্রীহরেঃ পদম্ ( শ্রীহরিগী পদবু )

---

অনুবাদ—

ফংওমদে মরম অসিনা পুম্নমক্তা অফবা পাম্বা মীনা পুম্নমক ফংনিংঙনা শ্রীমদ্ভাগবত তাগদৌবনি ।৩৪॥

শ্রীমদ্ভাগবত তাবনা লন, মচা, নুপী অমসু শগোল শামুনচিংবা শাদোং পুম্নমক মিংচৎ, ইংখোল, য়েক্লতিংখং লৈতবা লৈবাক্লচিংবা ভাগবতনা পিগনি ॥৩৫॥

মহৈ পাম্বা মীনাসু শ্রীমদ্ভাগবতবু তারবদি মহাক অহুনা মপোক অসিদা পুক্লিংগী অপাম্বা পোৎ অহু চাবা থকপা ফংলগা, শিরগনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিংগা লোইননা শ্রীহরিগী থামদা- মককদা ফংঙি ॥৩৬॥

যত্র ভাগবতী বার্ত্তাযেচ তচ্ছ্রবণেরতাঃ।
তেষাংসেবনং কুর্য্যাদ্দেহেনচধনেনচ ॥৩৭॥
তদনুগ্রহতোঽস্যাপি শ্রীভাগবত সেবনম্।
শ্রীকৃষ্ণব্যতিরিক্তং যত্তৎ সর্ব্বং ধনসংজ্ঞিতম্ ॥৩৮॥

---

অন্বয়—

শ্রীভাগবত সঙ্গেন ( শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংগা লোইননা ) পদম্ ( থাম্মু-মফম্ ) যাস্তি ( ফংঙি ) ।৩৬॥

যত্র ( মফম অদুদা ) ভাগবতী বার্ত্তা (ভাগবতগী কথাবু) তৎশ্রবণে ( অদুবু তাবদা ) রতাঃ ( পুক্নিং চংলিবশিংনা ) তেষাং ( মখোয়গী ) দেহেনচ ( হকচাংনসু ) ধনেনচ ( লন্নসু ওইরসনু ) যেচ ( মখোয়না ) সেবণং (তাবা) কুর্য্যাৎ ( তৌগদৌবনি হায়বদি তাগদৌবনি ।।৩৭।।

অস্য অপি ( শ্রীভাগবত তাবদা পুক্নিং চংলিবদুগীসু ) তৎ অনুগ্রহতঃ ( থৌজাল অদুদগী ) শ্রীভাগবত সেবণম্ ( শ্রীভাগবতপু সেবা তৌরিবা মীসু ) যৎফলং ( মহৈ অদু ফংমিন্নে ) শ্রীকৃষ্ণব্যতিরিক্তং ( শ্রীকৃষ্ণদ নত্তবা ) সর্ব্বং ( পুম্নমক ) ধণসংজ্ঞিতং (লন ঙাক্তা ওইরে) ।।৩৮।।

---

অনুবাদ—

মফম অদুদা শ্রীমদ্ভাগবত তারিবা মখোয়না ভাগবত তাবদা পুক্নিং চংলিবা মখোয়বু হাকচাংনা ওইরবসু লন্নবু ওইরবসু তারবশিংদু অমতা চিংথদনা সেবা তৌগদৌবনি হায়বদি তাগনি ।।৩৭।।

শ্রীভগবানগী কথা তাবদা পুক্নিং চংলিবা মী অদুবু সেবা তৌবগী মহৈ মাগী থৌজান্দগী সেবা ফংজরিবা মীসু শ্রীভাগবত তাবগী মহৈ অদু অনীমক্তা ফংমিন্নে। শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা পুম্নমক লন ঙাক্তা ওইরে ।।৩৮।।

**কৃষ্ণার্থীতি ধনার্থীতি শ্রোতাবক্তাদ্বিধামতম, ।**
**যথাবক্তা তথাশ্রোতাতত্রসৌখ্যং বিবর্ধতে ।।৩৯।।**
**উভয়োবৈপরীত্যেতুরসাভাসে ফলচ্যুতিঃ**
**কিন্তুকৃষ্ণার্থীণাং সিদ্ধির্বিলম্বেনাপিজায়তে ।।৪০।।**

---

অন্বয়—

শ্রীকৃষ্ণব্যতিরিক্তং ( শ্রীকৃষ্ণগা মরি লৈনদবা কনানা ) কৃষ্ণার্থীতি ( কৃষ্ণবু পাম্মি, কনাগুম্বনা ) ধনার্থীতি ( লণবু পাম্মি ) শ্রোতা ( তাবা ) বক্তা ( ভাগবত তৌবা ) তত্র ( অদুদা ) দ্বিধা ( মখল অনী থোক্লা লৈ ) তথাবক্তা ( অদুম্না ভাগবত তৌবা ) যথা ( অদুগুম্না ) শ্রোতা ( তাবা ) সৌখ্যাং বিবর্ধতে ( নুংঙায়বদি হেল্লি ) ।।৩৯।।

উভয়ো ( অনী শ্রোতা—বক্তা থোক্লে ) বৈপরীত্যেতু (ওন্নতৈনবাসিদা কনানা কৃষ্ণ পাম্মি কনানা লনবু পাম্মি ) রাসাভাসে ( রস চুপ্পদা ) ফলচ্যুতি ( মহৈ মাংবা ) কিন্তু ( অদুদা ) কৃষ্ণার্থীনাং ( কৃষ্ণ পাম্বা শ্রোতা অমসু

---

অনুবাদ—

শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীকৃষ্ণগা মরি লৈনদবা অদু খরদং হায়গে তারো। কনানা কৃষ্ণবু পাম্মি কনানা লনবু পাম্মি, মওং অসিদা ভাগবত তাবা ভাগবত তৌবা মখল অনী থোকই তারিবা অদুসু কৃষ্ণবু পাম্বনি, ভাগবত তৌরিবা অদুসু কৃষ্ণবু পাম্বনি, অমনা ভাগবত তারিবা অদুনা লণবু পাম্বা অনীমক নুংঙায়বা হেল্লি ।।৩৯।

বক্তা অমসু শ্রোতা মখল অনী থোকই। অমনা কৃষ্ণ পাম্মি অমনা লণ পাম্মি ভাগবতগী ওন্নতৈনবা অমা ওইবে, ভাগবত তাবগী রস চুপ্পদা তাউদুনা লৈবা য়াদ্রে অকায়বা অমা তারেদি হায়রবু অদুদা মী অদুনা কৃষ্ণবু পাম্বা অদুনা তাবসু ওইসনু লণবু পামদুনা

ধনর্থিনস্তু সংসিদ্ধির্বিধি সমপূর্ণতা বশাৎ।
কৃষ্ণার্থি নোহগুণ স্যাপি প্রেমৈব বিধিরুত্তমম্ ॥৪১॥
আ সমাপ্তি স কামেন কর্ত্তব্যো হি বিধিঃ স্বয়ম্।
স্নাতোনিত্য ক্রিয়াং কৃত্বা প্রাশ্য পানোদকং হরেঃ ॥৪২॥

---

অন্বয়—

বক্তাস্য ওইসনু) সিদ্ধি (সিদ্ধিতু) বিলম্বেণ (অপেম্বদি) নজায়তে (ওইদ্রে) ॥৪০।

বিধি (হৌনবী মতুং ইন্না) সমপূর্ণ তাবশাৎ (থবক অদু পাংথোকপদগী) ধনর্থিনস্ত (লন পাম্বনস্য) শ্রোতা ওইবা অনীমক নীংবা থুংভি নির্গুণ স্যাপি (নির্গুণ ওইনা তাবা (শোম্বনা) কৃষ্ণর্থিনঃ (কৃষ্ণতব্ পাম্বা অতুনা) প্রেম এব (প্রেম অদুতং ওই) বিধি (বিধি অসিনা) উত্তমম (অথোইবনি) ॥৪১॥

স্বয়ম, (মশানা) সকামেন (অপাম্বা ওইবনা) আ সমাপ্তি (আঃ লোইবা ফাউবা) বিধঃ (হৌনবী অদু) হিকর্ত্তব্যঃ (লেপ্পমক তৌগনি)

---

অনুবাদ—

তাবস্য ওইসনু তাবদবু তারবদি অপাম্বা অদু শোয়দনা ফংগনি ॥৪০॥

হৌনবী মতুং ইন্না থবক অদু মপুং ফাবদগী ধন পাম্বা বক্তা অমস্য শ্রোতা অনীমক নীংবা থুংভি। কৃষ্ণব্ পামজবা বক্তা অমস্য শ্রোতা অনীনা হৌনবী থবক অদু লোইপ্রবস্য মহৈদি অদুমক ফংভি। চিংননীংঙায় লৈতে, করিনা হায়বব্ নির্গুণ শ্রোতাদি প্রেমনি অদুনা উত্তমনি অথোইবনি ॥৪১।

মহৈ পাম্বা মীনা মশামক্না লোইবা কাউবদা বিধি পুন্নমক ঙাকনি,

পুস্তকঞ্চ গুরুঞ্চৈব পূজয়িত্বোপ চারতঃ।
ক্রুয়াদ্বা শৃণুয়াদ্বাপি শ্রীমদ্ভাগবতং মুদা ।।৪৩।।
পয়সাবা হবিষ্যেণ মৌনং ভোজনমাচরেৎ।
ব্রহ্মচর্য্য মধঃ সুপ্তিং ক্রোধ লোভাদিবর্জ্জনম্ ।।৪৪।।

---

অন্বয়—

স্নাতো (ইরুজরগা) নিত্যক্রিয়াং (নুমিৎ খুদিংগী মথৌ) কৃত্বা (তৌরগা) হরেঃ (শ্রীহরিগী) পানোদকং প্রাশ্য (চরনামৃতবু থকনি)। ৪২।।

উপচারতঃ (পোৎলম, খিবিক্কা লোইননা) গুরুঞ্চএব (গুরুবুসু) পুস্তকংচ (শ্রীমদ্ভাগবতং কৌবা লাইরিকপুসু) পূজয়িত্বা (পুজা তৌরগা ব্রুয়াদ্বা (বক্তাসু ওইসনু) শৃণুয়াদ্বা (শ্রোতাসু ওইরসনু) মুদা (নুংঙায়না) শ্রবণ অমসু কীর্ত্তন তৌগনি ।।৪৩।।

মৌনং (বা ঙাংদবা) পয়সা (শঙ্গোম্মা) বা (নত্রগা) হবিষ্যেন (ঘীগা শঙ্গোমগনা থোংবা চাক্লা) ভোজনং (চাবা) সুপ্তিং (তুম্বা) ক্রোধ (অশাওবা) লোভাদি (লৌনিংবানচিংববু) বর্জ্জনং (থাদোকনি ।।৪৪।।

---

অনুবাদ—

নুমিৎ খুদিংগী তৌগদ্রোবা মথৌ তৌবা লোইরগা শ্রীহরিগী চরনা মৃতবু থকনি ।।৪২।।

মথল-মথলগী পোৎলমগা লোইননা শ্রীগুরু দেব অমসু শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা লাইরিক অনীবু পূজা তৌরগা বক্তাসু ওইসনু শ্রোতাসু ওইসনু য়াম্না নুংঙায়না শ্রীমদ্ভাগবতবু শ্রবণ কীর্ত্তন তৌগনি। ৪৩।।

বা ঙাংদনা মৌনব্রত তৌদুনা শঙ্গোম অমদি ঘীগা শঙ্গোমগনা থোংবা চাক চাগনি, লৈবাক্তা হিপকনি, ব্রহ্মচারি হায়বদি নুপীগা মরি লৈনদবা ওইগনি, অশাউবা, লৌনিং চানীংবানচিংবা থাদোকনি ।।৪৪।।

কথান্তে কীর্ত্তনং নিত্যং সমাপ্তৌ জাগরংচ রেৎ।
ব্রাহ্মণান্ ভোজয়িত্বাতু দক্ষিণাভিঃ প্রোযয়েৎ ॥৪৫॥
গুরবে বস্ত্রভূষাদিদত্বা গাঞ্চ সমর্পয়েৎ।
এবংকৃতে বিধানেতু লভতে বাঞ্ছিতং ফলম্ ॥৪৬॥
দারাগার সুতান্ রাজ্যং ধনাদিচ যদীপ্সিতম্।
পরন্তু শোভতে নাত্র সকামত্বং বিড়ম্বনম্ ॥৪৭॥

অন্বয় —

কথান্তে (শ্রীমাদ্ভগবত তাবা লোইরবদা) নিত্যং (লেপ্পমক) কীর্ত্তনং (নাম শোম্বা) সমাপ্তৌ (লোইবদা) জাগরং চরেৎ (অহিং অতু তুমদবা ওইগনি) ব্রহ্মনান্ (ব্রহ্মনশিংদা) ভোজয়িত্বা (পিজ পিথক তৌরগা) দক্ষিনাভিঃ (দক্ষিনা তৌতুনা) প্রতোষযেৎ (পেলহল্লগনি) ॥৪৫॥

গুরবে (শ্রীগুরুদা) বস্ত্র ভূযাদি (ফি-লৈতেংনচিংবা) গাঞ্চ (যণবীসু) দত্বা (পিতুনা) সমর্পয়েৎ (কৎকনি) বিধানেতু এবং (অসিগুম্না) হৌনবী মতুং ইন্না) কৃতে (তৌরবদা) বাঞ্ছিতং ফলং (অপাম্বা মহৈ অতুবু) লভতে (ফংঙি) ॥৪৬॥

দাবা (মাগী মুপী) আগার (যুম) সুতান্ (মচা পুম্নমক) রাজ্যং

অনুবাদ—

শ্রীমদ্ভাগবত তাবা লোইবা খুদিংগী নাম শোনগনি অমনা অরোইবা ন.মিত্তা অহিং মিংশেল থাংগনি অহিং তুম্লোই, ব্রহ্মচারি ওইগনি ব্রাহ্মণশিংদা পিজ পিথক তৌগনি দক্ষিনা তৌতুনা পেলহল্লগনি ॥৪৫॥

শ্রীগুরুদেবদা ফি, লৈতেংনচিংবা যনবী দান তৌরগা পূজা তৌগনি, মওং অসিগী মতুং ইন্না শ্রীমদ্ভাগবতকী পূজা তৌরগা অরবদি নীংবা পুম্নমক মহৈ ফংগনি ॥৪৬॥

সকাম ওইবা মীনা মাগী ন.পী, যুম, মচা লৈবাক, সন পুম্নচিংবা

**কৃষ্ণপ্রাপ্তিকরং শশ্বৎ প্রেমাণন্দ ফলপ্রদম্।**
**শ্রীমদ্ভাগবতং শাস্ত্রং কলৌকীরেণ ভাষিতম্‌ ॥৪৮॥**
**ইতি স্কন্দে শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যেম চতুর্থোঽধ্যায় । ৪॥**

---

**অন্বয়—**

(লৈবাক) ধনাদিভ (লম্নচিংবত্থু) যদি ঈপ্সিতম্‌, ( পাম্নবদি ) পরন্তু (থোই-দোকপদা) সকামত্বং ( সকাম ওইবা ) বিড়ম্বনম্‌. (লৌরিবত্থু) অত্র (অত্থুদা) নশোভতে (ফজদে) ॥৪৭॥

প্রেমানন্দ ফলপ্রদম্ ( প্রেমাণন্দগী মহৈ পিবা ) শ্রীকৃষ্ণপ্রাপ্তিকরং ( শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা ) শ্রীমদ্ভাগবতং শাস্ত্রং ( শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা শাস্ত্র অসিবু) কলৌ (কলি কৌবা যুগ অসিদা) শশ্বৎ (তশেংবত্থু) কীরেণ (শ্রীশুকদেবনা) ভাষিতম ( হায়খি ) ॥৪৮॥

---

**অনুবাদ—**

পামলবদি পুম্নমক অত্থু ফংভি, অত্থুদা সকাম ওইবা মীগী রাথল অত্থু শ্রীভাগবত তাবদা খল্লিবা পামল্লিবা অত্থু ফজদে ॥৪৭॥

"নিগম" কৌবা বেদগী শিদ্দ ঊ পাম্বী ওইবা, ওম্নথৈ লৈতনা লুংঙায়-হুম্বা, রস-মহাউনা ফজনা থল্লবা-মুল্লবা মহৈ পাল্লবা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণ অসি কলি কৌবা যুগ অসিদা শ্রীশুকদেব কৌবা মুণিনা পরীক্ষিৎ নিংথৌদা হায়খি । শ্রীশুকদেবগী মুখদগী অমৃতনা মহি চেন্থরবা কলি যুগ অসিদা পৃথিবী অসিদা শন্দোকখি, অসি অশেংবদি শ্রীকৃষ্ণনা ফংহল্লবনি, লেংদবা প্রেমাণন্দগী মহৈ পিরি ॥৪৮॥

মতাং অসিদা স্কন্দপুরানদা শ্রীমদ্ভাগবতগী মতীক মগুণ হায়বদা মরি শুবা তাংকক লোইরে ॥৪॥

# মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যম

## অথ পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ।

শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ ফলস্য পরাং মুখানাং দুর্গতৈশ্চবর্ণনম।

শ্রীভগবান উবাচ।

শ্রীমদ্ভাগবতং নাম পুরাণং লোকবিশ্রুতম্।
শৃণুয়াচ্ছ্রদ্ধয়া যুক্তো মমসন্তোষ কারণম্ ॥১॥

---

মথংদা মতাগুবা তাংকক হায়রগে তারো।

শ্রীমদ্ভাগবত তাবনা মহৈ ফংবগী পুক্লিং চংদবশিংগী খুদোংথিবস্তু হায়রি।

---

অন্বয়—

শ্রীভগবান উবাচ—(শ্রীভগবাননা হায়খি) হে ব্রহ্মণ। (হে ব্রহ্মা!) লোকবিশ্রুতম্ (মী পুম্নমক্না তাম্লে) শ্রীমদ্ভাগবতং নাম পুরাণম্ (শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণবু) শ্রদ্ধয়া (থাজনা) যুক্তঃ (লৈহুনা) শৃণুয়াৎ (তাগদৌবনি) মম (ঐগী) সন্তোষ কারর্ণম্ (পেম্নবনি) ॥১॥

---

অনুবাদ—

শ্রীভগবাননা হায়খি—হে ব্রহ্মণ। মী পুম্নমক্না খংনপ্পবা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণবু মুমিং খুদিংগী য়াম্না থাজবগা লোইননা তাগদৌবনি। অসিগুম্না নংমিং খুদিংগী তারিবা অহুদা ঐগী অপেম্বা ওইরিবনি অসিমা খঙ্ঙু॥১॥

নিত্যং ভাগবতং যস্তু পুরাণং পঠতেনরঃ।
প্রত্যক্ষর ভবে তস্ত কপিলাদানজং ফলম্ ॥২॥
শ্লোকার্ধং শ্লোকপাদম্বা নিত্যং ভাগবতোদ্ভবম্।
পঠতে শৃণুয়াৎযস্তু গোসহস্র ফলংলভেৎ।৩॥
যঃ পঠেৎপ্রয়তোনিত্যং শ্লোকং ভাগবতং সূত।
অষ্টাদশ পুরাণান ফলমাপ্নোতিমানবঃ॥৪॥

---

অন্বয়—

নরঃ (মী অতুনা) নিত্যং (নুমিৎ খুদিংগী ওইনা) ভাগবতং পুরাণং (ভাগবত পুরাণবু) পঠতে (পাবরা) যস্তু (মী অতুনা) প্রত্যক্ষরং (ময়েক খুদম দা) কপিলা (যণ যাংমাম্বী) দানজং (কৎপগী ওইবা) ফলম (মহৈবু) তস্য (মহাক্ক) ভবেৎ (ওইগনি—ফংগনি)॥২॥

যস্তু (মী অতুনা) নিত্যং (নুমিৎ খুদিংগী ভাগবতোদ্ভবম (ভাগবতদা লৈরিবা) শ্লোকার্ধং (শ্লোক তখায় অমতং) শ্লোক পাদম্বা (শ্লোক্কি মশুং অমতা ওইরবসু) পঠতে (পারবা-পাঠ তৌবদা) স (মানা) গোসহস্রফলং (ষণী লিশিং অমা কৎপগী মহৈ) লভেৎ (ফংগনি)॥৩॥

সূত। (হে সূত।) য (মী অতুনা) নিত্যং (নুমিৎ খুদিংগী) প্রযতো (পুক্কিং চংনা তোংনতুনা) ভাগবতং শ্লোকং (ভাগবতগী শ্লোকপু)

---

অনুবাদ—

মী অতুনা নুমিৎ খুদিংগী শ্রীমদ্ভাগবতবু পাঠ তৌরবা পারিবা ময়েক তামমমদা যণ যোংমাম্বী লাচু দান তৌবগী মহৈ অতু মহাক্কা ফংগনি ॥২॥

মী অতুনা নুমিৎ খুদিংগী ওইনা মদ্ভাগবতগী শ্লোক তংখায় অমতং নত্রগা শ্লোক্কি মশুং অমতং পাঠ তৌবা অমদি তাবদা মান, ষণী লিশিং অমা কৎপগী মহৈ ফংগনি।৩।

হে সূত। মী অতুনা নুমিৎ খুদিংগী ওইনা পুক্কিং চংনা শ্রীমদ্ভাগবতবু

নিত্যংমম কথা যত্র তত্রাতিষ্ঠন্তি বৈষ্ণবাঃ।
কলিবাহ্যানরাস্তে বৈয়েঽর্চ্চয়ন্তি সদামম। ৫।
বৈষ্ণবানাংতু শাস্ত্রানি যেঽর্চ্চয়ন্তিগৃহেনরাঃ।
সর্ব্বপাপবিনির্ম্মুক্তা ভবন্তিসুরবন্দিতাঃ। ৬।

---

অন্বয়—

পাঠেং (পাগনি) নরঃ (মীওইবনা) অষ্টাদশ পুরানানাং (পুরাণ তরা-নিপালগী) ফলং (মহৈবু) প্রাপ্নোতি (ফংই) ৪।

যত্র (মফম অদুদা) বৈষ্ণবাঃ (বৈষ্ণব শিংনা) নিত্যং (নুমিৎ খুদিংগী মম কথা (ঐগী কথাবু তাবিবা) তত্র (মফম অদুদা) নরাঃ (মীওইব-শিংনা) শ্রীমদ্ভাগবতবু) অর্চ্চয়ন্তি (পূজা তৌরিবা মম (ঐগী) বৈ (লেপ্পমক) সদা (মতম পমমকতা কলিনা) বাহ্য (মপান্দা লৈথ্রে) ।৫।।

নরাঃ (মীওইবাশিংনা) বৈষ্ণবনাং বৈষ্ণব শিংগী) শাস্ত্রানি (লাইবিক শিংবু হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবতবু গৃহে মনদা) যে (মখোয়না) অর্চ্চযন্তি (পূজা তৌরবদা) সর্ব্ব পাপাবিনির্মুক্তা (পাপ পুম্নমক কোকই) সুরবন্দিতাঃ (লাই পুম্নমক্না খুবম্নবা) ভবন্তি (ওইগনি) ৬

---

অনুবাদ—

পারিবা মী অদুনা ভাগবতগী শ্লোক অদুমক্না পুরাণ তরানিপাল পাবগী মহৈ ফংই ।।৪

ঐগী শ্রীমদ্ভাগবতবু তাবিবা মফম অদুদা প্রেহলাদনচিংবা বৈষ্ণব-শিংনা লৈ। মখোয়না ঐগী মশক ওইবিবা ভাগবতবু পূজা তৌরিবা মফম অদুদা কলিগী মপাঙ্গল লৈত্রে পাপা চংখি ।।৫।।

মীওইবশিংনা বৈষ্ণবশিংগী লাইবিক ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতবু মাগী য়ুমদা পূজা তৌদুনা লৈবিবা মাগী পাপ পুম্নমক কোকখ্রে লাই পুম্নমক্না খুরুমনিংঙাই ওইখ্রে ।।৬

যেঽর্চ্চয়ন্তি গৃহে নিত্যং শাস্ত্রং ভাগবতং কলৌ ।
আস্ফোটয়ন্তি নৃত্যন্তি তেষাং প্রীতোভবাম্যহম ।।৭॥
যাবদ্দিনানি হে পুত্র ! শাস্ত্রং ভাগবতং গৃহে ।
তাবৎপিবান্তি পিতরঃ ক্ষীরং সর্পি মধূদকম্ ॥৮॥

অন্বয়—

কলৌ ( কলি কৌবা য আসদা ) যে ( মীওইবশিংনা ) গৃহে ( মাগী যুমদা ) নিত্যং ( নুমিৎ খুদিংগী ওইনা ) শ্রীভাগবতং শাস্ত্রং ( শ্রীভাগবত পুরাণ [illegible] ) অর্চ্চয়ন্তি ( পূজা তৌরিবা ) নৃত্যন্তি (জগোই শাবিব ) তেষাং [illegible] প্রীত ( অপেন্না ) অহম (ঐনা) ভবামি ( ওই ) ।৭

হে পুত্র ! ( ইবুংঙো ! মানবগী ) গৃহে ( মীওইবশিংগী য়ুমদা ) যাবদ দিনানি ( [illegible] ) শ্রীভাগবতং শাস্ত্রং ( পুরানবু ) তিষ্ঠন্তি ( [illegible] ) তাবৎ [illegible] পিতরঃ ( ইপা ইপুশিংনা ) ক্ষীরং ( শঙ্গোম ) সর্পি (ঘী) মধু (খোয়াহি) উদকম ( ঈশিংবু ) পিবন্তি ( থকই ) ।

অনুবাদ—

কলি কৌবা যুগ আসদা মীওইবাশিংনা মাগী মাগী যুমদা নুমিৎ খুদিংগী শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণ অসিবু পূজা তৌবিবা মী অমুনা কলিবু অকিবা [illegible] জগোই শাই মখোয়গী মফমদা যাম্না অপেন্না ওই ।।৭।

ইবুংঙো ! মীওইবশিংগী য়ুমদা [illegible] পুম্নমক্তা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণ অসিবু লৈবা মতম [illegible] ইপ ইপুশিংনা শঙ্গোম, ঘী, খোয়াহ, ঈশিং থকই ।৮

যেচ্ছন্তি বৈষ্ণবে ভক্ত্যা শাস্ত্রং ভাগবতং হিযে।
কল্প কোটি সহস্রানি মম লোক বসন্তিতে। ৯।।
যেহর্চ্চয়ন্তি সদা গেহে শাস্ত্রং ভাগবতং নরাং।
প্রীনিতা স্তৈশ্চ বিবুধা যাবদা ভূত সংপ্লবম্ ।।১০।।
শ্লোকার্ধং শ্লোক পাদম্বাবরং ভাগবতং গৃহে।
শতশোহথ সহস্রৈশ্চকি মন্যোঃশাস্ত্র সংগ্রহৈঃ ।।১১।।

---

অন্বয়—

যে ( মীওইবশিংনা ) ভক্ত্যা ( ভক্তিগা লোইননা ) বৈষ্ণবে ( বৈষ্ণবদা ) ভাগবতং শাস্ত্রং ( শ্রীভাগবত কৌবা পুরাণ অসিব দান তৌরবদি ) ইং লেপনমক ) তে ( মখোয়না ) কল্প কোটি সহস্রান ( কল্প কোটি লিশিং অমা ) মম ( ঐগী ) লোক ( মফমদা ) বসন্তি ( লৈ ) ।।৯।।

যে ( মীওইবশিংগী ) গেহে ( যুমদা ) সদা ( মতম পুম্নমক্তা ) ভাগবতং শাস্ত্রং ( শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা শাস্ত্র অসিবু ) অর্চ্চয়ন্তি ( পূজা তৌরিবা ) তৈঃ ( মখোয়না ) যাবৎ ( মতম অদু ফাউবা ) আভূতসংপ্লবম্ ( নুংঙায়বগী ইপোমদা তাউজুনা ) বিবুধা ( লাইশিংবু ) প্রীনতাং ( পেলহল্লি ) ।১০।

শ্লোকার্ধং ( শ্লোক্কি তংখায় অমা ) শ্লোক পাদম্বা ( শ্লোক্কি মরি খোকপগী শরুক অমা ) গৃহে ( যুমদা ) ভাগবতং ( ভাগবত লৈবনা ) ববং

---

অনুবাদ—

মীওইবশিংনা ভক্তিগা লোইননা বৈষ্ণব ওইবা মীদা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা পুরাণ অসিবু কৎলবদি মখোয়না কল্প কোটি লিশিং অমা ঐগী লৈফম ওইবা বৈকুণ্ঠদা লৈ। ৯।

মীওইবশিংনা মাগী যুমদা মতম পুম্নমক্তা শ্রীমদ্ভাগবত পূজা তৌরিবা মখোয়না কল্প অমগী মতম ফাউবা লাইশিংবু পেলহল্লি ।।১০।।

কনা কনাগুম্বনা শ্লোক্কি তংখায় অমা শ্লোক্কি পাদ অমা থম্বনা কান্নবা

ণযস্যাতিষ্ঠতে শাস্ত্রং গৃহে ভাগবতং কলৌ।
ন তস্য পুনরাবৃত্তির্যাম্য পাশাৎ কদাচন ॥১২॥
কথং স বৈষ্ণবো জ্ঞেয়ঃ শাস্ত্রং ভাগবতং কলৌ।
গৃহে নতিষ্ঠতে যস্য শ্বপচাদাধিকো হি সঃ ।১৩॥

---

অন্বয়—

( কৈ ) অথ ( মথংদা ) শতশঃ ( শাস্ত্র লিশিং চাম। পুল্লপ পারুবনা কং ( অতুনা কারগ্ন কান্নবা ওইদে ) ॥১১॥

কলৌ ( কলি কৌবা যুগদা ) যস্য (মহাক্ক) গৃহে (য়ুমদা) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবত শাস্ত্রবু নতিষ্টতে (লৈত্রবা) তস্য (মহাক্কা যাম্য পাশাৎ (যমগী মগ্নমদগী হায়বদি নরকতগী) ণপুনবাবৃত্তি (অমুক নাম্থোকপা ঙমদ্রে) ॥১২॥

যস্য গৃহে ( মাগী মযমদা ) শ্রীমদ্ভাগবত শ্রীমদ্ভাগবতবু ) নতিষ্টতে ( লৈত্রবা ) স ( মহাকপু ) বৈষ্ণবঃ ( বৈষ্ণবনি ) কথম ( করম্না ) জ্ঞেয়ঃ (খংনগনি) সঃ ( মহাক্নি ) শ্বপচাদধি কোহি ( চণ্ডান্দগী হেন্না তোল্লবনি) ॥১৩॥

---

অনুবাদ --

ওই অহাক্প্রা লাইবিক এযাম শৈতুনা লিশিং চামা থম্মুবনা কান্নবা ওইদে ॥১১।

কলি কৌবা যুগ অসিদা মাগী য়ুমদা শ্রীমদ্ভাগবতবু লৈত্রবদি মহাক্কা যমগী অপুম্বদগী লাম্থোকপা ঙমদ্রে ॥১২॥

কলি যুগদা মাগী মথুমদা শ্রীমদ্ভাগবত শাস্ত্রবু লৈত্রবা মাবু বৈষ্ণবনি হায়না করম্না খংনগনি, মহাকতি চণ্ডান্দগী হেন্না তোল্লবনি ॥১৩॥

**সর্ব্বস্বেনাপি লোকেশ কর্ত্তব্যঃ শাস্ত্রং সংগ্রহঃ।**
**বৈষ্ণবস্তুসদা ভক্ত্যা তুষ্ট্যর্থং মম পুত্রক ॥১৪।**
**যত্র যত্র ভবেৎ পুণ্যং শাস্ত্রং ভাগবতং কলৌ।**
**তত্র-তত্র সদৈবাহং ভবামি ত্রিদশৈঃ সহ ॥১৫॥**
**তত্র সর্ব্বাণি তীর্থানি নদী নদ সরাংসি চ।**
**যজ্ঞাঃ সপ্ত পুরী নিত্যং পুণ্যাঃ সর্ব্বে শিলোচ্চয়াঃ ॥১৬।**

---

অন্বয —

হে লোকেশ ! ( [illegible] ) [illegible] বৈষ্ণবস্তু ( বৈষ্ণবশিংদা ) তুষ্ট্যর্থং ( পেন্নবগীদমক ) সর্ব্বস্ব পুন্নমব [illegible]বা ) সদা ( মতম পুন্নমক্তা ) ভক্ত্যা ( ভক্তিনা ) ভাগবতং ( ভাগবতবু শাস্ত্র সংগহঃ ( শাস্ত্রবু খোমজিন্বা ) কর্ত্তব্যঃ [illegible]বা [illegible] ।১৪

কলৌ ( কলিগী মতমদা ) যত্র-যত্র ( মফম-মফম অতুদা ) পুণ্যং ( অশেংবা ) ভাগবতং শাস্ত্রং [illegible] স্ত্রবু পাঠ তৌবা ) তত্র-তত্র ( মফম-মফম অতুদা ) ত্রিদশৈঃ সহ ( [illegible]শিং [illegible] লোইননা ) সদৈব (মতম পুন্নমক্তা) অহম ( ঐনা ) ভবামি ( লৈ ) ।১৫

হে পুত্রক ! তত্র (অদদা [illegible] ) [illegible] তুদা (শেংলবা) নদন্দী-সরাংসিচ

---

অনবাদ —

হে লোকেশ ! ( ইচানিপ ইবুংঙো ) ঐগা বৈষ্ণবশিংদা পেন্নবগীদমক পুন্নমক পিবা মতম পুন্নমক্তা ভক্তিনা মরম ওইতুনা ভাগবতবু শাস্ত্রবু খোমজিন্বা তৌবা তৌনি ১৪॥

কলিগী মতমদা মফম মফম অতুদা অশেংবা শ্রীভাগবত শাস্ত্রবু পাঠ তৌবা, মফম-মফম অতুদা লাইস্বিকশিং লোইননা মতম পুন্নমকতা ঐনা লৈ ॥১৫॥

ইপাগী ইবুংঙো অসিদা নক্তে মফম অতুদ শেংবা তুরেন মচা, তুরেন

শ্রোতব্যং মম শাস্ত্রং হিষশো ধর্ম্ম জয়ার্থিনা।
পাপ ক্ষয়ার্থং লোকেশ মোক্ষার্থং ধর্ম্মবুদ্ধিনা ॥১৭॥
শ্রীমদ্ভাগবতঃ পুণ্যমায়ুরারোগ্য পুষ্টিদম্।
পঠনাচ্ছ্রবণাদ্বাপ সর্ব্ব পাপৈঃ প্রমুচ্যতে ।১৮।

---

অন্বয়—

( হুবেন মং-হুবন অচৌব-পুকথীন চবং ) তী নি তীর্থন চংবা যজ্ঞঃ ( যজ্ঞ পুম্নমক্কা ) সপ্ত পুরী, অযোধ্যা, মথুরা, মযা, কাশী, কাঞ্চী, অবন্তিকা, পুরী, দ্বারবতী পুণ্যাঃ (শেংলব ) সর্ব্বশাস্ত্রচযাঃ (অযাম্বা চীংনচিংবা পুম্নমক অসিনা ভান্দুনা লৈরে ॥১৬॥

লোকেশ ! ( লোক পু ঙী পু ! ) মং ঐগী হি ( লেপ্নমক ) শাস্ত্রং ( ভাগবতবু ) শ্রোতব্যং ( তাদবা যশ। মংচৎ ধর্ম্ম ( ধর্ম্ম ) অমদি পাপক্ষযার্থং ( পাপপু কোক্নবগীদমক) মোক্ষার্থং অবান থুবন ফংনবগীদমক) ধর্ম্মবুদ্ধিনা ( ধর্ম্মগী বাখল লৌনা ) শ্রোতব্য ( তাগদোবনা ) ১৭।

শ্রীমদ্ভাগবতঃ ( শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ্না ) পুণ্যং ( অশেংবা ) আয়ুঃ ( পুন্সি শাংবা ) আরোগ্যং ( নাদবা ) ( পুষ্টিষ্টদম ( নাইপেনবা ম )

---

অনুবাদ—

অচৌবা পুকথী মযামস্থ তীর্থনচিং যজ্ঞ পুং ব পু লেবে, অযোধ্যা, মথুরা, মাযা, কাশী, কাঞ্চী, অবন্তিপুরী, দ্বারবতী, শংলবা অযামা চীং অবাংবা পুম্নমক অসিনা ভান্দুন লৈরে ॥১৬।

হে লোক পুবগী মপু ! লেপ্নমক ঐগী ভাগবতবু মিংচৎ, ধর্ম্ম, অফব পাম্বনা অমদি পাপপু কোকানবা, অবান থুবন ফংনবগিদমক ধর্ম্মগী বাখল তৌদুনা ভাগবত তাগান ॥১৭।

অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ্না ধর্ম্ম, পুন্সি শাংবা, নাদবা, অমসু

নশৃণ্বন্তি নহ্রয্যন্তি শ্রীমদ্ভাগবতং পরম্‌।
সত্যং সত্যং হি লোকেশ তেষাং স্বামী সদাযমঃ ।১৯॥
নগচ্ছন্তিযদা মর্ত্ত্যঃ শ্রোতুং ভাগবতং সুত।
একাদশ্যাং বিশেষেণ নাস্তি পাপরতস্ততঃ ॥২০॥

---

অন্বয়—

ভাগবতং (ভাগবতবু) শ্রবণা ( তাবদা ) বাপি (পাঠ তৌবনা) সর্ব্ব পাপৈঃ (পাপ পুম্নমক) প্রমুচ্যতে (কোকই) ।১৮॥

যেষাং (মখোয়না) ন শৃণ্বন্তি ( তাদ্রবা ) পরং ( অথোইবা শ্রীমদ্ভাগবতবু তারগা) নহ্রযান্তি ( হরাউবা পোক্ত্রবা ) হে লোকেশ । ( লৈবাক পুংগী মপু ) অহম ( ঐনা ) তেষাং ( মখোযগী সদা ( মতম পুম্নদা ) হি (লোপানমক) স্বামী যমঃ (মপু ওইবা যমনি) সত্যং — সত্যং (চুম্না হায়বনি) ॥১৯॥

হে সুত। ( ইপাগী ইবুংঙো! ) মর্ত্ত্যঃ (মীঅতুনা) ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু শ্রোতুং তাবা ) নগচ্ছন্তি ( চৎত্রবা ) বিশেষেণ ( খোইদোক্না ) একাদশ্যাং ( একাদশী নুমিত্তা ) ততঃ ( অতুদগী ) পাপরতঃ (পাপ তৌবা অমা ) নাস্তি ( লৈত্রে ) ॥২০॥

---

অনুবাদ—

নোই পেনবা অমসু মপুং ফাবা পি, ভাগবত তাবা অমদি পাঠ তৌবনা পাপ পুম্নমক কোকই ।১৮॥

মী অতুনা পুম্নমকতগী অথোইবা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা শাস্ত্রবু তাদ্রবা অমদি তারগসু হরাউবা পোকত্রবা, হে ব্রহ্মা! ঐনা অরেপ্পা চুম্না হায়রিবা অসিনি, মাখোয়তুগী নৈহৎপা "যম" অতু ইশানা ওইরবনি ১৯॥

ইপাগী ইবুংঙো ব্রহ্মা! মী অতুনা শ্রীমদ্ভাগবতবু তাবা চৎত্রবা, খোইদোক্না একাদশী নুমিত্তা অতুদগী পাপ তৌবা অমা লৈত্রে ॥২০॥

শ্লোকং ভাগবতং চাপি শ্লোকার্ধংপাদমেববা।
লিখিতং তিষ্ঠতেযস্যগৃহে তস্য বসাম্যহম্ ॥২১॥
সর্ব্বাশ্রমাভিগমনং সর্ব্বতীর্থাবগাহনম্।
ন তথা পাবনং নৃণাং শ্রীমদ্ভাগবতং যথা ॥২২॥
যত্র যত্র চতুবক্ত্র শ্রীমদ্ভাগবতংভবেৎ।
গচ্ছামি তত্র তত্রাহংগৌর্যথা সুতবৎসলা ॥২৩॥

---

অন্বয়—

যস্য (মহাক্কি) গৃহে (য়ুমদা) ভাগবতং (ভাগবতবু) শ্লোকং (শ্লোক অমা) পাদম্বা (শরুক মরি থোকপগী অমা) লিখিতং (ইত্নুা) তিষ্টতে (লৈরবদি) যস্যগৃহে (মী অদুগী য়ুমদা) অহম, (ঐনা) বসামি (লৈ) ॥২১॥

শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু) যথা (অদুগুম্না তাবদা) তথা (অদুগুম্না) সর্ব্বাশ্রমাভি গমণং (বদরি কাশ্রমণচিংবদসু চৎপা) সর্ব্ব তীর্থাবগাহনম, (গয়ানচিংবদা তীর্থস্নান তৌরুরবসু) নপাবনং (শেংবা ওইদে) ॥২২॥

হে চতুর্বক্ত্র! (মায় মরি পানবা!) যত্রযত্র (মফম মফম অদুদা) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমতী ভাগবত কথা) ভবেৎ (ওইবা) গোঃ সুতবৎসলা (মচা মু ংশিরবী যণবীনা) তত্র-তত্র (মফম-মফম অদুদা মচাগী মতুংদা

---

অনুবাদ—

মহাক্কি য়ুমদা ভাগবতবু শ্লোক অমা, শ্লোক্কি তংথায় অমা, শরুক মরি থোকপগী অমা ইত্নুা লৈরবদি ঐনা মাগী ময়ুমদা লেংদনা লৈ ॥২১॥

শ্রীমদ্ভাগবত তাবদা শেংবা অদুগা বদরিকাশ্রমদা চত্তুনা অমদি গয়াণচিংবাদা তীর্থস্নাণ তৌরুরবসু ভাগবত তাবদা শেংবগুম্না শেংবা ওইদে ॥২২॥

মায় মরি পানবা ব্রহ্মা! মফম-মফম অদুদা শ্রীমদ্ভাগবতগী কথাবু

মৎ কথা বাচকং নিত্যং মৎ কথাশ্রবণেব্রতম্ ।
মৎ কথা প্রীতমনসং নাহং ত্যক্ষ্যামি তং নরম্ ॥২৪॥
শ্রীমদ্ভাগবতং পুন্যং দৃষ্ট্বা নোত্তিষ্ঠতেহি যঃ ।
সাংবৎসরং তস্য পুন্যং বিলয়ং যাতি পুত্রক ॥২৫॥

---

অন্বয়—

চৎপা ) যথা ( অতুগুম্না ) অহম্, ( ঐনা ভাগবতী কথাবু তারিবা মফম-মফম অতুদা চৎলি ॥২৩॥

মৎ কথা ( ঐগী ভাগবতী কথাবু ) বাচকং ( হায়রিবা ) মৎকথা (ঐগী ভাগবতী কথাবু) নিত্যং ( লেংদনা ) শ্রবণে ( তাবদা ) ব্রতং ( পুক্নিং চংলিবা ) মৎ কথা ( ঐগী ভাগবত কথাবু ) প্রীতমনসং ( পাম্না তারিবা ) তংনরম ( মী অতুবু ) অহম ( ঐনা ) মত্যক্ষ্যামি ( থক্ থাদোক্তে ) ॥২৪॥

যঃ ( মী অতুনা ) পরম পুণ্যং (থোইনা শেংলবগী মশক ওইবা ) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) দৃষ্ট্বা ( উরগা ) নউত্তিষ্ঠতে ( হৌগত্তনা থাগৎলমদনা চৎপ্রবা, ইবুংঙো ব্রহ্মা ! ) তস্য ( মহাক্না ) সাংবৎসরং ( চহি অমদা তৌবা ) পুণ্যং ( অঙ্কবাদো ) হি ( লেপ্পমক ) বিলয়ংযাতি ( মাংবা ওই ) ॥২৫॥

---

অনুবাদ—

তারিবা মফম-মফমে অতুদা মচা নীংলবী যণবীনা মচাগী মতুং ইন্না চৎপগুম্না ভাগবতী কথাবু তারিবা অতুদা ঐনা চৎলি ॥২৩॥

ঐগী ভাগবতী কথাবু হায়রিবা, তাবদা পুক্নিং চংলিবা, ঐগী ভাগবতী কথাবু পাম্ন তারিবা মী অতুবু ঐনা থক্ থাদোক্তে ॥২৪॥

মী অতুনা থোইনা শেংলবগী মশক ওইরবা শ্রীমদ্ভাগবতবু উরগা হৌগত্তনা থাগৎলমদনা চৎপ্রবা হে ইবুংঙো ব্রহ্মা ! মহাক্না চহি অমদা তৌবা অঙ্কবাদো লেপ্পমক মাংবা ওই ॥২৫॥

**শ্রীমদ্ভাগবতং দৃষ্ট্বা প্রত্যুত্থানাভিবাদনৈঃ।**
**সম্মানয়েৎ তং দৃষ্ট্বা ভবেৎ প্রীতির্মমাতুলা ॥২৬॥**
**দৃষ্ট্বা ভাগবতং দূরাৎ প্রক্রমেৎ সম্মুখং হি যঃ।**
**পদে পদে অশ্বমেধস্য ফলং প্রাপ্নোত্য সংশয়ম্।২৭।**
**উত্থায় প্রণমেদ্‌যো বৈ শ্রীমদ্ভাগবতং নরঃ।**
**ধন-পুত্রাংস্তথা-দারান্ ভক্তিং চ প্রদদাম্যহম ॥২৮॥**

---

অন্বয়—

যঃ (মী অদুনা) শ্রীমদ্ভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু) দৃষ্ট্বা (উরগা) প্রত্যুত্থাভিবাদনৈঃ (হৌগতুনা থাগৎবাহৈনা) সম্মাণয়েৎ (ইকায় খুম্নগনি) তং (মাবু) দৃষ্ট্বা (উবদা) মম (ঐগী) আতুলা (মান্নবা) ভবেৎ (ওইগনি) ।২৬॥

যঃ (মানা) দূরাৎ (অবাপ্পদগী) শ্রীভাগবতং (শ্রীমদ্ভাগবতবু) দৃষ্ট্বা (উরগা) প্রক্রমেৎ (কোইথোক্লা চৎলগা) হি সম্মুখং (মাংলোমদা চংশিনবদা) পদে-পদে (খোংথাং খুদিংদা) অশ্বমেধস্য (অশ্বমেধ কৌবা যজ্ঞগী) ফলং (পুণ্যগী মহৈ অদু) প্রাপ্নোতি (ফংঙি) হি (লেপ্পমক) অসংশয়ঃ (চিংনমীংঙায় লৈতে) ॥২৭॥

নরঃ (মী অদুনা) সুত! (হে ইবুংঙো!) উত্থায় (লেপথৎলগা)

---

অনুবাদ—

মী অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতবু উরগা হৌগতুনা থাগৎ বাহৈনা ইকায় খুম্নগনি মাবু উবদা ঐগা মান্নবা ওইগনি ।২৬॥

মী অদুনা অবাপ্পদগী শ্রীমদ্ভাগবতবু উরগা কোইথোক্ল চৎলগা মাংলোমদা চংশিনবা খোংথাং খুদিংদা অশ্বমেধ কৌবা যজ্ঞগী পুণ্যগী মহৈ ফংঙি লেপ্পমক চিংনমীংঙায় লৈতে ॥২৭॥

মী অদুনা লেপথৎলগা শ্রীমদ্ভাগবতবু খুরুম্বা মাবু ঐনা সুপী লন-মচাশিংবু ভক্তিবু সু পি ॥২৮॥

মহারাজোপচারৈস্তু শ্রীমদ্ভাগবতং সুত ।
শৃন্বন্তি যে নরা ভক্ত্যা তেষাং বশ্যোভবাম্যেহম্ ।।২৯।।
সমোৎসবেষু সর্ব্বেষু শ্রীমদ্ভাগবতং পরম্ ।
শৃন্বন্তিযেনরা ভক্ত্যা মম প্রীত্যৈচ সুব্রত ।।৩০।।
বস্ত্রালঙ্করনৈ্যঃ পুষৈপধুপদীপো পহারকৈঃ ।
বশীকৃতোহ্যহং তৈশ্চ মৎপাতির্যথা ।।৩১।।

অন্বয়—

শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু ) প্রণমেৎ ( খুরুম্বা ) যঃ ( মাবু ) অহম, ( ঐনা ) ধণ-পুত্রাং দরান্ ( নুপী, লন-মচাশিংবু ) ভক্তিচ ( ভক্তিবলুসু ) প্রদদাতি ( পী ) ।।২৮।।

সুত ! ( ইচা ইবুংঙো ! ) নরাঃ ( মীওইবশিংনা ) মহাবাজোপচারৈঃ ( পোৎলম তরাতরুক্কা ) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবতবু পূজা তৌবা ) ভক্ত্যা ( ভক্তিগা লোইননা ) যে ( মখোয়না ) শৃন্বন্তি ( তাবা ) তেষাং ( মখোয়গী ) বশ্যোভবাম্নি ( খুদুম চনবা ওইরে ।।২৯।।

সুব্রত ! ( ব্রত চংখোন্ন তৌবা ব্রহ্মণ ! ) মম ( ঐগী ) সর্ব্বেষু উৎসবেষু ( উৎসব পুম্নমক্তা ) শ্রীমদ্ভাগবতং ( শ্রীমদ্ভাগবত জয়ন্তী উৎসবনা পুম্নমক্তগী অথোইবনি ) মম ( ঐগী ) প্রীত্যৈচ ( পেন্নবগীদমক ) তৈঃচ ( মখোয়সু )

অনুবাদ—

ইচা ইবুংঙো ! মীওইবশিংনা পোৎলম তরা তরুক্কা শ্রীমদ্ভাগবতবু পূজা তৌবা ভক্তিগা লোইননা মখোয়না তাবা মখোয়গী মখা পোনবা ওইরে ।।২৯।।

চংখোন্না ব্রত তৌরবা হে ব্রহ্মণ ! ঐগী উৎসব পুম্নমক্তগী অথোইবা ঐগী পেন্নবগীদমক মখোয়নসু ভক্তিগা লোইননা মরু ওইনা তাবা ফিজেৎ, লৈতেংনা লৈ, ধূপ, থাওমৈনচিংবা পোৎলমশিংনা পূজা তৌবা পতিব্রতা

অন্বয়—

ভক্ত্যা (ভক্তিগা লোয়ননা) শৃন্বন্তি (মক ওইনা তাবা) বস্ত্রালঙ্করণৈঃ (ফিজেৎ লৈতেংনা) পুষ্পৈঃ ধূপ দীপোপহারৈঃ (লৈ, ধূপ, থাওমৈনচিংবা পোৎলমশিংনা পূজা তৌবা) সৎস্ত্রিয়া (পতি ব্রতা ওইবী মাগী মুপীনা) সৎপত্নিং যথা (অফবা মপুরোইবাবু সেবা তৌবগুম) বশীকৃত (খুত্নম চল্লি) হি (লেপ্পমক) অহম্ (ঐবু) মখোয়না খুত্নম চল্লি ।।৩০-৩১।

অনুবাদ—

ওইবী মাগী নুপীনা অফবা মপুরোইববু সেব তৌবগুন খুত্নম চল্লি অদুগুম্না ঐবু মখোযনা খুত্নম চল্লি ।।৩০-৩১।।

ইতি স্কন্দে মহাপুরাণে দ্বিতীয় বৈষ্ণব খণ্ডে শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যে শ্রবণ ফলনামক পঞ্চম অধ্যায়ঃ ।।৫।

মতাং অসি শ্রীস্কন্দ পূরানদা অনীশুবা বৈষ্ণব খণ্ডদা মণিপুরী শ্রীমদ্ভাগবত মহাত্ম্যদা তাবগী মহৈ ফংবা কৌবা মঙাশুবা তাংকক্ লোইবে ।।৫।।



ছাপা তৌঙ্লা কোংথবা লাইরিকশিং

১। শ্রীশ্রীসৌভাগ্যলক্ষ্মী

২। সৎক্রিয়া-সার-পদ্ধতি

৩। শ্রীযজুর্ব্বেদীয় পুরুষসূক্তং

৪। ছাপা তৌখিবা অইবা মণিপুরী অরায়বা সংস্কৃত ব্যাকরণ

৫। রুদ্রাষ্টাধ্যায় মণিপুরীদা অর্থ হন্দোকপা

৬। সাবিত্রী ব্রত কথা

৭। শিবরাত্রি ব্রত কথা

৮। গয়া মাহাত্ম্য